# সংগীত-সার-সংগ্রহঃ

---

অক্কাওবা বৈষ্ণব কবি

## শ্রীঘনশ্যামদাসনা ইবা

খোমজিনবা

অমস্তুং

সম্পাদন তৌদুনা ফোঙ্‌বা

# মনু সংহিতা

ভগবান মনুগী চীন্দগী থোকপা—ধর্ম্ম করিনো, মীওইববু করিগীদমক করি তৌ হায়রিবনো? পারগা, নৈনরগা ইশানা ইশাগী তৌফম থোকপা লেপ্পা ভমগনি। ইশাতগীসু নত্তে, ইমুং মনুংগী, সমাজগী, তাইবঙ-পানবা পুম্নমক্কী, হন্দক্কী অমদি মতুংগী মপোক্কী য়াইফনবা ঐথোয়না করি তৌবা তাবনো। অপাম্বা হিরম খুদীংমক্কী পাউথুম শুনা ফংবীগনি।

মণিপুর গবর্ণমেণ্টকী আর্থিক সহায়না ফোঙ্বা।

# সংগীত-সার-সংগ্রহঃ

( ঘনশ্যাম দাসকী )

সম্পাদন তৌবা অমসুং ফোঙ্বা—

**শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা**

মমল লুপা ৮·০০

# ৱাহৈ খরদং

'সংগীত-সার-সংগ্রহ:' বৈষ্ণব কবি ঘনশ্যামদাসনা ইরম্বনি। ভক্তিরত্নাকর, গীতচন্দ্রোদয়নচিংবসু মহাক অসিনা ইরম্বনি। মৈতৈ ওজাশিংনসু থায়নদগী হৌনা মাগী লাইরিক য়াম্না শীজিন্নরম্মী। 'সংগীত সার-সংগ্রহ' অসি স্বামী প্রজ্ঞানন্দনা দেবনাগরি ময়েক্তা ছাপা তৌদুনা ফোঙবিখ্রে। ঐখোয়না ইজাতিদা ঙসি উংচরিবা অসিসু ঐখোয়গী লৈবাক্তা ফংজবা অয়্বিবা থুংই অমগী মশকনি। শ্রীশ্রী ৺গোবিন্দজী নর্ত্তনালয়না ফোঙখিবা, শ্রীনা থিজদুনা ফংজরকখিবা 'শ্রীকৃষ্ণরস-সংগীত সংগ্রহ' কৌবা লাইরিক অদুদসু মসিগী মতেং য়াম্না লৌরম্মী। অসিগুম্বা তাঙলবা থুংই লাইরিক অমা ঐখোয়গী পূক্কৈদা থ্ম্লা লৈরম্বা অসিদা হরাউজদুনা কলিকতাদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী চামা শুবা মপোক্কী স্মৃতি-উৎসব লোইশিনবগী মতাংদা নর্ত্তনালয়গী পার্টি-লিডার ওইনা চৎচরুবদা, স্বামিজী অসিনা সভাপতি ওইরমদুনা মঙোন্দা থুংই অসি উচ্চনবা তাঞ্জা ফংখি! মসি উবদা স্বামিজীনা অঙকপগা লোয়ননা মণিপুরী বৈষ্ণবশিংবু থাপৎপিরকখি। মতম অদুগা ইপা ইপুশিং অদুবু কোটিরক হন্না থুরুমজৈ।

মরু ওইবা অমদি ঐখোয়গী থুংই অসিদা 'ছন্দ-প্রকাশ-প্রকরণ' হায়বা অরোইবা মতাং অমদি য়াওরমদে। মদু লাইগুরুশিংনা থোইনা কান্নবা উদবদগী লৌথৎলমদবা ওইগনি। অমরোমদা ৱাচেৎকী কলমনা, অনঙবা কালি শীজিন্নদুনা খোঙ্‌াই চন্দ্রনা ফম্নগা ওয়গী থুংনা ইগদৌরিবা চে অদু মায় মপা য়ৌনা থাঙ্গত্তুনা পায়রগা ময়েক অমমমতা ইবগী থবক অদু অরাইবা থবক নত্তে। লাইরিক অমমম ইবদা থা ৭।৮ নত্রগা চহি হেনবা ফাওবা চঙনরম্মী। অসিগুম্বা মওঙদা শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা চাউর-চাউরবা লাইরিক কয়া কয়া ইদুনা থম্বীরম-লিবসি অঙকপা খাঙহৈবগী শক্তি লৈনরম্বননি।

স্বামিজীনা ফোঙবিরিবা মশক অসিগা ঐখোয়গী অসিগা অদুম্মক মান্নে। স্বামিজীগী লাইরিক্তা শক: ১৭২৫ (খৃ: ১৮০৩) হায়না থারি,

ঐখোয়গীসিদদি চহি য়াওরমদে। ঐখোয়গী খূৎই অসি ইং ১২½″ × ৫½″ নি। লামায় অমদা পরেং ১০,৯,৭,৬ অতুম্না ই, চাং পুদে। চেনা মশীং ৭৩ নি। মৈতৈ চেদা ইবনি। খূং ই অসি মী অমা অনি চঙনা শিনখিবা ওইনা তৌই। ময়ায়গী শরূক ইবা মী অহুনা নম হাহুনা হেক্তমক ইশিল্লম্বগুম্বা, চিথ-নাম্থ য়াম্না য়াওবা মওঙদা লৈ। খূৎই হায়বসিমক্তবু বানান য়াম্না লানগল্লি, ময়েক নৈশিন্দুনা পাবা থোক্তবস্থু য়াওই। উৎচল্লিবা শরূক অসি হান্নগী মশাগী মওঙ অতুমকনি। মখাদা '?' খূদম অসি তৌহুনা চুমথোক-চরি। পাঠান্তর লৈরম্বশু মখাদা 'পাঠ' হায়না উচ্চরি। অতুগা চিথরম্বা ময়েক, রাহৈ নক্ত্রগা শ্লোকনচিংবদি ব্রেকেটনা কোয়শিন্দুনা হাপকংচরি। খূৎই অসিদা 'মরা-অ' গী অয়াম্বা শরূক য়াওরমদে। অসিগুম্বা অশোয় অঙাম পূম্নমক্তি স্বামিজীগী লাংবরিক্লা মেনথৎখবা তাখি।

ন ণ, শ স, উ ঊ, ন্ধ দ্ধ - ময়েকশিং অসিগী খেন্নবা ফাবা রায়, শেংনা ইদে। স্বামিজীগী মতেং লৌদ্রবদি সংস্কৃত হৈতবা ঐগুম্বনদি মসিদা খূং থারুবা ইতিক ওইদে। মরম অহুনা পূকচেন চাউরবা স্বামিজী অসিনা ঐবু ঙাকপিবা ওইসনু ইতি--

চঙজরিবা —
শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

# থাগৎ-ৱাহৈ

ঐনা লাইরিক অসি স্বর্গীয় অরিবম গোপাল শর্ম্মা বামন পালা হঞ্জবগীদা ফংজখি। নোংমা তাঞ্জা অমদগী মচোই মচোই পুনকোং তোংখায়নবা মওঙদা থুংই মপৈ অমা ফাবুন পুন্দুনা থেংনখি। মতু হুমিৎ ৭।৮ নি চঙনা হুংশাদা ফৌদোক্লুনা কোনশিল্লম্বা চেনা থিথোক্লুনা, নপশিন্নরম্বা রানা ফাক্লোক্লুনা অস্তুম তোপ্পা তোপ্পা খন্দোকচবদা থুংই অসি মপূম ফানা শাগংচবা ঙমখি। অতৈদি শাগংলবস্তু মপূম ফাখিদ্রে।

ঐগী থৃত্তগী নাম্ভোকখিগদবা মওঙ থরা উবদগী কিন্না মসিমদি থুপহৌরগা অতৈহ্ হনখি। ঐনা রাৱী পুন্নমক তৌজরবদা পূকচেন চাউরবা অজ্ঞা শ্রীমধুমঙ্গল শর্ম্মা পুজারীনা হরাউ হরাউনা ফোঙ্গোকচনবা য়াথং পীবিরকখি। ঈশৈ তৌবা ওজাশিংগী তা নত্তনা মণিপুরী বৈষ্ণব পুন্নমক্কী গৌরব হেনগংহনবীরিবা শ্রীমধুমঙ্গল শর্ম্মাবু শিংডমদবা লম্মন তোনশিঙ্কবগা লোয়ননা লোইবা নাইদনা থাগৎচরি।

অসিগুম্বা তাঙলবা পোৎশক অমবু আথিক সহায় পীবিত্তনা ছাপাগী মওঙদা ওন্থোকপা ঙমহনবী বগীদমক মণিপুর সরকারবুস্তু ঙাইখৈ নৈতনা থাগৎচরি ইতি—

১৫।৬।৭১ ইং সম্পাদক—

# সূচীপত্রম্

# সংগীত-সার-সংগ্রহঃ

---

শ্রীরাধাকৃষ্ণাভ্যাং নমঃ

শ্রীগোবিন্দং প্রণম্যাদৌ গীতজ্ঞ সুখহেতবে।
সংক্ষেপাদত্র বক্ষ্যেঽহং সংগীত-সার-সংগ্রহং ॥১

অথ সঙ্গীতোৎপত্তিমাহ—

পুরা চতুর্ণাং বেদানাং সারমাকৃষ্য পদ্মভূঃ।
ইদং তু পঞ্চমং বেদং সঙ্গীতাখ্যমকল্পয়ৎ ॥২

কস্মাৎ কিং জাতরিত্যাহ—

ঋগ্‌ভ্যঃ বাচ্যমভূদ্গীতং সামভ্যঃ সমপদ্যতঃ (১)।
যজুর্ভ্যোঽভিনয়া জাতা রসাশ্চাথর্ব্বনঃ(২)স্মৃতাঃ ॥৩

---

শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমকপু খুরুমজৈ—

অহানবদা শ্রীগোবিন্দবু খুরুমজহুনা ঈশৈ তৌবশিংগী খুদোং-চানবগীদমক 'সংগীত সার সংগ্রহ' বু শমলপা হায়জরকে ॥১

মথংদা সঙ্গীতকী হৌরকফম হায়রি মহুদি— মমাঙৈদা ব্রহ্মানা বেদ খিবিকী মচি ওইবমখৈ লৌখত্তুনা সঙ্গীত হায়না খঙনবা অসিগুম্বা 'মঙাশুবা বেদ' অসিবু শেমখি ॥২

করম্বা বেদদগী করি লৌখিবগে হায়ববু ঋগ্বেদ দগী রা ঙাঙবগী শব্দক, সামবেদ দগীনা ঈশৈ, যজুর্ব্বেদ দগী অভিনয় তাহ্নগা অথর্ব্ববেদ-দগীনা রসকী শব্দক লৌখি ॥৩

---

(১) সমপদ্যতেঃ ? (২) রসাশ্চাথর্ব্বণাঃ ?

(১)সম্প্রদাসুদ্ধিমাহ—

ব্রহ্মেশ-নন্দি(২)ভরথ দুর্গা-নারদ-কোহলাঃ।
দশাস্যু (স্য ?) বায়ু-রম্ভাদ্যা(৩)সঙ্গীতস্য প্রচারকাঃ ॥৪

প্রাসস্থ্যমাহ—

শ্রুতিস্মৃত্যাদি সাহিত্য নানাশাস্ত্রবিদোপিচ (৪)।
সংগীতং যে ন জানন্তি তে দ্বিপাদো মৃগাঃ স্মৃতাঃ ॥৫

সঙ্গীত দামোদরে—

(৫) সঙ্গীত কলরম্যেন সুখং যস্য ন চেতসি।
মনুষ্য বৃষভো লোকে বিধিনৈব স বঞ্চিতঃ ॥৬

প্রয়োজনমাহ—

ত্রিবর্গফলদাঃ সর্ব্বে দানযজ্ঞ স্তবাদয়ঃ। (৬)
একং সঙ্গীত-বিজ্ঞাতং(৭)চতুর্ব্বর্গ-ফলপ্রদং ॥৭

---

মসিগী মথাঙ্ শমথরকপশিংদি—ব্রহ্মা, শিব, নন্দি, ভরত, দুর্গা, নারদ, কোহল, দশাস্য, বায়ু, রম্ভা নচিংবনা সঙ্গীত শন্দোকথি ॥৪

সঙ্গীত কী মগুণদি—শ্রুতি-স্মৃতি-সাহিত্য অমদি অয়াম্বা শাস্ত্র ফনমক হৈত্নস্থ সঙ্গীতপু খঙ্দ্রবদি মখোয় অত্থ মখোঙ্ অনি পানবা শা-গা পাংখকনি ॥

সঙ্গীত দামোদরনা হায়—নিঙ্থিবা সঙ্গীত মখোন্না থম্মোয়দা নুং-ঙাইবা ফংবা ঙমদ্রবা মী অত্থদি তাইবঙ্পানবা অসিদা চন্নদ্রবা ষণ লাবগুম্বনি অমসুং মরাইবক থীবা হায়বত্থস্থ মী অত্থনা মওইরে ॥৬

সঙ্গীত কী কান্নবদি—দান, যজ্ঞ অমদি তপনচিংবা তৌবগী মহৈনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অহুম অসিতবু ফংহল্লি, সঙ্গীত মথন্তবু হৈজবদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ মরিমকপু ফংহল্লি ॥৭

---

(১) সম্প্রদায়শুদ্ধিমাহ ? (২) ভরত ? (৩) রম্ভাদ্যাঃ ? (৪) বিদোহ-পিচ ? (৫) সঙ্গীতকেন—পাঠ (৬) স্তপাদয়ঃ—পাঠ (৭) বিজ্ঞানং—পাঠ

দামোদরে—

পরমানন্দবিবর্দ্ধন(১)মতিমত্রফলদং(২)বসীকরণং।
সকল জনচিত্ত-হরণং বিমুক্তি বীজং পরংগীতং ॥৮
কিং স্বরূপমেতদিত্যাহু সঙ্গীত-পারিজাতে—
গীত-বাদিত্র(৩)নৃত্যানা ত্রয়ং সঙ্গীতমুচ্যতে।
গানস্যাত্র প্রধানত্বাত্তৎ সঙ্গীতমিতীরিতং ॥৯

শিরোমনৌ—

গীতংবাদ্যংচ নৃত্যংচ ত্রয়ং সঙ্গীত মুচ্যতে।
গীতবাদ্যেরুভে এব সঙ্গীতমিতি কেচন॥
(৪)তত্তীর্য্যঙ্‌ নরদেবাদি মনোহারি(৫)প্রকীর্ত্তীতমিতি ॥১০

দামোদরে—

গীতেন হরিণা বদ্ধং(৬)প্রাপ্নুবন্ত্যপি পক্ষিণঃ।
বলাদায়ান্তি ফলিনঃ(৭)শিশরো(৮)ন রুদন্তি চ ॥১১

---

**দামোদর**না হায়—অথোইবা নুংঙাইবা ফংহল্লি, অপাম্বা ফংহল্লি, মীবু খূতুম চনবা ওম্মী। মী পূম্নমক্কী থম্মোই হূবা ওম্মী, অরানবা খুবমসু ফংহল্লি। অতুনা সঙ্গীত-তি অথোইবা **বীজ** গী মশক্কি ॥৮

**সঙ্গীত** কী মশক---পারিজাতনা হায়— পূং-ঈশৈ জগোই অহুম পূল্লগা সঙ্গীত কৌই। ঈশৈনা মপূং ওইবদগী মসিবু **'সঙ্গীত'** হায়খিবতনি ॥৯

**শিরোমণিনা** হায়—পূং-ঈশৈ-জগোয় অহুম পূল্লগা সঙ্গীত কৌই। অতুগা কনাগুম্বনদি পূং-ঈশৈ অনিতবু **সঙ্গীত** কৌই হায়। মসিনা মী-লাই অমদি শা-উচেক্কা চিংবা ফাওববু পূক্লিঙ্‌ হূবমথৈ নুংঙাইবা ফংহল্লি ॥১০

**দামোদর**না হায়—ঈশৈনা শজি অমসুং উচেক ফাবা ওম্মী, মথুন্দগী লিন ফাওবা নমতুনা চিংথোরকই, ঈশৈ তাবদা অঙাং ফাওবা কপ্পা তোকই ॥১১

---

(১) মতিমত ? (২) বশীকরণং ? (৩) নৃত্যানাং ? (৪) তত্তির্য্যঙ্‌ ? (৫) প্রকীর্ত্তিতমিতি ? (৬) বদ্ধং-পাঠ (৭) ফণিনঃ ? (৮) শিশবো ?

পরিজাতেঽপি—

দোলায়াং শয়িতো বালো রুদনস্তাস্তে যদা ক্বচিৎ।
তদা গীতামৃতং পীত্বা হর্ষোৎকর্ষং প্রপদ্যতে ॥১২
মৃগঃ সোপি(১)তৃণাহারো বিচরন্নটবীং তদা।
লুব্ধকাদপি সঙ্গীতং শ্রুত্বা প্রাণান্ প্রপদ্যতে ॥১৩
( ক্রুদ্ধো বিষং বমন্ সর্পঃ ফণামান্দোলয়ন্মুহুঃ।
গানং জাঙ্গলিকান্ শ্রুত্বা হর্ষোৎকর্ষং প্রপদ্যতে ॥১৪ )

বিষ্ণুপুরাণেঽপি—

কাব্যালাপাশ্চ যে কেচিৎ গীতকান্যখিলানি চ।
শব্দমূর্ত্তিধরস্যৈতে বিষ্ণোরংশা মহাত্মনঃ ॥১৫

তত্রাপি—

দেবস্য মানবো গানং বাদ্যং(২)নৃত্যমতী প্রীতঃ॥
কুর্য্যাদ্বিষ্ণোঃ প্রসাদার্থমিতি-শাস্ত্রে প্রকীর্ত্তিতং ॥১৬

---

পারিজাতনস্তু হায়—নাউশুমদা হিপলিবা অঙাংনা করিগুম্বদা কপলক্লবস্তু মুংশিবা নাউশুম-ঈশৈ তারগা হরাউরকই ॥১২

বনদা শজীক চারম্বা শজিশিংনা ঈশৈ মিতাবদগী মথরায় মাঙ্-নবা ওই। মহুচেনবা লিনমকস্তু শাউরম্বা তোক্তুনা হরাউনা মকোক হাইরকই অদুগা নারক্কী জীবশিং অতৈস্তু ঈশৈ তারগা হরাউজে ॥১৩-১৪

বিষ্ণুপুরাণ দস্তু হায়রি—কাব্য-আলাপনচিংবা ঈশৈগী শরূক পুন্নমক শব্দগী মূর্ত্তি ওইরবা শ্রীবিষ্ণুগী মতিক চাউরবা অংশ মক্তনি॥ তাইবঙ্মীনা ঈশৈ শকপা, পুংয়েৰা অমস্তুং জগোই শাববু লাইমকুস্তু য়াম্না পামনৈ। শাস্ত্রনা হায় অসিগুম্বা 'সঙ্গীত' অসিবু বিষ্ণুনা পেনবিনবগীদমক শেমখিবনি ॥১৫-১৬

---

(১) সোঽপি? (২) নৃত্যং মতং?

য়েংগদবা ঃ—ব্রেকেট মনুংগী শ্লোক অসি ঐখোয়গী খুৎইদা য়াওরমদে।

নাহং বসামি বৈকুণ্ঠে যোগিনাং হৃদয়ে ন বৈ।
মদ্ভক্তা যত্র গায়ন্তি তত্র তিষ্ঠামি নারদ ॥১৭

(১)শৃণ্বন্ সুভদ্রাণি রথাঙ্গপাণের্জন্মানি কর্ম্মাণিচ যানি লোকে।
গীতানি নামানি তদর্থকানি(২)গায়ন্বিলজ্জো বিচরেদসঙ্গঃ ॥১৮
বিষ্ণোর্নামানি পুণ্যানিসুস্বরে(৩)রচিতানি চেৎ।
ভবন্তি সামতুল্যানি কীর্ত্তিতানি মনীষিভিঃ ॥১৯

অথ সঙ্গীত দ্বিবিধমাহ—
মার্গ-দেশী-বিভেদেন সঙ্গীতং ভবতি দ্বিধা।
স্বর্গে মার্গাশ্রিতং দেশ্যাশ্রিতং ভূতলরঞ্জিতং ॥২০

পারিজাতে—
মার্গদেশীয়ভেদেন দ্বিধা সঙ্গীতমুচ্যতে।
বেধা মার্গাখ্য সঙ্গীতং ভরতায় ব্রবীৎ স্বয়ং ॥২১

---

হে নারদ! ঐদি বৈকুণ্ঠদা অমদি যেগিশিংগী থম্মোইদা লৈতে। ঐগী ভক্তশিংনা ঈশৈ শকপা মফম অদুতদা লেঙ্দনা লৈ ॥১৭

মরম অদুনা পুণ্যগী মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী পোকপা অমদি মাগী লীলানচিংববু শকচ-শোঞ্জবা অমদি অতোপ্পা মগুণ খঙ্হনবনচিংবা তৌবা মীশিং অদুদি মায়াপুম্বা থাদোক্কুনা মথন্তা নায়তোম ওইনা মশাগী লম্বীদা অদুম্মক চৎকদবা ওই ॥১৮

পুণ্যগী মশক ওইরবা শ্রীবিষ্ণুগী নামবু নিঙ্থিনা শকপা-শোমবা মী অদুদি সামবেদমক্তা মান্নে হায়না মুনিশিংনা শীংথানৈ ॥১৯

সঙ্গীত মখল অনিনি—মার্গী অমসুং দেশী। স্বর্গদা মার্গী অদুগা পৃথ্বীদনা দেশীনা মুংঙাইবা ফংহল্লি ॥২০

পারিজাতনা হায়—মার্গী দেশী হায়না সঙ্গীতপু অনি থোক্লা খায়রি। ব্রহ্মানা ভরত-তা তম্বীখিবা মার্গ সঙ্গীতপু মার্গী হায়না কোই ॥

---

(১) শৃণ্বন্-? (২) গায়ন্নলজ্জো, গায়ন্ বিলজ্জো—পাঠ (৩) সুস্বরৈ?

(১)ব্রহ্মণোধিত্য ভরতঃ সঙ্গীতং মার্গসঙ্গীতং(২)
অপ্‌সরোভিশ্চ গন্ধর্ব্বৈঃ সম্ভোরগ্রে প্রযুক্তবানিতি ॥২২
তদ্দেশীয়মিতি প্রাহুঃ সঙ্গীতং দেশভেদতঃ ॥২৩

তত্র প্রথমতোদ্দিষ্টত্বেন গীতস্য বক্ষমাণতয়া নাদং বিনা তদনুপপত্তেঃ প্রথমং নাদমাহ। তত্নুক্তং—

ন নাদেন বিনা গীতং ন নাদেন বিনা স্বরঃ।
ন নাদেন বিনা রাগস্তস্মান্নাদাত্মকং জগৎ ॥২৪
ন নাদেন বিনা জ্ঞানং ন নাদেন বিনা শিবঃ।
নাদরূপং পরংজ্যোতি(৩)র্নাদরূপী স্বয়ং হরিঃ ॥২৫

তত্রচ আঞ্জনেয়ঃ—

নাদাব্ধেস্তু পরং পারং ন জানাতি স্বরস্বতী।
অদ্যাপি মজ্জনভয়াত্তুম্বং বহতি বক্ষসি ॥২৬

---

ভরতনা মদূবু অপ্সরা অমদি গন্নর্ব্বশিং লোয়ননা মহাদেবগী মাঙ্‌দা উৎখি। দেশী হান্না খঙ্‌নবা সঙ্গীত অত্থুদি লৈবাক লৈবাক্কী তোংঙান্নৈ ॥২২-২৩

হান্না হায়খ্রবা গীত অসি মখাদা হায়রক্কদৌরিবা 'নাদ' অসি নত্তনদি থোকপা য়াদবনা অহানবদা 'নাদ' গী মরমদা হায়রি মত্থুদি—

নাদ নত্তনা ঈশৈ ওইবা য়াদে, নাদ নত্তনা স্বর থোক্কে, নাদ নত্তনা রাগ ওইবা য়াদে—মরম অত্থুনা তাইবঙ্‌পানবা পুম্নমক অসি নাদগী মশক্নি। নাদ নত্তনা জ্ঞান পোক্কে; নাদ নত্তনা মহাদেবস্তু 'শিব' ওইবা য়াদে। নাদদি পরব্রহ্মমক্কী মশক্নি, হরিমকস্তু নাদগী মশক্নি ॥২৪-২৫

সরস্বতীমরুস্তু নাদ-সমুদ্রগী ওমথৈ ফংবা ওমখিদে। লুপখিগনি কিবনা ওসি ফাওবা থবাক্তা তুম্বা (বীণা) কোল্লিবনি ॥২৬

---

(১) ব্রহ্মণোহধীত্য ? (২) মার্গসঙ্গীতং ? (৩) পরংজ্যোতি—পাঠঃ

তদুৎপত্তি(১)কারণমাহ—

আত্মা বিবক্ষ্যমাণোঽয়ং মনঃ প্রেরয়তে যতঃ।
দেহস্থং বহ্নিমাহন্তি স প্রেরয়তি মারুতং ॥২৭
ন-কারঃ প্রাণবায়ুঃ স্যাদকারো(২)হব্যবাহনঃ।
তাভ্যামুৎপদ্যতে তস্মাৎ যস্মান্নাদোয়মুচ্যতে ॥২৮
ব্যবহারেত্বসৌ নাদঃ প্রোচ্যতে ত্রিবিধো বুধৈঃ ॥২৯
মন্দ্রো হৃদিস্থিতঃ কণ্ঠে মধ্যস্তারশ্চ মূর্দ্ধনি।
দ্বিগুণঃ কিলমানেন পূর্ব্বস্মাদুত্তরোত্তরঃ ॥৩০

কোহলীয়েতু—

আহতোঽনাহতশ্চেতি স নাদো দ্বিবিধো মতঃ।
যত্রোভয়শ্চ সংযোগ (ঃ) আহতঃ স প্রকীর্ত্তিতঃ ॥৩১
আকাশ-সম্ভবো নাদস্তথানাহত উচ্যতে।
(৩)আহাতং নাদমাকৃষ্য তথানাহত-সংজ্ঞকাৎ ॥
তং নাদং সপ্তধাকার্ষীত্তথা ষড়্জাদিভিঃ স্বরৈরিতি ॥৩২

---

নাদগী হৌরকফম হায়রি—

মখোন থোকহন্নিংলবদা আত্মানা পূক্লিংদা ঈনশিল্লি, মথংদা পূক্লিংনা হকচাংদা লৈবা মৈবু য়াকায়হল্লুই, মৈনা নুংশিৎ পোকহল্লি ॥২৭

'না' হায়বা ময়েক্লা প্রাণবায়ুনি, 'দ' না মৈগী মশক্তি। অনি অসিনা তিন্নহনা থোকপদগী মসিবু 'নাদ' হায়না খঙ্নৈ। শীজিন্নরকপা মতমদদি মসি মখল অহুম ওই মতুদি—থম্মোইদা লৈরগা মসিবু (নাদ) 'মন্দ্র', খৌজেঙ্দা লৈবদনা 'মধ্য অতুগা লরাইলেম্ফ্দা লৈরগনা 'তার' হায়না কৌই। অহুম অসি মথক মথক্তুগী মথা মখানা শরূক অনি অনি য়াংখৎলকই ॥২৮-৩০

কোহলনা হায়—নাদ মখল অনিনি—'আহত' অমসুং 'অনাহত'। অনিমক তিন্নরগা 'আহত' হায়বসি ওই। 'অনাহত' দি আকাশতগী থোকই। 'অনাহত' দগী চিংথোক্লকপা 'আহত' হায়বা নাদ অদুদি ষড়্জনচিংবা স্বর মখল তরেৎ থোক্লা খায়দোকই ॥৩১-৩২

---

(১) প্রকারমাহ—পাঠঃ (২) স্যাদ্দকারো? (৩) আহতং?

বস্তুতত্ত্ব—

আকাশাগ্নি মরুজ্জাতো নাভিরূর্দ্ধং(১)সমুচ্চরন্‌।
মুখোভিব্যক্ত(২)মায়াতি যঃ স নাদঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥৩৩
স চ প্রাণিভবোঽপ্রাণিভবশ্চোভয়-সম্ভবঃ।
আদ্যঃ কায়ভবো বীণাসম্ভবাস্তু দ্বিতীয়কঃ ॥৩৪
তৃতীয়শ্চাপি বংশাদিসম্ভবঃ স ত্রিধা মত (:) ॥ ইতি ৩৫

অথ গীতং—

তল্লক্ষণং হ্যাচার্য্যাণাং মতভেদাদ্বহুধা, তত্রাপি বহুসম্মত-মেবোচ্যতে—

সঙ্গীতসারে—

গীতং রঞ্জকং (কৈ ?) ধাতুমাতু সহিতমিতি।
গীতস্যাবয়বো ধাতু রাগাদির্মাতুরুচ্যতে ॥৩৬

---

অশেংবমক্তি—আকাশ-মৈ-নুংশিং অহুম অসিদগী পোক্লক্লগা খোয়দো মথক্তা হায়গংলক্তুনা চীন্দা ফোংদোরক্লিবা মখোল অদুবু 'নাদ' হায়না কৌই ॥৩৩

থরায় পানবদগী থোকপা, থরায় পান্দবদগী থোকপা অমদি থরায় পানবা-পান্দবা অনিমক্লা তিন্নহুনা থোকপা অসুম্না 'নাদ' অসিগী মখল অহুম থোকই। অহানবগী অসিনা থরায় পানবা হকচাংদগী, অনিশুবনা বীণানচিংবা যন্ত্রশিংদগী থোকই অদুগা অহুমশুবা অসিনা বাঁশীনচিংবদগী থোকই। অসুম তৌনা মসিগী মখল অহুম থোকলি ॥৩৪-৩৫

মথংদা ঈশৈগী মরম হায়রি—

গুরুশিংগী মত মান্নদবদগী মসিগী মখলদি য়ামখরে। অহুম ওইনমক অয়াম্বনা লৌখৎনরবা মত থরদি হায়জরক্কে—

সঙ্গীত-সারদা হায়রি—

'ধাতু-মাতু' না শেম্বা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ঈশৈবু 'গীত' হায়না কৌই॥ 'ধাতু' না ঈশৈ (গীত) গী শরুক্লি অদুগা 'মাতু' হায়বসিনা। 'রাগ' গী মশক্লি ॥৩৬

---

(১) নাভেরূর্দ্ধং ? (২) মুখেঽভিব্যক্তি ?

সঙ্গীতকৌমুদ্যাং—

রাগৈর্ব্বিরচিতং গীতমিতি।

গীত-প্রকাশেতু -

রঞ্জক স্বর-সন্দর্ভো গীতমিতি ॥৩৭

বস্তুতস্তু নারদসংহিতায়াং—

ধাতু মাতু সমাযুক্তং গীতমিত্যভিধীয়তে।

তত্র নাদাত্মকং(১)জ্ঞেয়ং ধাতুরিত্যভিধীয়তে ॥৩৮

গুণাদি ধারনাদ্ধাতুর্গীতাবয়ব এবসঃ।

গুণালঙ্কারবাক্যেষু রঞ্জকৌজস্বিতা যদি।

মত্তাঃ(২)স গদিতস্তজ্জৈ(৩)র্মানবস্য প্রমোদনাৎ ॥৩৯

নাদাত্মক ইতি নাদ এব আত্মাস্বরূপং যস্যা।

অত্র নাদপদেন নাদ জন্যানাং শ্রুতিস্বরাণাং গ্রহণং।

যদুক্ত —

নাদাচ্চ শ্রুতয়ো জাতাস্তভ্যঃ ষড়্জাদয়ঃ স্বরাঃ।

তেভ্যঃ স্যুর্মূর্চ্ছনাতাভ্যস্তালাখ্যা(৪)গ্রাম-সম্ভবা ॥৪০ ইতি

---

সঙ্গীত কৌমুদীনা হায়বনা রাগ ময়াম্না শেম্বা অদুবু 'গীত' কৌই। অদুগা গীত প্রকাশনদি তাবদা পেন্নবা ওইবা অশেংবা স্বরগী মপেনা শেম্বা অদুবু 'গীত' কৌই হায় ॥৩৭

নারদ সংহিতানা হায়বনা—ধাতু-মাতু য়াওনা শকপা অদুবু 'গীত' হায়না কৌই। ধাতু হায়বসিদি নাদমক্কী মশক্কি হায়না খঙ্নৈ ॥৩৮

ধাতু। গুণ-অলঙ্কারনচিংবা চেনবদগী ধাতুনা গীতকী মচাক ওই।

মাতু। গুণালঙ্কার চেনবা ৱাহৈশিং অদুদা য়াম্না পাম্নহনবা অমদি নুংঙাইহনবনা অমুক্কা থোমজিল্লবদি মদুনা মীবু পেলহল্লি হায়দুনা ইশৈ হৈবশিংনা মদুবু 'মাতু' হায়না খঙ্নৈ ॥৩৯

মথক্কী শ্লোকতা হায়রিবা 'নাদাত্মক' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থদি নাদ অদুমক্তা মশক ওইবা হায়বনি। মসিবু, নাদদগী পোক্লকপা শ্রুতি স্বরনচিংবা অদুমকপুনি খঙ্নগনি।

---

(১) গেয়ং—পাঠ (২) মাতুঃ ? (৩) গদিতস্তজ্জৈ ? (৪) মূর্চ্ছনাস্তা-ভ্যস্তালাখ্যা ?

তত্র চ—

নাদ-শ্রুতিস্বরা(১)মূর্চ্ছনা-তাল-বর্ণকাঃ।
স্বরা গ্রহাংশন্যাসাখ্যা জাতিশ্চেতি ক্রমাদিহ ॥৪১
গ্রহস্বরোঽংশস্বরো ন্যাসস্বরশ্চেতি। তত্র নাদ উক্তঃ।

অথ শ্রুতয়ঃ—

স নাদঃ শ্রুতয়ো দ্বাবিংশতিঃ স্যম্মুরুতাহতঃ(২)।
দ্বাবিংশতিস্তীর্য্যগূর্দ্ধা নাড্যো(৩)হৃদয়মাশ্রিতাঃ ॥৪২
তা যাবত্যস্তু তাবত্যঃ শ্রুতয়ঃ পরিকীর্ত্তিতা (ঃ)।
ক্রমাদুচ্চোচ্চতাযুক্তা বীণাদাবেব লক্ষিতাঃ।
কফাদিদুষ্টে কণ্ঠে যত্তাসাং ব্যতিন(৪)জায়তে ॥৪৩

---

শন্দোকপা মরোন্দি—নাদদগী শ্রুতি, শ্রুতিদগী যড়্জনচিংবা স্বর, স্বরদগীনা মূর্চ্ছনা অমস্তুং মূর্চ্ছনাদগীনা গ্রামগী মশক ওইবা তাল নত্রগা তান থোকই। অমুকস্তু হায়রি মতুদি— নাদ, শ্রুতি, স্বর গ্রাম মূর্চ্ছনা তাল ( তান ? ) বর্ণ, গ্রহ অংশ ন্যাস অমস্তুং জাতি অস্তুয়া খায়দোকই ॥৪১

গ্রহ অংশ ন্যাস হায়বসি—গ্রহস্বর, অংশস্বর, ন্যাসস্বর অস্তুয়া খঙ্নগনি। মথংদা—

অসিগুম্বা নাদ অসিবু নুংশিৎনা হুম্লক্নূনা শ্রুতি কুন-নিথোই থোক্লকই। মীওইবগী হকচাংদা অখোয়বা অমস্তুং মথক্তা হাইগৎপা অসিগুম্বা মওঙ্গী শিংলী কুন-নিথোইখক থম্মোইগা শম্ননা লৈ; অদুনা শিংলী মশীং অতুপ শ্রুতিস্তু লৈ। অসিগুম্বা শ্রুতিশিং অসিনা মথং মথং অস্তুম রাংখৎনরকই, মখোয় অমগা অমগা খেন্নবা মওঙ্ অদু বীণানচিংবা যন্ত্রদদি খঙ্নবা ঙম্মী, মীওইবা খোঞ্জেলদদি লোক্-নচিংবা চেনবদগী মখোয় খূদীংমক্কী মওঙ্ শেংনা থোকহনবা ঙমদে ॥৪২-৩

---

(১) স্বরগ্রাম ? ভক্তিরত্নাকর (২) স্যান্মারুতাহতঃ ? (৩) নাড্যো ? (৪) ব্যক্তির্নজায়তে ?

তাশ্চ—

চতস্রঃ পঞ্চমে ষড়্জে মধ্যমে শ্রুতয়ো মতা (ঃ)।
ঋষভে ধৈবতে তিস্রো দ্বে গান্ধারে নিশাদকে(১) ॥৪৪

কিং নামিকাস্তা ইত্যাহ—

নান্দী বিশালা সুমুখী বিচিত্রা ষড়্জজাঃ স্মৃতাঃ।
চিত্রা ঘনা চালনিকা ঋষভে তিস্র ঈরিতা (ঃ) ॥৪৫
গান্ধারে সরঘা(২)মালা মধ্যমে মাগধী শিবা।
মাতঙ্গিকা চ মৈত্রেয়ী চতস্রঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ ॥৪৬
বালা কলা কলবরা(৩)শাঙ্গিরপি(৪)পঞ্চমে।
মাত্রা রসাঽমৃতা চেতি তিস্রো ধৈবত-নামনি ॥৪৭
নিশাদ(৫)নামনি দ্বে চ বিজয়া মধুকর্য্যপি।
ইতি স্বরাণাং শ্রুতয়ো দ্বাবিংশতিরুদিরিতাঃ(৬) ॥৪৮

---

মখোয় অসিগী লৈফমদি—পঞ্চম, ষড়্জ অমসুং মধ্যমদা ৪/৪, ঋষভ-ধৈবতদনা ৩/৩, অতুগা গান্ধার-নিষাদ অনিদনা ২/২ লৈ ॥৪৪

মখোয় অতুগী মমিংশিংদি—

নান্দী, বিশালা, সুমুখী, বিচিত্রা মরি অসিনা ষড়্জদগী ; চিত্রা, ঘমা, চালনিকা অহুম অসিনা ঋষভদগী পোকই ॥৪৫

গান্ধারদগীদি—সরঘা, মালা অনি পোকই অতুগা মধ্যমদগীদি মাগধী, শিবা, মাতঙ্গিকা অমসুং মৈত্রেয়ী। পঞ্চমদগীনা – বালা, কলা, কলরবা অমসুং শার্ঙ্গি। ধৈবতদগীনা—মাত্রা, রসা, অমৃতা অতুগা নিযাদ-দগীনা বিজয়া অমসুং মধুকরী অনি অসিনি। অসুম্না স্বরগী শ্রুতি ২২ থক শুই ॥৪৬-৪৮

---

(১) নিষাদকে ? (২) সরসা-পাঠ (৩) কলরবা-পাঠ (৪) শার্ঙ্গিরপি ? (৫) নিষাদ ? (৬) রুদীরিতাঃ ?

স্বরাণামিত্যত্র পুত্রানাং পিতা ইতিবৎ জন্য জনক সম্বন্ধে ষষ্ঠী। স্বরাণাং জনিকা ইত্যর্থঃ। বস্তুতস্তু স্বরূপং জ্ঞাতুমশক্যং।

তদুক্তং—

শ্রুতিস্থানে স্বরান্ বক্তুং(১)নালং ব্রহ্মাপি তত্ত্বতঃ।
জলেষু চরতাং মার্গো মীনানাং নোপলভ্যতে ॥৪৯
গগনে পক্ষিণাং যদ্বত্তদ্বৎ স্বরগতা শ্রুতিঃ।
শ্রুতির্নাদবলা প্রোক্তা তদাঢ্যা চ কলা মতা ॥৫০
যথা তৈলগতং সর্পির্যথা কাষ্ঠগতোঽনলঃ।
জ্ঞায়তেঽত্রোপদেশেন তথা স্বরগতা শ্রুতিঃ ॥৫১
বীণাদেস্তু শ্রুতিজ্ঞানং স্বয়জ্ঞানংতু বংশজমিতি।

অপরংচ—

সমশ্রুতিনামেতেষু স্বরাণাং যাস্তু ভেদিকা(ঃ)।
প্রয়োগবিধুরত্বেন তানোক্তা শ্রুতিজাতয়ঃ ॥৫২

---

স্বর-শ্রুতি অনিমক মপা-মচাগী মরী লৈ হায়বদি থোকহল্লিবা অমদি থোক্লকপা পোৎ-কুম্না স্বরদগী শ্রুতি পোকই হায়বসি খঙ্নবা শ্লোক অসিদা অনি অসিগী মরী তাকপদা ষষ্ঠী বিভক্তি থমলিবনি। অসিগুম্বা শ্রুতি অসিগী অশেংবা মশক্তি কনানসু খঙ্বা ঙম্মদে মহুদি—

ব্রহ্মামক্লসু শ্রুতি-স্বর অনিগী লৈনবিবা মরী অহু শেংনা হায়বা ঙমদে। ঙানা-ঈশিংদা চৎপগী লম্বী কনানসু খঙ্নবা ঙমদে ॥৪৯

স্বরগা শ্রুতিগা লৈনবা মরীদি নোংথক্তা উচেক্না পাইবগী মমি লৈতবা অহুগুম্বী। শ্রুতিনা নাদগী পাঙ্গলনি। অসুম্না মপাঙ্গল লৈরক্লবদা মদুবুনা 'কলা' হায়না খঙ্নখরে ॥৫০

থাউদা ঘি অমদি উ-দা মৈগী শক্লক য়াওই হায়বসি তাক্লরবতদা খঙ্বা ঙম্মবগুম্না স্বরদা শ্রুতিগী লৈফম অহুসু তাক্লগতদা খঙ্নৈ ॥৫১

বীণানচিংবনা শ্রুতি অহুগা বাঁশীনচিংবনা স্বরগী মশক তাকপা ঙম্মী।

অহুগা, মান্নবা শ্রুতিশিংদা স্বরদি খেন্নবা অহুগুম্বা শ্রুতি-জাতিশিং অহুদি চাউমনখিবনা হায়দ্রে ॥৫২

---

(১) ব্যক্তুং—পাঠ

অথ স্বরাঃ—

স স্বরো যঃ শ্রুতিস্থানে*স্ফুরন্ হৃদয়রঞ্জকঃ।

এতেন স্বরশব্দস্য যোগরূঢ়ত্বমুক্তং (০)।

কিম্বা শ্রোতৃমনো যস্মাদ্রঞ্জয়ন্তি ততঃ স্বরাঃ ॥৫৩ ইতি

এতেন রূঢ়ত্বমুক্তং।

কে তে ইত্যাহ—

ষড়্জর্ষভৌ চ গান্ধারো মধমঃ(১)পঞ্চমস্তথা।

ধৈবতশ্চ নিশাদশ্চ(২)স্বরাঃ শব্দাত্র(৩)কীর্ত্তিতাঃ ॥৫৪

স রি গ ম প ধ নিশ্চেত্বেষামপরা ত্রিধাঃ(৪)।

তে ত্রিধাস্যুর্মন্দ্র-মধ্য-তার-ভাবং সমাশ্রিতাঃ ॥৫৫

ত্রীণি স্থানানি তেষাং হি হৃদি মন্দ্রোঽভিধীয়তে।

কণ্ঠে মধ্যো মূর্দ্ধি তারো দ্বিগুণস্ত্যুত্তরোত্তরং(৫) ॥৫৬

---

স্বর—থম্মোই মনুংদা শ্রুতিগী লৈফমদা মখোল থোক্তূনা তাবদা হুংঙাইহল্লিবা মশক অদূবু স্বর কৌই। হায়রিবসিগী মতুংইন্না স্বর শব্দ অসিগী যোগরূঢ়ত্ব ( মচেৎনা ওইরবস্থ মপূমনবু ওইরবস্থ অর্থ খঙ্হনবা ) অহু ফোংদোকই। হায়বদি—অতাবা মীবু নুংঙাইহল্লিবা অদূবু 'স্বর' হায়না কৌই ॥৫৩

স্বরগী মখল—স্বর মখল তরেৎনি মহুদি—ষড়্জ, ঋষভ, গান্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত অমসুং নিষাদ ॥৫৪

স রি গ ম প ধ নি হায়তুনা লৈরিবা স্বর মখল তরেৎ অসিগী মওঙ্ অহুম অমুক শুরি মহুদি মন্দ্র, মধ্য অমসুং তার। মখোয় অহুম অসিগী লৈফমদি থম্মোইদা 'মন্দ্র,' খোজেঙ্দা 'মধ্য অমসুং লরাইলেম্ফুদনা 'তার'। অকোন অকোনবনা মথক মথক্তগী শক্তক অনি অনি হেন্না ৱাংখৎলকই ॥৫৬-৫৬

---

*স্বনন্—পাঠ } ভক্তিরত্নাকর
(০)মুচ্যতে—পাঠ }

(১) মধ্যামঃ? (২) নিষাদশ্চ? (৩) সপ্তাত্র? (৪) ভিধা?

(৫) দ্বিগুণশ্চোত্তরোত্তরঃ—পাঠ

এতেষাং যৌগিকত্বমপ্যাহুঃ যথা—

নাসাং কণ্ঠমুরস্তালু জিহ্বাং দন্তাংশ্চ সংস্পৃশন্
ষড়্ভ্যঃ সংজায়তে যস্মাৎ তস্মাৎ ষড়্জ ইতি স্মৃতঃ ॥৫৭

দামোদরস্ত্বন্যথাহ—

বায়ুঃ সংমূর্চ্ছিতো নাভের্ণাভ্যাশ্চ হৃদয়স্য চ।
পার্শ্বয়োর্মস্তকস্যাপি ষণ্ণাং ষড়্জ প্রজায়তে ॥৫৮ ইতি
নাভিমূলাৎ যদাবায়ু উত্থিতঃ কুরুতে ধ্বনিং।
ঋষভস্যেতি নির্যাতি হিনয়া(১)ঋষভেঃ স্মৃতঃ ॥৫৯
নাভি (ভেঃ?) সমুদ্গতে (তো) বায়ুর্গলি(২)শ্রোত্রে চ চালয়ন্।
সশব্দং যেন নির্যাতি গান্ধারস্তেন কথ্যতে ॥৬০
মধ্যমো মধ্যমস্থানাৎ শরীরস্যোপজায়তে।
নাভিমূলাচ্চ গম্ভীর (ঃ) কিঞ্চিত্তারঃ স্বভাবতঃ ॥৬১

---

মখোয় অসিগী হৌরকফমদি—নাতোন, খৌজেঙ, থবাক ঙৌ লৈয়েঙ্ অমদি য়া—মফম তরূক অসি শোক্লা থোক্লকপনি হায়হুনা 'ষড়্জ' (তরূক্তুগী থোকপা) হায়না কৌবনি ॥৫৭

দামোদরদদি অতোপ্পা অমা ওইনা হায় মহুদি—

খোয়দৌ মখাদগী হৌরক্লগা নুংশিৎনা অহানবদা খোয়দৌদা থেংই। মথংদা থম্মোই য়ৌরকই। থম্মোইদগী নাকথং অনিদা শীন্দোরকই; অরোইবদনা কোক্তা হাইগৎলকই—অসুম্না মফম তরূক্তুগী থোকই হায়হুনা 'ষড়্জ' কৌখিবনি ॥১৮

ঋষভ। নুংশিৎনা খোঞ্জেলবু খোয়দৌ মখাদগী লায়না পুখৎলকপনি হায়হুনা মদূবু 'ঋষভ' হায়না কৌই ॥৫৯

গান্ধার। খোয়দৌদগী কাখৎলক্তুনা নুংশিৎনা খৌজেঙ্ অমসুং নাকোঙ্ অনিমক্তা য়ৈরগা থোক্লকপা মখোল অদুবু 'গান্ধার' হায়না কৌই ॥৬০

মধ্যম। মধ্যমদি হকচাংগী ময়ায়থংবা শরুক্তুগী থোকই। খোয়দৌ মখাদগী থোক্লকপনা মসি মশানা অদুম্মক লুম্মী হাইফেৎসু রাংই ॥৬১

---

(১) হেলয়া—পাঠ (২) বায়ুর্গন্ধং—পাঠ

প্রাণাপানঃ(১)সমানশ্চ উদান ব্যান এব চ। (২)
এতেষাং সমাবায়েন(৩)জায়তে পঞ্চমঃ স্বরঃ ॥৬২
গত্বা নাভেরধোভাগং বস্তিং প্রাপ্যোর্দ্ধগঃ পুনঃ।
ধাবন্নিব চ যো যাতি কণ্ঠদেশং স ধৈবতঃ ॥৬৩
ষড়্‌জাদয় (ঃ) ষড়েতেত্র(৪)স্বরাঃ সর্ব্বে মনোহরাঃ।
নিসীদন্তি(৫)যতো লোকে নিষাদস্তেন কথ্যতে ॥৬৪

তত্র তৎ সাম্যধ্বনি কথনদ্বারেণ তদ্রূপমাহ—

ময়ূরঃ ষড়্‌জমাখ্যাতি ঋষভং ভক্তি(৬)চাতকঃ।
ছাগো গান্ধারমাচষ্টে ক্রোঞ্চো(৭)বদতি মধ্যমং ॥৬৫
কোকিলঃ পঞ্চমং ব্রুতে ভেকো বদতি ধৈবতং।
নিষাদং ভাষতে হস্তীতে ত(৮)ব্রহ্মাপি(৯)সম্মতং ॥৬৬

---

পঞ্চম। প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান—থরায়পুবা নুংশিৎ মঙা অসিনা তিন্নহনা থোকপবুনা 'পঞ্চম-স্বর' হায়না কৌই ॥৬২

ধৈবত। খোয়দৌ মখা তান্না চৎলুরগা অমুক হাইগৎলক্লুনা খৌজেঙ্ য়োরকপা খোন্থোক অদুবুনা 'ধৈবত' হায়না কৌই ॥৬৩

নিষাদ। ষড়্‌জনচিংব স্বর তরুক্কা তিন্নহনা থোকহল্লকপা পূক্লিঙ্ হূরবা খোন্থোক অদুবুনা 'নিষাদ' হায়না কৌই ॥৬৪

স্বরশিংগী খোন্থোক মান্নবা হায়রি—

ষড়্‌জনা রাহোংনা খোংবগা মান্নে, ঋষভনা নোংগৌবী, গান্ধারনা হামেঙ্, মধ্যমনা উরোক (ক্রোঞ্চ), পঞ্চমনা কোকিল, ধৈবতনা হঙোই, নিষাদনা শামুনা খেকপা মখোলগা মান্নে। ব্রাহ্ম অসি ব্রহ্মানচিংবনা য়ানরবনি ॥৬৫-৬৬

---

(১) প্রাণোঽপানঃ? (২) সমানচ্চোদানব্যানৌ তথৈব চ—পাঠ (৩) সমবায়েন? (৪) ষড়েতেহত্র? (৫) নিষীদন্তি? (৬) বক্তি? (৭) ক্রৌঞ্চো—পাঠ (৮)হস্তীত্যেতৎ? (৯) ব্রহ্মাদি?

দামোদরস্তু—

ময়ূর-বৃষভচ্ছাগ ক্রৌঞ্চ-কোকিল- বাজিনঃ।
মাতঙ্গশ্চ ক্রমেণাহ(১)স্বরানেতান্ সুদুর্গমান্ ॥৬৭ ইতি

কিং চ—

তে বাদি-সম্বাদি-বিবাদ্যনুবাদ্যভিধা পুনঃ।
স্বরাশ্চতুর্ব্বিধাঃ প্রোক্তাস্তত্র বাদী স কথ্যতে ॥৬৮
প্রচুরো যঃ প্রয়োগেষু ভক্তি(২)রাগাদি নিশ্চয়ং।
সমশ্রুতিশ্চ সম্বাদী পঞ্চমস্য ন ম(৩)কচিৎ ॥৬৯
গ-নী বিবাদিনৌ স্যাতাং রি-ধয়োর্বাপি তৌ তয়োঃ
অনুবাদী ভবেচ্ছেষ ইতি দত্তিল সম্মতং ॥৭০

অস্যার্থঃ—

যঃ প্রয়োগেষু প্রচুরো বহুলঃ সন্ রাগাদিনিশ্চয়ং কথয়তি। বহুধা প্রোক্তোঽমু(ক)রাগোঽয়মিতি।

---

দামোদরদদি—

রাহোং, ষণলাবা, হামেঙ্ উরোক, কোকিল, শগোল অমসুং শামু—মখোয় অসিগী মথং মনাউ নাইনা খেন্নবা খোন্থোকশিং অসিগুম্বা স্বরশিংগী খোন্থোকসু খেন্নে ॥৬৭

অদুগা মখোয় অসিবু বাদী, সম্বাদী, বিবাদী, অনুবাদী হায়না অমুক মখল মরি থোক্লা খায়দোকলি। অসিগুম্বা স্বর মখল মরি অসিগী মনুংদা অহানবা ওইনা বাদী স্বরগী মশক তাকলি ॥৬৮

য়েংগদবা—শ্লোক ৬৯-৭০ অনিগী অর্থদি মখাদা সংস্কৃতনা 'অস্যার্থ' হায়দুনা অদুম্মক তাক্লক্লবনা হায়রিবা শ্লোক অনি অসিবু থাদোক্লম্লগা সংস্কৃতকী অর্থ অদুগী মৈতৈলোন্দা ওন্থোকতুনা তাকলি মদুদি—

বাদী। রাগনচিংবা শকপদা মশীং য়াম্না শীজিন্নবা, শক্লিবা রাগ অদুগী মশক খঙ্হনবা অদুগুম্বা স্বর অদুবু 'বাদিস্বর' হায়না কৌই।

---

(১) ক্রমেণাহুঃ—পাঠ (২) ব্যক্তি? (৩) ন মঃ?

নির্ণয়ং করোতি স বাদী স্বরঃ। পঞ্চমস্য সমশ্রুতিতুল্য শ্রুতির্যঃ স্বরঃ স সংবাদী। কচিৎ ন মঃ কোঽর্থঃ, মো মধ্যমস্বরঃ(১)কচিৎ সম্বাদী ন ভবতি॥ গনী গান্ধার-নিষাদৌ স্নিধয়ো ঋষভ-ধৈবতয়োঃ বিবাদিনৌ শত্রুভবতঃ। বেতি পক্ষান্তরে তৌ ঋষভ-ধৈবতৌ তয়োর্গান্ধার-নিষাদয়োঃ বিবাদিনৌ ভবতঃ। শেষঃ এতেভ্যোঽবশিষ্টো যে স্বরাস্তেঽনুবাদী(২)স্বরা ভবন্তি। কিঞ্চ—

বাদী নৃপস্তথা পাত্র সম্বাস্তথ বিবাস্তরিঃ
অনুবাদীত্বনুচরো রাজ্ঞোঃ(৩)পাত্রস্য চেরিতঃ॥৭১
বাদী ( f ) সম্বাদিনোরনুবাদী অনুচরো ইত্যর্থঃ।

অথগ্রামঃ—

গ্রামস্বরাণামতিসূক্ষ্মভাব, সংযোজনং স্থান কুত(৪)ত্রিধা সঃ।
ষড়্‌জস্তথা মধ্যম এব ভূম্যাং, গান্ধার-নামা কিল দেবলোকে॥৭২

---

সম্বাদী। মধাম স্বরদি য়াওদবা পঞ্চম স্বরগী শ্রুতিগা মান্নবা স্বর অদুবু 'সম্বাদী' হায়না কৌই। মধ্যমনা থক সম্বাদী ওইবা য়াদে।

বিবাদী। ঋষভগা ধৈবতগা, গান্ধারগা নিষাদকা, অনি অসি মহৈ মহৈ য়েংথিনবদগী মখোয়বু 'বিবাদী স্বর' হায়না কৌই।

অনুবাদী। মথক্কী স্বর মখল অহুম অসিদগী লেমহৌবা স্বরমখৈ অদুবু 'অনুবাদি স্বর' হায়না কৌই।

মখোয়গী খেন্নবদি—

বাদীনা স্বরগী নিংথৌনি, সম্বাদীনা মন্ত্রীনি, বিবাদীনা য়েক্লবনি অদুগা অনুবাদীনা বাদী সম্বাদী অনিগী মনাইনি॥৭১

গ্রাম। কুপশিন্না লৈবা স্বর মপৈগী অপূনবা মশকপু 'গ্রাম' কৌই। মদু মখল অহুমনি। মখোয়গী মরক্তা ষড়্‌জ-মধ্যম অনিনা পৃথিবীদা অদুগা গান্ধার গ্রামনা লাইরৈবাক্তা চংনৈ॥৭২

---

(১) মধ্যমস্বরঃ ? (২) ঽনুবাদি ? (৩) রাজ্ঞঃ ? (৪) কুলং ?

দামোদরে—

ষড়্‌জগ্রামো ভবেদত্র মধ্যমগ্রাম এব চ।

সুরলোকে চ গান্ধারগ্রামঃ প্রচরতি ধ্রুবং ॥৭৩

অপরংচ—

স্বরাণাং সুব্যবস্থানাং সমূহো গ্রাম ইষতে(১)

পারিজাতে—

অথ গ্রামাস্ত্রয়ঃ প্রোক্তা (ঃ) স্বরসন্দোহরূপিণঃ।

ষড়্‌জ মধ্যম-গ্রান্ধার-সঙ্গা(২)ভিস্তে সমন্বিতাঃ॥

মূর্চ্ছানাধারভূতাস্তে ষড়্‌জগ্রামস্ত্রিষূত্তম ইতি ॥৭৫

অথ গ্রামত্রয়মূর্চ্ছনাহ(৩)

সা রি গ ম প ধ নিশ্চ মপোধনি(৪)সরীগ চ।

গ ম পা ধনিসরীশ্চ গ্রামত্রিতয়মূর্চ্ছনাঃ ॥৭৬

অপরংচ—

সপ্তৈব মূর্চ্ছনাশ্চাত্র প্রতিগ্রাম প্রকীর্ত্তিতাঃ।

আদি-দ্বি-ত্রি-চতুঃ পঞ্চ-ষট্‌সপ্তস্বপিতা মাতাঃ(৫) ॥৭৭

---

দামোদরনা হায়—ষড়্‌জ অমসুং মধ্যম গ্রামনা পৃথিবীদা অতুগা। গান্ধার গ্রামনা লাইরৈবাক্তা চৎনৈ ॥৭৩

অশুম্না নিংথিনা শিন্দোক্লবা স্বরগী মপেবু গ্রাম হায়না কৌই।

পারিজাতনা হায়—স্বর মপেগী মশক ওইবা, ষড়্‌জ-মধ্যম অমসুং গান্ধার হায়না খঙ্‌নবা গ্রাম অহুমগী রা হায়খ্রে। মূর্চ্ছনাশিংগী তুংফম ওইবা অসিগুম্বা গ্রামশিং অসিগী মরক্তা ষড়্‌জ গ্রামনা অথোইবনি ॥৭৪-৭৫

গ্রাম অহুমগী মূর্চ্ছনা হায়রি—

ষড়্‌জগী—স রি গ ম প ধ নি।

মধ্যমগী—ম প ধ নি স রি গ।

গান্ধারগী—গ ম প ধ নি স রি ॥৭৬

অতোপ্পা অমনা—

গ্রাম খুদীংগী মূর্চ্ছনা ৭।৭ নি মতুদি—১বা, ২বা, ৩বা, ৪বা, ৫বা, ৬বা অমসুং ৭শুবা ॥৭৭

---

(১) ইষ্যতে? (২) সংজ্ঞা? (৩, মূর্চ্ছনা আহ? (৪) মপৌধনি? (৫) মতা?

তৎ প্রস্তারক্রমঃ—

ষড়্‌জান্নিষাদান্তং নেস্তু ধান্তং ধাৎ পান্তমিষ্যতে।
পানমান্তং(১)মধ্যমাদগান্তং গান্ধারাদৃশ ভান্তকং।
ঋষভাৎ পান্তমিত্যাহুঃ ষড়্‌জগ্রাম মূর্চ্ছনা ॥৭৮

তদুদাহরণং—

স রি গ ম প ধ নি চ। নি স রি গ ম প ধ চ।
ধ নি স রি গ ম প চ। প ধ নি স রি গ ম চ।
ম প ধ নি স রি গ চ। গ ম প ধ নি স রি চ।
রি গ ম প ধ নি স চ। ইতি ষড়্‌জগ্রাম মূর্চ্ছনাঃ ॥

অথোচ্যতে সুবোধায় মধ্যম-গ্রাম মূর্চ্ছনাঃ—

মাদগান্তং গাচর্ষভান্তমৃষভাৎ সন্তেমিষ্যতে।(২)
সান্নান্তং নের্ধৈবতান্তং ধান্তপান্তং(৩)পাচ্চ মান্তকং ॥৭৯

---

মসিগী শন্দোকপা মশক্তি—

ষড়্‌জ গ্রামগী মূর্চ্ছনা—ষড়্‌জদগী নিষাদনা লোইবা, নিষাদ-তগী ধৈবতনা লোম্বা, ধৈবতদগী পঞ্চমনা লোইবা, পঞ্চমদগী মধ্যমনা লোইবা; মধ্যমদগী গান্ধারনা লোইবা, গান্ধারদগী ঋষভনা লোম্বা, ঋষভদগী ষড়্‌জনা লোইবা মওঙ্‌ অসিনি ॥৭৮

খুদমদি—

স রি গ ম প ধ নি। নি স রি গ ম প ধ।
ধ নি স রি গ ম প। প ধ নি স রি গ ম।
ম প ধ নি স রি গ। গ ম প ধ নি স রি।
রি গ ম প ধ নি স। মসিনা ষড়্‌জগ্রামগী মূর্চ্ছনানি ॥

মধ্যমগ্রামগী মূর্চ্ছনা—

ম-দগী গ-না লোম্বা, গ-দগী রি-না লোইবা, রি-দগী স না লোইবা, স-দগী নি-না লোইবা, নি-দগী ধ-না লোইবা, ধ-দগী প-না লোইবা অমসুং প-গী ম-না লোইবা অসিনি ॥৭৯

---

(১) পান্মান্তং? (২) গাচ্চর্ষভান্তমৃষভাৎ সান্তমিষ্যতে? (৩) ধাৎপান্তং?

এতদুদাহরণং—

ম প ধ নি স রি গ চ। গ ম প ধ নি স রি চ।
রি গ ম প ধ নি স চ। স রি গ ম প ধ নি চ।
নি স রি গ ম প ধ চ। ধ নি স রি গ ম প চ।
প ধ নি স রি গ ম চ। ইতি মধ্যমগ্রামা(১)মূর্চ্ছনা(ঃ)।
আদৌ গকরো যত্রাস্তি গান্ধার গ্রাম মূর্চ্ছনা (ঃ) ॥৮০

তদুদাহরণং—

গ ম প ধ নি স রি চ। (রি গ ম প ধ নি ষ চ)।
স রি গ ম প ধ নি চ। নি স রি গ ম প ধ চ।
ধ নি স রি গ ম প চ। প ধ নি স রি গ ম চ।
ম প ধ নি স রি গ চ। ইতি গান্ধার গ্রাম-মূর্চ্ছনাঃ ॥

অথ মূর্চ্ছনাঃ—

স্বর(২)সংমূর্চ্ছিতো যত্র রাগতাং (প্রতি) পদ্যতে।
মূর্চ্ছনামিতি তামাহু ভরতো(৩)গ্রাম সম্ভবাং ॥৮১

---

খূদমদি—ম প ধ নি স রি গ। গ ম প ধ নি স রি। রি গ ম প ধ নি স। স রি গ ম প ধ নি। নি স রি গ ম প ধ। ধ নি স রি গ ম প। প ধ নি স রি গ ম। মসিনা মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছানানি।

গান্ধার গ্রামগী মূর্চ্ছনা---

গ-কারনা হান্না হৌরবদি মতু গান্ধারগ্রামগী মূর্চ্ছনানি ॥৮০

খূদমদি—

গ ম প ধ নি স রি। রি গ ম প ধ নি স। স রি গ ম প ধ নি। নি স রি গ ম প ধ। ধ নি স রি গ ম প। প ধ নি স রি গ ম। ম প ধ নি স রি গ। মসিনা গান্ধার গ্রামগী মূর্চ্ছনানি।

মূর্চ্ছনা—রাগ শেম্নবগী মচাক ওইবা গ্রামদগী থোক্লকপা স্বরশিং অসিবু ভরতনা মূর্চ্ছনা হায়না কৌরম্মী ॥৮১

---

(১) মধ্যম গ্রাম? (২) স্বরঃ, স্বরাণাং? (৩) তামাহুর্ভরতো?

**অপরং চ—**

যত্র স্বরো মূর্চ্ছিত এব রাগতাং
প্রাপ্তাশ্চ(১)তামাহু মুনিশ্চ মূর্চ্ছনাঃ(২)
গ্রামোদ্ভবাস্তাঃ স্বরসপ্ত-সংযুতাঃ,
স্থান ত্রয়ঃ(৩)স্যুঃ পুনরেকবিংশতি ॥৮২
স রি গ ম প ধ নীতি ষড়্জগ্রামস্য মূর্চ্ছনাঃ।
ম প ধ নি স রি গেতি মধ্যমগ্রাম মূর্চ্ছনাঃ।
গ ম প ধ নি স রীতি গান্ধারগ্রাম মূর্চ্ছনাঃ ॥৮৩

**অথাসাং নামানি—**

ললিতা মধ্যমা চিত্রা রোহিণী চ মতঙ্গজা।
সৌবীরা বর্ণমধ্যাচ ষড়্জমধ্যা চ পঞ্চমী ॥৮৪
মৎসরী, মৃদুমধ্যা চ সুদ্ধান্তা চ(৪)কলাবতী।
তীব্রা রৌদ্রী তথা ব্রাহ্মনী(৫)বৈষ্ণবী খেচরী বরা ॥৮৫
নাদাবতী(৬)বিলাসা চ(৭)ত্রিষু গ্রামেষু বিশ্রুতা(ঃ)।
একবিংশতিরিত্যুক্তা মূর্চ্ছনা চন্দ্র মৌলিনা(৮) ॥৮৬

---

অতোপ্পা মত অমদদি—

রাগ শেমবদা ওইরকপা স্বরগী মশক অদুবু মুনিশিংনা 'মূর্চ্ছনা, কৌনৈ। গ্রামদগী পোক্লকপা, স্বর তরেৎনা তিনবা, মফম অহুমদা লৈবা অসিগুম্বা মূর্চ্ছনা অসিগী মশীং ২১ নি মতুদি ॥৮২

স রি গ ম প ধ নি—ষড়্জ গ্রামগী মূর্চ্ছনানি।
ম প ধ নি স রি গ—মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনানি।
গ ম প ধ নি স রি—গান্ধার গ্রামগী মূর্চ্ছনানি ॥৮৩

মখোয় অসিগী মমিংদি—

১। ললিতা, ২। মধ্যমা, ৩। চিত্রা, ৪। রোহিণী, ৫। মতঙ্গজা, ৬। সৌবীর, ৭। বর্ণমধ্যা, ৮। ষড়্জমধ্যা, ৯। পঞ্চমী, ১০। মৎসরী, ১১। মৃদুমধ্যা, ১২। শুদ্ধান্তা, ১৩। কলাবতী, ১৪। তীব্রা, ১৫। রৌদ্রী, ১৬। ব্রাহ্মী, ১৭। বৈষ্ণবী, ১৮। খেচরী, ১৯। বরা, ২০। নাদবতী, ২১। বিলাসা ( বিশালা ? )—২১ অসি গ্রাম অহুমদা লৈবা মূর্চ্ছনানি। মহাদেবনা হায়—পুন্না মূর্চ্ছনা ২১ নি ॥৮৬

---

(১) প্রাপ্তশ্চ ? (২) মূর্চ্ছনাং ? (৩) ত্রয়ে ? (৪) শুদ্ধান্তা চ ? (৫) ব্রাহ্মী—পাঠ (৬) নাদবতী ? (৭) বিশালা—পাঠ (৮) মূর্চ্ছনাশ্চন্দ্র-মৌলিনা ?

মূর্চ্ছনা(ং)কলয়তো স্মরসন্তো(১)
বংশিকাধর বিশেষ বিতানেঃ(২)
মূর্চ্ছনাং যত অরঙ্গ(৩)শরৌঘৈ—
রঙ্গনা রতিপতেরিব সেনা(ঃ) ॥৮৭

এতৎ প্রয়োজনমাহ—
শিবাগ্রে মূর্চ্ছনাং কৃত্বা ব্রহ্মহাপি বিমুচ্যতে ॥৮৮

অথ তালাঃ(৪)—
মূর্চ্ছনা এব তালাঃ(৫)স্যুঃ স্বদ্ধা(৬)আরোহণাশ্রিতাঃ ॥৮৯

দামোদরস্তু—
বিস্তার্য্যতে(৭)প্রয়োগার্থৈঃ মূর্চ্ছনাঃ শেষ সংশ্রয়াঃ
তালাস্তে(৮)প্যুন পঞ্চাশৎ সপ্তস্বর সমুদ্ভবাঃ ॥৯০
তেভ্য এব ভবন্ত্যন্যে কূটতালা(৯)পৃথক্ পৃথক্ ।
ভেদা বহুতরাস্তেষাং কস্তান্ কাৎ:স্ন্যেন বক্ষতি ॥৯১

---

বাঁশীদা চীন্না কামলগা থোরকপা স্বরগী মূর্চ্ছনাশিং অহুনা কামদেবগী স্বরগুম্না থোরক্তূনা নূপী পূন্নমকপু মাগী লান্মী ওইহল্লি ॥৮৭

মসিগী কান্নবদি—

শিবগী মাঙ্দা মূর্চ্ছনা শকচরবদি ব্রহ্মবধগী পাপমকস্থু কোকপা ঙম্মী ॥৮৮

মথংদা তানগী মরম হায়রি—

শুদ্ধ-আরোহদা লৈবা মূর্চ্ছনানা 'তান' হায়বহ্ ওইরকই ॥৮৯

দামোদরনা হায়—

মূর্চ্ছনা য়াম্না শীজিন্নহুনা 'তান' বু শন্দোক্নৈ। অসিগুম্বা স্বর তরেৎতগী খোক্লকপা তান অসি পূন্না মশীং ৪৯ থক শুই ॥৯০

মসিদগীস্থু হেন্দোকপা 'কূট-তান' কৌবা তোঙানবা তানগী মপৈ অতৈস্থু য়াম্না লৈরি। ফনমক রানা হোৎনহুনস্থু মখোয় অদূবুদি কনানা শন্দোক্লা শীংথারুবা ঙমগদগে ॥৯১

---

(১) স্বরশব্দে—পাঠ (২) বিতানৈঃ ? (৩) অনঙ্গ ? (৪) তানাঃ ? (৫) তানাঃ (৬) শুদ্ধা ? (৭) বিস্তার্যান্তে ? (৮) তানাস্তেহপ্যূনপঞ্চাশৎ ? (৯) কূটতানাঃ ?

গ্রামানাং মূর্চ্ছনানাং চ তালানাং(১)বহবো ভিদাঃ।
প্রকৃতানুপয়োগিত্বাদজ্ঞেয়ত্বাচ্চ নেরিতা(ঃ) ॥৯২

তদুক্তং তালাধিকারে(২)—

তালাঃ(৩)পঞ্চসহস্রাণি ত্রয়স্ত্রিংশচ্চ বস্ত্যমীতি ॥৯৩

অথ বর্ণমাহ—

স্বরো গানক্রিয়ারম্ভ প্রযুক্তো বর্ণ উচ্যতে।
স্থায্যারোহাবরোহিচ সংচারীতি চতুর্বিধঃ ॥৯৪

প্রত্যেকংলক্ষণমাহ—

স্থায়ং স্থায়ং প্রয়োগ(ঃ)স্যাদেকস্যৈব স্বরস্য চেৎ
স্থায়িবর্ণঃ সবিজ্ঞেয়ঃ পরাবন্বর্থ সঙ্গকৌ(৪)॥৯৫

---

গ্রাম, মূর্চ্ছনা অমদি তানগী মখলদি য়ামখরে, মত্থু পূন্নমক অত্থুদি লাইরিক অসিগা চানদবগা, খঙজদবগনা মরম ওইহুনা ইজদ্রে ॥৯২

তানধিকারনা হায় মত্থুদি—

পূন্না তানগী মশীং লীশীং মঙাগা কুন্থাহুমদোই শুই ॥৯৩

হুজীক বর্ণগী মরম হায়রি—

ঈশৈ শকপা হৌবদা শীজিন্নবা স্বর অদূবু 'বর্ণ' হায়না কৌই। বর্ণ মরি শুই মত্থুদি—স্থায়ী বর্ণ, আরোহী, অবরোহী অমসুং সঞ্চারী ॥৯৪

মখোয় খুদিংমক্কী মওঙ্দি—

স্থায়ী। মরক খায়না খায়না স্বর অমত্তনা অসুম হঙ্জিন্না হায়হুনা লৈববু 'স্থায়ী বর্ণ' হায়না কৌই ॥৯৫

---

(১) তানানাং? (২) তানাধিকারে? (৩) তানাঃ (৪) সংজ্ঞকৌ?

পরৌ আরোহি (স্বরোহ্বরোহি) স্বরশ্চ তৌ অন্বর্থ সঙ্জিকৌ(১) অনুগতার্থ নামানৌ। অর্থস্তু—আরোহাতী(২)ত্যারোহী অবরোহতীত্যবরোহীত্যর্থঃ ॥

এতৎ সংমিশ্রনাদ্বর্ণঃ সংচারীতি নিগন্থতে ॥৯৬
এতেষাং স্থয্যারোহাবরোহি স্বরাণাং।
বর্ণভবংত্যলঙ্কারা(৩)রচনায়া বিশেষতঃ ॥৯৭

তত্র চ—

ষড়্‌বিংশতিঃ স্থায়িনঃ স্যারোহিনো(৪)দ্বাদশৈবতু।
সংচারিণো দ্বাদশৈব (দ্বা)দশৈবাবরোহিণঃ ॥৯৮
ইতি প্রসিদ্ধালঙ্কারা দ্বাষষ্টিঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ।
গ্রন্থবিস্তরভীতেন ময়ানেহ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥৯৯

---

মখাগী থংনবা অনি অসিদি অর্থগা চপ মান্নৈ মতুদি—'আরোহী, অবরোহী'

আরোহী—মথং মথংনা রাংখৎখিববু আরোহী কৌই।

অবরোহী—অৱাংবদগী অনেস্বদা মথং মথং হাইথরকপবু অবরোহী কৌই ॥

সঞ্চারী—স্থায়ী, আরোহী, অবরোহী অহুম অসিনা তিন্নরগা 'সঞ্চারী বর্ণ' ওইরকই ॥৯৬

স্থায়ী আরোহী অমসুং অৱরোহী বর্ণশিং অসিদি অলঙ্কার শেম্বা মতমদা শীজিন্নৈ ॥৯৭

অলঙ্কারগী মরম হায়রি—

স্থায়ী অলঙ্কার ২৬, অতুগা আরোহী, অবরোহী অমসুং সঞ্চারীগীনা ১২/১২ নি। অতুনা পুন্না অলঙ্কার ৬২ শুই। লাইরিক চাউথোক-মনখিগদবদগী মতু পুন্নমক্তুদি শুনা ইরুদ্রে ॥৯৮-৯৯

(১) সংজ্ঞিকৌ, সংজ্ঞকৌ? (২) আরোহতী? (৩) বর্ণভবন্ত্যলঙ্কারা? (৪) নশ্চারোহিণঃ?

অলঙ্কার প্রয়োজনমাহ—

স্বরজ্ঞানে দৃঢ়াভ্যসো(১)রক্তলাভশ্চ(২)জায়তে।
বর্ণনাম বিচিত্রত্বমলঙ্কার প্রয়োজনং ॥১০০

গ্রহস্বরমাহ—

স গ্রহস্বর ইত্যুক্তো যো গীতাদৌ সমর্পিতঃ ॥১০১

অংশস্বরমাহ—

যো রক্তিব্যঞ্জকো গেয়ে যস্য সর্ব্বেহনুগামিনঃ।
য (ঃ) স্বয়ং গ্রহত্বং(৩)যাতো ন্যাসাদীনাং প্রয়োগতঃ ॥
যস্য সর্ব্বত্র বাহুল্যং স বাহ্যংশো নৃপোপমঃ(৪) ॥১০২

বাদী রাগা(দি) নিশ্চয়কর্ত্তেতি গীতপ্রকাশকারঃ।

যঃ স্বয়ং গ্রহতাং যাত ইত্যনেন অংশস্বর কারণত্বমিত্যর্থঃ ॥

অতএব মাঘে—

ভানল্পত্বাৎ প্রধানত্বাদংশ স্যেবেতরেস্বরাঃ।
বিজিগীষা নৃপতয়ঃ প্রয়ান্তি পরিচারতামিতি ॥১০৩

---

অলঙ্কারগী কান্নবদি—

অচেৎপা অভ্যাসনা মরম ওইদুনা স্বরজ্ঞান মতিক চানা লৈরক্লবদা শকপা বর্ণনা অঙকপা ফংহল্লিবদু 'অলঙ্কার'গী মতেংতনা ওইরিবনি ॥১০০

গ্রহস্বরগী মরম হায়রি—

ঈশৈ শকপদা অহানবা হৌবদা শীজিন্নবা স্বর অদুবু 'গ্রহস্বর' কৌই ॥ ০১

অংশস্বরগী মরম হায়রি—

ঈশৈদা খ্বায়দগী হেন্না য়াম্না শীজিন্নরিবা স্বর অদুবু 'অংশস্বর' কৌই। ঈশৈ শকপদা মীবু পান্নগন্নবা স্বর খিবীক্লা তুংইন্ননা ন্যাস-নচিংবনা শেন্থা অদুগুম্বা স্বর অদুবু 'গ্রহ' হায়নৈ। গ্রহ অসিনা য়ামথোরক্লুনা ওইরকপা বাদীগী অংশনা নিংথৌগুম্না প্রধান ওই-রকই ॥ .০২

গীতপ্রকাশকারনা হায় মহুদি—অংশস্বরনা বাদীস্বর অমসু রাগনচিংবগী মশক লেপপী হায়বদি অংশস্বরনা গ্রহস্বরগী হৌফমনি ॥

মাঘকাব্যদা হাররি—

মরাং কায়বদগী অমদি মকোক ওইনা লৈবদগী অতোপ্পা স্বর পুম্নমক অংশস্বরগী মখা থাবা ভাক্তুনি। অশোনবনা অকনবা নিংথৌগী মখা পোন্না লৈবগুম্বনি ॥১০৩

---

(১) দৃঢ়াভ্যাসো ? (২) রক্তিলাভশ্চ—পাঠ (৩) গ্রহতাং ? (৪) নৃপো-পমঃ—পাঠ

অপরংচ—

রাগাণাং জীবভূতা যো(১)প্রোক্তাস্তেংশস্বরা বুধৈরিতি ॥১০৪

ন্যাসস্বরমাহ—

ন্যাসস্বরস্তু স প্রোক্তো যো গীতাদি সমাপ্তিকৃৎ ॥১০৫

জাতিমাহ—

যস্যা রাগজনিস্তু(২)জাতিরিহ স রাগস্য মাতা পিতা সা(৩)।

শুদ্ধাখ্যা বিকৃতা দ্বয়োশ্চ মিলনাৎ সংকীর্ণকা চ ত্রিধা ॥১০৬

কিংচ—

শুদ্ধাঃ স্যুর্জাতয়ঃ সপ্ত তা(ঃ) ষড়্‌জাদি স্বরা ভিধাঃ।

তা এব বিকৃতা(ঃ)শেষা জাতা বিকৃতি সঙ্করাৎ ॥১০৭

ইতি দ্বিধেত্যন্যে।

---

অতোপ্পা অমস্থ লৈরি মতুদি—

অখঙ্‌ অহৈশিংনা হায়—অংশস্বরনা রাগশিংগী থরায়নি ॥১০৪

ন্যাসস্বরগী মরম হায়রি—

ঈশৈ শকপা লোইশিল্লকপদা অরোইবা শীজিন্নবা স্বরবু 'ন্যাসস্বর' হায়না কৌই ॥১০৫

জাতিগী মরম হায়রি—রাগগী হৌরকফম্ব 'জাতি' কৌই। অদুনা জাতিবু রাগগী মমানি হায়নৈ (মত অমদা মপা)।

জাতি মখল অহুমনি - শুদ্ধা, বিকৃতা অমসুং অনি অসিনা তিন্নহুনা থোকপা 'সংকীর্ণ' ॥১০৬

শুদ্ধা জাতি মখল তরেৎনি মতুদি, ষড়্‌জনচিংবা স্বরশিং অসির্নি। অদুগুমতুনা মশক ওল্লক্লগনা 'বিকৃতা' জাতি কৌই। বিকৃত অসিদি সংকীর্ণগম্ভ তিন্নবদগী মখল অনি শুবগুম্বী হায়বদি সংকীর্ণস্থ বিকৃত মখল অমনি হায়বনি ॥১০৭

---

(১) যে ? (২) রাগযোনিস্তু—পাঠ (৩) মাতাপি সা ?

তদুক্তং হরিনায়কেন

শুদ্ধাভির্বিকৃতাভিশ্চ মিলিতা জাতয়ঃ পুনঃ।
অষ্টাদশ সমুদ্দিষ্টাস্তা রাগাণাং চ মাতর(ঃ) ॥১০৮ ইতি

অয়মেব পঠ্যঃ(১)প্রাধান্যান(২)ইব প্রতিভাতি যতঃ
প্রচীনাচার্য্যৈ-রঙ্গীকৃতঃ।

তদুক্তং নিবন্ধান্তরে—

ষাড়্‌জর্ষভী চ গান্ধারী মাধ্যমী পঞ্চমী(৩)তথা।
ধৈবতী চাথ নৈষাদী সপ্তেতা(৪)শুদ্ধজাতয়ঃ ॥১০৯
স্যাৎ ষড়্‌জ কৈশিকী ষড়্‌জমধ্যমাচ ততঃ পরং।
গান্ধাব পঞ্চম্যাংন্দ্রী(৫)চ ষড়্‌জোদীচ্যবতী তথা ॥১১০
কার্ম্মাবরী(৬)নন্দয়ন্তী গান্ধারোদীচ্য বাপি চ।
মধ্যমোদীচ্য বা রক্তগান্ধাবী কৈশকীত্যপি ॥১১১

---

হবিনায়কনা হাযবনা—

শুদ্ধা-বিকৃতা তিন্নচুনা জাতি মখল ১৮ থোকই, মচুনা বাগশিংগী মমানি। হাযবদি মানা অথোইবা ওইনা লৈবদগী থাযনগী গুরুশিংনস্থ লৌখৎনবী বস্মী ॥১০৮

অতোপ্পা লাইবিক্তস্থ হাযবি মচুদি—

শুদ্ধজাতি তবেংনি—যড্‌জা, ঋষভী, গান্ধাবী, মাধ্যমী, পাঞ্চমী, ধৈবতী অমস্থং নৈষাদী ॥১০৯

বিকৃতজাতিনা মখল ১১ নি মচুদি—

ষডজ-কৈশিকী, ষড্‌জ-মধ্যামা, গান্ধাব-পঞ্চমী, আন্দ্রী, ষড্‌জ-উদীচ্যবতী, কার্ম্মাববী, নন্দযন্তী, গান্ধাব-উদীচ্য, মধ্য-মোদীচ্য, রক্তগান্ধারী অমস্থং কৈশিকী ॥১১০

অস্থম তৌনা ভরতনচিংবনা বিকৃতজাতি ১১ নি হাযরম্মী ॥১১১

---

(১) পক্ষঃ—পাঠ (২) প্রধান ইব—পাঠ (৩) পাঞ্চমী ?
(৪) সপ্তৈতাঃ ? (৫) পঞ্চম্যান্ধ্রী ? (৬) কার্ম্মারবী—পাঠ

এবমেকাদশ প্রোক্তা বিকৃতা ভরতাদিভিঃ।
শুদ্ধা(ঃ)সিদ্ধা বিকৃতানামথ হেতুন্ প্রচক্ষমহে ॥১১২
ষড়্জগান্ধারীকা যোগাজ্জায়তে ষড়্জকৈশিকী ॥১১৩
ইত্যেতদ্বাহুল্যভয়ান্নোক্তং।

গ্রামসম্বন্ধমাহ—

ষড়্জার্ষভী ধৈবতী চ নৈষাদী ষড়্জকৈশিকীত্যাদি
ষড়্জগ্রামোদ্ভবাঃ সপ্তজাতয়(ঃ) ॥ গান্ধারী রাক্ত(১)গান্ধারী
গান্ধারোদীচ্যেত্যেকাদশ জাতয়ো মধ্যমগ্রামোদ্ভবাঃ।
ইত্যষ্টাদশ।

শ্রুতিমারভ্য জাত্যন্তং ময়া যদ্‌যৎ সমীরিতং।
তত্ত্বীণম্বেব(২)কিঞ্চিৎ বুধৈর্জ্ঞেয়ং স চান্যতঃ(৩) ॥১১৪
উদ্দিষ্ট-নষ্ট-প্রস্তার-খণ্ড মেরুমুখং তু যৎ।
সঙ্গীতানুপযুক্ত-ত্বান্নোক্তং তৎ কৌতুকং পরং ॥১১৫

---

হুজীক শুদ্ধা, সিদ্ধা, বিকৃতাগী হৌরকফম হায়রি মহুদি—ষড়্জ-গান্ধারী তিন্নহুনা ষড়্জ-কৈশিকী থোকই ॥১১২-১৩

অসি নত্তবা অতৈদি চাউমনখিগদবদগী ইদ্রে।

মখোয় অসিগা গ্রামগা লৈনবা মরী হায়রি—

ষড়্জা, ঋষভী, ধৈবতী, নৈষাদী অমসুং ষড়্জ-কৈশিকীনচিংবা জাতি তরেৎমা ষড়্জ-গ্রামদগী থোকপনি অহুগা গান্ধারী, রক্ত-গান্ধারী, গান্ধার উদীচ্যনচিংবা জাতি ১১ না মধ্যম গ্রামদগী থোকপনি। মরম অহুনা পুন্না ১১ শুই ॥

ঐনা মথক্তা হায়খ্রিবা শ্রুতিদগীনা জাতি ফাওবা অসি বীণা-যন্ত্রশিংদদি খরদং খঙ্‌নবা ঙম্মী, অতোপ্পা অমনদি ঙমদে ॥১১৪

উদ্দিষ্ট, নষ্ট, প্রস্তার, খণ্ড, মেরুমুখ হায়না লৈরিবা অতৈ খর অহুদি ঈশৈদা মতিক চানদবদগী ইদ্রে, চুম্নগী মমিংদং পনবদা নুং-শাইগদবা মওায়রে ॥১১৫

---

(১) রক্ত? (২) তত্ত্বীণাম্বেব? (৩) ন চান্যতঃ—পাঠ

অথ রাগমাহ—

যৈস্তু চেতাংসি(১)রজ্যন্তে জগত্রিতয় বর্তিনাং।
তে রাগা ইতি কথ্যন্তে মুনিভির্ভরতাদিভিঃ ॥১১৬
গোপীভির্গাতমারব্ধমেকৈকং কৃষ্ণসন্নিধৌ।
তেন জাতানি রাগাণাং সহস্রাণি তু ষোড়শঃ ॥১১৭
এষু রাগেষু ষট্‌ত্রিংশদ্রাগা জগতি বিশ্রুতাঃ।
সন্তি মেরুশ্চতুর্দ্দিক্ষু(২)সর্ব্বে তে পীতি(৩)কেচন ॥১১৮

অথ পুং-স্ত্রীভেদেন রাগানাহ দামোদরঃ—

রাগাঃ ষড়েবতু প্রোক্তা রাগিণ্যস্ত্রীংশৎদেবহি(৪)।
ভৈরবোথ(৫)বসন্তশ্চ রাগো মালবকৈশিকীঃ ॥১১৯
শ্রীরাগো মেঘরাগাশ্চ(৬)নটনারায়ণস্তথা।
এতে পুমাংস(:)সড়াগা(৭)ক্রমাত্তদ্রাগিণীর্ব্রুবে ॥১২০

---

রাগগী মরম হায়রি—

মরোল অহুম্মক্তা লৈবা থরায় পানবশিংবু পোলহল্লিবা অদূবু ভরতনচিংবা মুনিশিংনা 'রাগ' কৌই হায় ॥১১৬

গোপীশিংস্থ কৃষ্ণগী নাক্তা অমমমতা ওইনা ঈশৈ শরুবা হৌখি। অস্থুম তৌহুনা মখোয়না রাগ লীশীং তরাতরূক থোকহনখি ॥১১৭

রাগশিং অসিগী মরক্তা তাইবঙ্‌পানবা অসিদদি রাগ ৩৬ খক্তগী রা তাবা ফংই। মখোয় অসিগী অয়াম্বদি সনজীংগী মায়কৈ মরিমক্তা চাইথোক্তুনা লৈখি ॥১১৮

সঙ্গীত দামোরনা রাগবু নিপা নূপী খায়দোক্তুনা হায়রি— রাগ নিপা ৬, রাগ নূপী ( রাগিণী ) ৩০ নি। রাগ নিপাশিংদি—ভৈরব, বসন্ত, মালব-কৈশিকী, শ্রীরাগ, মেঘরাগ অমসুং নটনারায়ণ—তরূক অসিনি ॥১১৯-২০

মথংদা মখোয় মখোয়গী রাগিণীশিংগী মরম হায়রকলি মহুদি—

ভৈরবকী রাগিণীশিং—ভৈরবী, কৈশিকী, ভাষা, বেলাবলী অমসুং বঙ্গালী ॥১২১

---

(১) চেতাংসি ? (২) মেরোশ্চতুর্দ্দিক্ষু ? (৩) তেহপীতি ? (৪) স্ত্রিংশদেবহি ? (৫) ভৈরবোহথ ? (৬) মেঘরাগশ্চ ? (৭) ষড্রাগাঃ ?

ভৈরবী কৈশিশি(কী ?)চৈব ভাসা(১)বেনাবলী(২)তথা।
রঙ্গালী(৩)তে তি(৪)রাগিণ্যো ভৈরবস্যৈব(৫)বল্লভাঃ ॥১২১
আন্দোলিতা চ দেশাখ্যা লোলা প্রথম মঞ্জুরী(৬)।
মল্লারী চো তা(৭)রাগিণ্যো বসন্তস্য সদানুগাঃ ॥১২২
গৌরী পুণ্ডিকিরী(৮)চৈব বরাড়ীচ ক্ষমাবতী।
কর্ণাটী চেতি রাগিণ্যঃ প্রিয়া মালবকৈশিকৈঃ(৯) ॥১২৩
গান্ধারী দেবগান্ধারী মালবশ্রীশ্চ শাবরী।
রামকির্য্যপি রাগিণ্যঃ শ্রীরাগস্য প্রিয়া ইমাঃ ॥১২৪
(ললিতা মানসী গৌরী নাটী দেবকিরী তথা।
মেঘরাগস্য রগিণ্যো ভবন্তীমাঃ সুবল্লভাঃ ॥১২৫
তারামণি সুধাভিরী কামোদী গুর্জরী তথা)
কু(কু)ভা চেতি রগিণ্যো নটনারায়ণ প্রিয়া(ঃ) ॥১২৬

পঞ্চম সার সংহিতায়াংতু—

মালবশ্চৈব মল্লার শ্রীরাগশ্চ বসন্তকঃ।
হিলোলশ্চাথ(১০)কর্ণাটঃ ষট্ পুংরাগাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥১২৭

---

বসন্তগী রাগিণীশিং—আন্দোলিতা, দেশাখ্যা, লোলা, প্রথমমঞ্জরী অমসুং মল্লারী ॥১২২

মালব-কৈশিকগী রাগিণীশিং—গৌরী, গোণ্ডকিরী, বরাড়ী, ক্ষমাবতী অমসুং কর্ণাটী ॥১২৩

শ্রীরাগগী রাগিণীশিং—গান্ধারী, দেবগান্ধারী, মালবশ্রী, শাবরী অমসুং রামকিরী ॥১২৪

মেঘরাগগী রাগিণীশিং—ললিতা, মানসী, গৌরী, নাটী অমসুং দেবকিরী ॥১২৫

নাটনারায়ণগী রাগিণীশিং—তারামণি, সুধাভিরী, কামোদী, গুর্জরী অমসুংককুভা ॥১২৬

পঞ্চম-সার-সংহিতাদা হায়বদি—রাগনিপা ৬ নি মতুদি—মালব, মল্লার, শ্রীরাগ, বসান্ত হিল্লোল, অমসু কর্ণাট ॥১২৭

---

(১) বিভাষা ? (২) বেলাবলী ? (৩) বঙ্গালী—পাঠ (৪) চেতি ? (৫) ভৈরবস্যেহ পাঠ (৬) মঞ্জরী ? (৭) চেতি ? (৮) গুণ্ডকিরী ? (৯) কৈশিকে ? (১০) হিন্দোলশ্চাথ ?

ধানসী মানসী রামকেরী চ সিন্ধুরা তথা।
আসাবরী ভৈরবী চ মল্লবস্ত(১)প্রিয়া ইমাঃ ॥১২৮
বেনাবলী চ(২)প্রবরা(৩)কানড়া মাধবী তথা।
কোড়ী কেদারীকা চৈব মল্লারস্য প্রিয়া ইমাঃ ॥১২৯
বেলাপারী(৪)চ গৌরীচ গান্ধারীশ্চ সুভগা তথা।
কৌমারীচৈব বৈরাটী(৫)শ্রীরাগস্য প্রিয়া ইমাঃ ॥১৩০
তোরীচ পঞ্চমীচৈব ললিতা পঠমঞ্জুরী(৬)
গুঞ্জরী(৭)চ বিভাসা(৮)চ বসন্তস্য প্রিয়া ইমাঃ ॥১৩১
মায়ুরী দীপিকাচৈব দেশকারীচ পাহড়া(৯)
বরাড়ী মারহট্টাচ এতা হিল্লোল যোষিতঃ ॥১৩২
নাটিকা চাথ ভুপালী রামকেরী গরা(১০)তথা।
কামোদী চাথ কল্যাণী কর্ণাটস্য প্রিয়া ইমাঃ ॥১৩৩

---

মালবকী রাগিণীশিং—ধানসী; মানসী, রামকেরী, সিন্ধুরা, আশাবরী অমস্থং ভৈরবী ॥১২৮

মল্লারগী—বেলাবলী, প্রবরা ( পূরবী ), কানড়া, মাধবী, কোড়ী অমস্থং কেদারী ॥১২৯

শ্রীরাগগী—বেলাপারী ( বেলোয়ারী ), গৌরী, গান্ধারী, শুভগা, কৌমারী, বৈরাটী ( বৈরাগী ) ॥১৩০

বসন্তগী—তোরী, পঞ্চমী, ললিতা, পঠমঞ্জরী, গুর্জ্জরী অমস্থং বিভাষা ॥১৩১

হিল্লোলগী—মায়ুরী, দীপিকা, দেশকারী, পাহিড়া, বরাড়ী, মারহট্টা ( মারহাটী ? ) ॥১৩২

কর্ণাটকী—নাটিকা, ভূপালী, রামকেরী, গড়া, কামেদী অমস্থং কল্যাণী ॥১৩৩

---

(১) মালবস্য ? (২) বেলাবলী চ ? (৩) পূরবী ? (৪) বেলোয়ারী ? (৫) বৈরাগী—পাঠ (৬) মঞ্জরী ? (৭) গুর্জরী—পাঠ (৮) বিভাষা—পাঠ (৯) পাহিড়া—পাঠ (১০) গড়া ?

মম্মটাচার্য্যকৃত সঙ্গীতমালায়াং—

কর্ণাট নাট মল্লারী(১)দেশাখ্যো মালব(২)স্তথা
বসন্তশ্চেতি পুংরাগা(ঃ)রাগজ্ঞৈঃ ষট্ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥১৩৪
চন্দনী মালবী শ্রীচ(৩)সিন্ধু বেনাবলী(৪)তথা।
প্রপাতনী বিভাষাখ্যা কর্ণাটস্যৈব নায়িকা(ঃ) ॥১৩৫
কাম্বোজী(৫)নাটভাষাখ্যা নাটিকা গুণমঞ্জরী।
শেখরী মুখরী চেতি নটঃ দারাঃ(৬)প্রকীর্ত্তিতা ॥১৩৬
মল্লারী ললিতা চেতি তথা প্রাচীনমঞ্জরী।
মধুকারী হুঙ্কারী দেশী মল্লার-বল্লভাঃ ॥১৩৭
গুঞ্জরী(৭)রামকেরীচ গণ্ডকেরী(৮)সুরেহিকা।
ধনাসী চ বরাড়ীচ দেশাখ্যস্যৈব নায়িকা(ঃ) ॥১৩৮
(৯)সিরী কেদার সংজ্ঞাচ মেঘমার্জ্জনিকা তথা।
কঙ্কুশ্চিন্তা চ লবনী(১০)মালবস্যাবলা মতাঃ ॥১৩৯

---

মম্মটাচার্য্যনা লেংবা সঙ্গীতমালাদা হায়বদি—

রাগ নিপা ৬ নি মহ্দি—কর্ণাট, নাট, মল্লার, দেশাখ্য, মালব অমসুং বসন্ত ॥১৩৪

মাগী মত-তা রাগিণীশিংগী মমিংদি—

কর্ণাটকী—চন্দনী, মালবী, শ্রী, সিন্ধু, বেলাবলী, প্রপাতনী অমসুং বিভাষা ॥১৩৫

নাটকী—কাম্বোজী, নাটভাষা, নাটিকা, গুণমঞ্জরী, শেখরী, মুখরী ॥১৩৬

মল্লরগী—মল্লারী, ললিতা, প্রাচীনমঞ্জরী, মধুকারী, হুঙ্কারী অমসুং দেশী ॥১৩৭

দেশাখ্যগী—গুর্জরী, রামকেরী, গণ্ডকেরী, সুরেহিকা, ধনাসী অমসুং বরাড়ী ॥১৩৮

মালবকী—শ্রী, কেদার, মেঘমার্জ্জনী, কঙ্কু, চিন্তা অমসুং লবনী ॥১৩৯

---

(১) মল্লারা ? (২) মালব ? (৩) শ্রীশ্চ ? (৪) বেলাবলী ? (৫) কাম্বোজী ? (৬) নাট-দারাঃ ? (৭) গুর্জরী, গুজ্জরী—পাঠ ? (৮) গণ্ডকেরী ? (৯) শ্রী ? (১০) নবনী—পাঠ

ভৈরবী রঙ্গহারী চ মেঘতালা সুপঞ্চমী।
অমরা তোড়ীকা গৌরী(১)বসন্তস্যৈব নায়িকাঃ ॥১৪০

কেচিত্তু পুংরাগা অষ্টাবিত্যাহুঃ। তদুক্তং সঙ্গীত কৌমুদ্যাং—

ভৈরবো ভূপতিশ্চৈব শ্রীরাগঃ পঠমঞ্জরী।
বাসন্তিকশ্চ ভূপালঃ সারঙ্গো মালবস্তথা ॥১৪১
এতে সঙ্গীতশাস্ত্রজ্ঞৈঃ পুমাংসশ্চাত্র(২)কীর্ত্তিতাঃ ॥১৪২
(শ্রীরাগো দেবগান্ধারো ভৈরবী গুর্জ্জরী তথা।
নীলাম্বরী বরালী চ মেঘরঞ্জী ততঃ পরং ॥
বেলাবলী দেশকারী বঙ্গালী মালবী তথা।
তথা মল্লহরী চৈব দেশকারমতঃ পরং ॥
রামক্রিয়স্তথা তোড়ী রাগো দেবক্রিয়স্তথা।
পঠ-মঞ্জরিকা রাগস্তথা কুরুজুরেব চ ॥

---

বসন্তগী—ভৈরবী, রঙ্গহারী, মেঘতালা, সুপঞ্চমী, আম্রতোড়ী অমস্থং গৌরী।

কনা কনাগুম্বনা অমুক রাগ নিপা মশীং ৮ নি হায়রি। মহু সঙ্গীত কৌমুদীদা হায়রি মহুদি—

ঈশৈ হৈবশিংনা রাগনিপা ৮ নি হায় মহুদি—ভৈরব, ভূপতি, শ্রীরাগ, পঠমঞ্জরী, বাসন্তী, ভূপাল, সারঙ্গ অমস্থং মালব ॥১৪১-৪২

পুন্না রাগ ৩০ নি মহুদি, শ্রীরাগ, দেবগান্ধার, ভৈরবী, গুর্জ্জরী, নীলাম্বরী, বরালী, মেঘরঞ্জী, বেলাবলী, দেশকারী, বঙ্গালী, মালবী, মল্লহরী, দেশকার (ী ?), রামক্রি, তোড়ী, দেবক্রি, পঠমঞ্জরী, কুরুজু।

---

(১) গৌড়ী—পাঠ (২) পুমাংসশ্চাষ্ট ?

বসন্ত-ধানসী-রাগৌ ললিতো নাট এব চ।
কাম্যেজী ভৌলি ভুপালী আভীরী বলহংসকঃ॥
নারায়ণীরিতিখ্যাতঃ শঙ্করাভরণস্তথা।
হিন্দোলরাগ ইত্যেতে রাগস্ত্রিংশদুদীরিতাঃ॥
চতুর্বিংশতি রাগা যে তেষাং তাঃ স্ত্রিয় ঈরিতাঃ॥)

দাক্ষিণাত্যনিবন্ধে রাগবিবেকে—

ভৈরবশ্চাথ ভুপালঃ শ্রীরাগঃ পঠমঞ্জরী।
বাসন্তী মালবশ্চৈব রাঙ্গালো(১)লাটকস্তথা(২) ॥১৪৩
এতেঽষ্টরাগাঃ কথিতা পুংরাগো ইতি সুরিভিঃ। ইতি

রাগাণাং স্ত্রীপুংসত্ব বিবেচনে ফলমাহ নারদঃ—

রাগংচেদালাপেৎ পুর্ব্বং তৎপত্নী(ং)তদনন্তরং।
অন্য পত্নী ন গাতব্যা নৃপায়াং(৩)ন দুষণং ॥১৪৪ ইতি

---

বসন্ত, ধানসী, ললিত, কাম্যোজী ( কাম্বোজী ? ) ভৌলী, ভূপালী, আভিরী, বলহংস, নারায়ণ, শঙ্করাভরণ, হিন্দোল—মখোয় অসিনি।

৩০ অসিগী মনুংদা ২৪ দি রাগিণীমক্তনি।

দক্ষিণাত্যনিবন্ধ রাগবিবেক-তা হায়রিবদি—

অখঙ্-অহৈশিংনা হায় মতুদি রাগনিপা ৮ নি মতুদি—ভৈরব, ভূপাল, শ্রীরাগ, পঠমঞ্জরী, বাসন্তী, মালব, বঙ্গাল অমসুং নাটক ॥১৪৩

রাগবু নিপা নুপী খায়না শকপগী মরমদা নারদনা হায়—

অহানবদা রাগ আলাপ তৌরগা মথংদা রাগিণী তাগনি। মসিদা অতোপ্পা রাগগী রাগিণী লামশিল্লুফদে, অতুম ওইনমক নিংথৌগী য়াথং ফংলবদি মতুমকসু দোষ ওইদে ॥১৪৪

---

(১) বঙ্গালো ? (২) নাটকস্তথা ? (৩) নৃপাজ্ঞায়াং ?

য়েংগদবা—ব্রেকেট মনুংগী শ্লোকশিং অসি ইরিবা খুৎই অসিদা য়াওরমদে, স্বামী প্রজ্ঞানন্দগী সংগীত-সার-সংগ্রহ দগী লৌতুনা হাপ্পনি।

অতএবাস্যা নতিপ্রয়োজনত্বাদ্ধরিনায়কাদিভি র্ন লিখিতং।
অত্র বিরোধস্তু কল্লান্তরাভি-প্রায়েণ পরিহরণীয়ঃ॥
কিংচ—

দেশে দেশে ভিন্ননাম্নাং রাগানাং তত্ত্বনির্ণয়ং।
কোপি(১)কর্ত্তুংন শক্নোতি নিরণায়ি ন তন্ময়া ॥১৪৫

অথ পূর্ব্বোক্ত লক্ষণস্য-গীতস্য ভেদানাহ—

( )অনিরুদ্ধং নিরুদ্ধং চ দ্বিধাগীতমুদীরিতং।

(৩)আলপ্তিরনিরুদ্ধং(৪)স্যাদ্রাগালপলরূপিণী ॥১৪৬
তদুক্তং—

আলপ্তির্বন্ধহীনত্বাদনিবদ্ধমিতীরিতমিতি। রাগস্য
আলাপনং প্রকটা (ী ?) করণং।
হরিনায়কস্তু—

বর্ণালঙ্কার-সংযুক্তা গমকস্থান চিত্রিতা।
আলপ্তিরুচ্যতে তজ্জৈ(৫)ভু র্রিভঙ্গি মনোহরেতি ॥১৪৭

---

মরম অহুনা থোইনা কান্নদবদগী হরিনায়কনচিংবা কবিশিংমরুস্থ ইরমদ্রে। অতোপ্পা কন্ন অদা তৌনরম্বমক ওইরবস্থ মত্থ মতমগা চুনরক্ত্রবদি হেক্তমক থাদোক্লদবনি।

অহুগা অমদি—লৈবাক লৈবাক্কী চৎনবী রাগগী মশক্তি কনানস্থ শেংনা খঙ্নদবনা ঐনস্থ লেপলুবা ঙমদ্রে ॥১৪৫

মথংদা মথক্তা হায়খ্রবা ঈশৈগী লক্ষণশিংগী খেন্নবত্থ হায়রি মত্থদি—ঈশৈ মখল অনিনি—অনিবদ্ধ, নিবদ্ধ।

প্রবন্ধ—আলাপকী শরুকপু 'অনিবদ্ধ' কৌই। মসিদা রাগ আলাপতমক লৈগনি। অসিগুম্বা আলাপ অসিদদি ময়েক মশোন য়াওদবনা মসিবু 'অনিবদ্ধ' হায়বনি। রাগ আলাপ হায়বদি রাগ মশক তাকপা হায়বনি ॥১৪৬

হরিনায়কনা হায়—বর্ণ-অলঙ্কারনা তিনবা, গমকস্থানশিংদা অঙকপা ফংবা, পুক্লিং-হুনবা মশক ওইবা, তোঙান তোঙানবা মশকনা তিনবা অদুবু 'আলাপ' হায়না কৌই। মত্থ 'অনিবদ্ধ' নি ॥১৪৭

---

(১) কোহপি ? (২) অনিবদ্ধ নিবদ্ধং চ ? (৩) আলপ্তিরনিবদ্ধং ? (৪) স্যাদ্রাগালপমরূপিণী ? (৫) তজ্জ্ঞৈঃ

এতেন অতালানাং সর্ব্বেষাং আলাপে প্রবেশঃ।
বর্ণালঙ্কারস্তু নিরর্থক হুঙ্কারাদি শব্দঃ সঙ্গীতোক্ত স রি গ মেত্যাদি বর্ণালঙ্কারশ্চ।

আলপ্তের্বহুধা ভেদান্(১)প্রপঞ্চভিয়েরিতাঃ ॥১৪৮

নিবদ্ধমাহ—

বদ্ধং ধাতুভিরঙ্গৈশ্চনিবদ্ধমভিধীয়তে।
শুদ্ধং ছায়ালগং ক্ষুদ্রমিতি তচ্চত্রিধা মতং ॥১৪৯

তন্নিবদ্ধং। তত্রশুদ্ধমাহ—

আলাপে ধাতু(২)ভিশ্চাঙ্গৈঃসংযুক্তং শুদ্ধমুচ্যতে।
আলাপোত্র(৩)সার্থকপদৈরেবেতি সাম্প্রদায়িকা(ঃ) ॥১৫০

হরিনায়কস্তু—

আলাপোগমকালপ্তিরক্ষবৈর্বর্জিতামতেত্যাহ ॥১৫১

---

অসিগুম্বা আলাপ অসিদদি করিগুম্বদস্থ তাল য়াওদে। অসিগুম্বা তাল-য়াওদবা শৈহেক-শৈদানা থল্লা য়াওবা মশক অসিদি আলাপ-তদা ওইগদবনি। অর্থ য়াওদনা শীজিন্নরিবা হুঁকারনচিংবা শব্দশিংবু অমদি স রি গ ম-নচিংবা ময়েকপুম্বু 'বর্ণালঙ্কার' হায়না কৌই। আলাপকী মখল য়াম্মী, অতুনা পাকমন-চাউমনবদগী মখা লৌথদ্রে ॥১৪৮

নিবদ্ধ—ধাতু অমদি অঙ্গশিংনা পুনশিন্দুনা শেম্বা ময়ক অদুবু 'নিবদ্ধ' কৌই। মসিগী মখল অহুমনি মতুদি—'শুদ্ধ, ছায়ালগ অমসুং ক্ষুদ্র' ॥১৪৯

শুদ্ধগীত—আলাপ, ধাতু অমদি অঙ্গশিংনা তিনববু শুদ্ধ কৌই। সার্থকপদশিংনা ( অরেম্বা ওইদবা পদশিংনা ) মসিগী আলাপ তৌগদবনি হায়না সম্প্রদায়গী মীশিংনা হায় ॥১৫০

হরিনায়কনা হায়বদি—

আলাপ হায়বসিদি গমক-তনা শেমগদবনি, ময়েক্তি য়াওরোইদবনি অসুম্না হায় ॥১৫১

---

(১) ভেদান? (২) আলাপৈর্ধাতু? (৩) আলাপোহত্র?

সংগীতসারেতু—

শুদ্ধ-সালগ-সংকীর্ণভেদাদ্গীতং ত্রিধা মতং।

তত্র ক্ষুদ্রগীতমেব সঙ্কীর্ণ শব্দেনোচ্যতে ॥১৫২

তচ্চ স্যাত্রিবিধন্তু শুদ্ধকমিদং ছায়ালগং ক্ষুদ্রকমিতি তেনোক্তত্বাৎ দামোদরোক্তং কথয়িষ্যতে।

হরিনায়কস্তু—

সঙ্গাত্রয়ং(১)নিবদ্ধস্য প্রবন্ধো বস্তুরূপকং।

চতুর্ভির্ধাতুভির্বদ্ধস্ত্বঙ্গৈ(ঃ)ষড়্ভিশ্চ কল্পিতঃ ॥

প্রকৃষ্টো যশ্চ বন্ধঃ স্যাৎ স প্রবন্ধো নিগদ্যতে ॥১৫৩

এতেনশুদ্ধগীতমেব প্রবন্ধ ইত্যুচ্যতে ॥

( অথ রূপকঃ )—

ত্র্যাদিভির্ধাতুভিশ্চাঙ্গৈঃ পঞ্চভির্বস্তু কথ্যতে।

দ্বিধাতুকং তথা ত্র্যঙ্গং রূপকং পবিকীর্ত্তিতমিতি ॥১৫৪

---

সংগীতসারনা হায—ঈশৈ মখল অহুমনি মহুদি—শুদ্ধ, সালগ, অমস্যুং সংকীর্ণ। মসিদা হাযরিবা সংকীর্ণ অসিগা 'ক্ষুদ্র গীত' হায-বসিগা অমত্তনি। মবমদি মহাক্না হান্না হায়খি—ঈশৈ হান্নবসিমক্তবু 'শুদ্ধ, ছাযালগ অমস্যুং ক্ষুদ্রক' হাযবা মখল অহুম অসিনা শাবা ঙাক্তনি ॥১৫২

দামোদরগী মত হাযগে—

হবিনাযকনা হায—নিবদ্ধ মখল অহুমনি মহুদি, প্রবন্ধ, বস্তু অমস্যুং রূপক। ধাতু মবি অমদি অঙ্গ তরুক্না তিন্দুনা শেম্বা তোপতোপ্পা মশক অদূবু 'প্রবন্ধ' হাযনা কৌই ॥. ৩

মসিদগী খঙ্বা ঙমলে মহুদি—শুদ্ধগীতপু প্রবন্ধ হায়বনি।

রূপক—ধাতু অহুমগা অঙ্গ মঙাগনা শেম্ববুনা 'বস্তু' কৌই। অহুগা 'ত্র্যাদিভি' হায়বা ক্লাহৈগী আদি-শব্দ অসিদি মশক খঙনবা হায়বনি, মসিনা ধাতু অহুমবু হায়বনি খঙনগনি। অসিগুম্বা ধাতু অনিগা অঙ্গ অনিগনা শাববুনা 'রূপক' হান্নবা কৌই ॥১৫৪

---

(১) সংজ্ঞাত্রয়ং ?

অথ ধাতুমাহ—

প্রবন্ধাবয়বোধাতুঃ স চতুর্ধা প্রকীর্ত্তিতঃ।
উদ্‌গ্রাহক মেলাপক ধ্রুবাভোগা ইতি ক্রমাৎ ॥১৫৫
( অবয়বো ভাগবিশেষঃ )
উদ্‌গ্রাহঃ প্রথমোভাগস্ততো মেলাপকঃ স্মৃতঃ।
ধ্রুবত্বাচ্চ ধ্রুব চ(১)পশ্চাদাভোগস্ত্বন্তিমো মতঃ ॥১৫৬

প্রবন্ধাবয়বো ধাতুঃ স ত্রিধেতি গীতপ্রকাশকারনোক্তং(২) উদ্‌গ্রাহ ধ্রুবাভোগরূপেণ ত্রিধেতি ভাবঃ।

তদুক্তং শিরোমণৌ—

উদ্‌গ্রাহঃ প্রথমঃ পাদঃ কথিতঃ পূর্ব্বসূরিভিরিতি।
ধ্রুবত্বাচ্চধ্রুবোমধ্য আভোগশ্চান্তিমঃ স্মৃতঃ ॥১৫৭

ধাতুগী মশক তাকলি—প্রবন্ধগী মওঙ্ মতৌবু ধাতু কৌই। মথং মনাও নাইনা মসিগী মখল-মরিনি মহুদি—উদ্‌গ্রাহক, মেলাপক, ধ্রুব অমসুং আভোগ ॥১৫৫

অবয়ব হায়বদি অথোইবা শরূকপু হায়বনি।

ঈশৈগী অহানবা শরূক্তা 'উদ্‌গ্রাহ' নি, অনিশুবনা 'মেলাপক' নি অহুমশুবনা 'ধ্রুব' অমসুং অরোইবা শরূক্তা 'আভোগ' নি ॥১৫৬

গীত প্রকাশকারনা হায় মহুদি—প্রবন্ধগী অথোইবা শরূক ওইরিবা ধাতু অসি মখল অহুম শুই মহুদি—উদ্‌গ্রাহ, ধ্রুব অমসুং আভোগ।

শিরোমণিদা হায়রি—মথক্কী গুরুশিংনা তাকপিরম্মী মহুদি—ঈশৈগী অহানবা পাদনা 'উদ্‌গ্রাহ' নি। ধ্রুবগী ময়ায়দা অনিশুবা ধ্রুব অহুগা অরোইবদনা 'আভোগ' নি ॥১৫৭

---

(১) ধ্রুবঃ ? (২) গীতপ্রকাশকারেনোক্তং ?

ধ্রুবত্বান্নিশ্চলত্বাৎ পুনঃ পুনরূপাদানাদিত্যর্থঃ। যত্তু

হরিনায়কেনোক্তং

ধ্রুবাভোগান্তরে জাতো ধাতুরন্যোঽন্তরভিধঃ।
স তু সালগ সুস্থ(১)রূপকেষেব দৃশ্যতে।
মেলাপকান্তরাখ্যেতু ন ভবতাং কচিৎ কচিদিতি ॥১৫৮

দামোদরে তু—

উদ্‌গ্রাহং প্রথমং গীত্বা ধ্রুবং গায়েৎ ততঃ পরং।
ততোঽন্তরাধ্রুবস্তস্মাদাভোগ-ধ্রুবকো ততঃ ॥১৫৯
উদ্‌গ্রাহঃ প্রথমঃ পদঃ(২)কথিতঃ পূর্ব্বসূরিভিঃ।
গীত্বা পূর্ব্বপদং ন্যাসো যত্র স ধ্রুবকো মতঃ ॥
যত্রৈব কবিনাম স্যাৎ স অভোর(৩)ইর্তারিতঃ ॥১৬০

---

ধ্রুব হায়বসিদি লেঙ্‌দবা মশক গুইবনা হন্না হন্না অসুম লাকই হায়দুনা মাবু 'ধ্রুব' কৌথিবনি।

হরিনায়কনা হায়—

ধ্রুব অমসুং আভোগ অনিগী মরক্তা 'অন্তরা' হাযনা কৌবা ধাতু অমসু লৈবি। মসিদি সালগসুডদা যাওবা রূপক-তা লৈবা উই। অদুগা কবি কবিগুম্বদসু মেলাপক অমদি অন্তবা অনি অসিমক ইয়াও য়াওদবসু লৈনৈ ॥১৫৮

দামোদরনা অসুম্না হায—উদ্‌গ্রাহনা হান্নগা ধ্রুবনা কোন্না শক্কনি। মথংদা অন্তরা শক্লগা ধ্রুব অমুক লাক্কনি। ধ্রুবগী মথংদা আভোগ অদুগা অমুক মথংদা ধ্রুব অসুম্না লেংগনি ॥১৫৯

মথক্কী গুরুশিংনা হাযবদি—উদ্‌গ্রাহনা অহানবা পাদনি। অহানবা পাদ অসি শক্লগা কোন্না ইল্লকপা ন্যাস অদুমক ধ্রুব হায়বসিনি। অদুগা কবিগী মমিং পল্লিবা মফম অদূবুনা 'আভোগ' হাযনা কৌই ॥১৬০

---

(১) সুডস্থঃ ? (২) পাদঃ ? (৩) আভোগ ?

অন্ত আভোগে কবিনাম দাতব্যং ন তু যত্র কবিনাম স আভোগঃ ইতি।

তদুক্তং—

আভোগে কবিনামঃ স্যাত্তথা নায়ক নাম ( চ )। ইতি

অথাঙ্গান্যাহ—

প্রবন্ধস্যা ষড়াঙ্গানি(১)স্বরশ্চ বিরুদঃ(২)পদং।
তেনকঃ পাটতালৌচ স্বরাঃ সরিগমাদয়ঃ ॥১৬১
গুণোল্লেখতয়া তদ্বদ্বিরূপং(৩)পরিকীর্ত্তিতং।
ততোহন্যবাচিকং যত্তু তৎপদং সমুদাকৃতং(৪) ॥১৬২
তেনেত্তি শব্দস্তেনঃ স্যান্মঙ্গলার্থেহবধারিতঃ।
ধাং ধাং ধুপ ধুগেত্যাস্থা পটো(৫)বাস্থাক্ষরোৎকরাঃ ॥
আদি যত্যাদিকাস্তালাস্তালঃ স কথয়িষ্যতে ॥১৬৩

---

আভোগদা কবিগী মিং হাপকদবনি নত্রগা কবিগী মিং লৈবা মফম অদু আভোগ-নি হায়বসি খঙনগনি হায়বনি।

অমুকস্তু হায়রি—আভোগদা কবিগী মিং হাপকনি নত্রগা নায়ক-কী মমিং পনগনি ॥

হৌজীক অঙ্গশিংগী মরম হায়রি—

প্রবন্ধগী অঙ্গ তরুকনি মদুদি—স্বর, বিরুদ, পদ, তেন, পাট অমসুং তাল। স্বর হায়বদি স রি গ ম-নাচিংবনি ॥১৬১

গুণ বর্ণন তৌববু 'বিরুদ' কৌই। মসি নত্তবা অতৈ বর্ণন তৌববুনা 'পদ' হায়না কৌই ॥১৬২

অদুগা তেন হায়বা শব্দ অসিদি মঙ্গল খঙ্নবা বর্ণনবু হায়বনি। ধাং ধাং ধুপ ধুগ-নচিংবা পুংলোন খিবীকপুনা 'পাট' হায়না কৌই। আদি, যতি-নচিংববুনা 'তাল' হায়না কৌই; মদুগী মশক্তি তাক্লক-খিগনি ॥১৬৩

---

(১) প্রবন্ধস্থ ষড়ঙ্গানি? বিরুদং? (৩) যত্তুৎ পদং? (৪) সমুদাহৃতং? (৫) পাটা?

দামোদরস্তু অঙ্গমধ্যে পদপরিত্যাগেন গমকমাহ।
কিন্তু গীতগুণ মধ্যে গমক(ঃ)পূর্ব্বাচার্য্যৈর্লিখিতঃ।
নত্বঙ্গতয়া তস্মাদ্‌গমক শব্দোঽত্র পদবাচক ইত্যবজ্ঞেয়ং(১)॥

সঙ্গীত পারিজাতে—

পদ-তাল-স্বরা(ঃ)পাটাস্তেন(২)বিরুদ নামকঃ।
ইতি গীতে ষড়াঙ্গানি(৩)কথিতানি মনীষিভিঃ॥১৬৪
পাদানি বাচকা(ঃ)শব্দাস্তালাশ্চচ্চৎ পুটাদয়ঃ(৪)।
স্বরা(ঃ)ষড়্‌জাদয়স্তে স্যুঃ পাটো বাদ্যোত্থবাক্ষরং॥১৬৫
তেনঃ স্যান্মঙ্গলঃ শব্দো বিরুদং গুণনামযুক্‌॥১৬৬ ইতি

---

দামোদরনা অঙ্গগী মশক লেপ্পকপদা পদ শব্দগী মহুত্তা 'গমক' হায়না লৌখংলম্মী অহুগা গুরুশিংনদি গমক-পু অঙ্গগী মওঙ্‌দ্নি হায়রমদে। ঈশৈগী গুণ খঙ্‌নবা মশক অমনি হায়নতা লৌরম্মী। মরম অহুনা 'গমক' না অঙ্গগী মশক ওইবা তারবদি মহ্ 'পদ' অমা ওইনতা খঙ্‌নগদবনি॥

সঙ্গীত পারিজাতনা হায়—

ঈয়েগী অঙ্গ তরাকনি মহুদি—পদ-তাল-স্বর-পাট তেন অমসুং বিরুদ॥.৬৪

ঈশৈগী অর্থ খঙ্‌হল্লিবহু 'পদ' নি, চঞ্চৎপুট হায়বনচিংবা মমিং খঙ্‌নরিবশিং অহুনা 'তাল' নি। ষড়্‌জ পঞ্চমনচিংবনা স্বরনি অহুগা পুংলোনবুনা 'পাট' হায়না খঙ্‌নৈ। 'তেন' হায়বসিনা মঙ্গল খঙ্‌হনবা রাহৈনি—মসিদি ঈশৈগী শৈরেংদা শীজিন্নৈ। গুণ-মপৈনচিংববু বর্ণন তৌরিবহুনা 'বিরুদ' হায়না খঙ্‌নৈ॥১৬৫-৬৬

---

(১) ইত্যবগেয়ং—পাঠ (২) স্তেনো? (৩) ষড়ঙ্গানি?
(৪)…শ্চঞ্চৎপুটাদয়ঃ?

অথ জাতিমাহ—

জাতয়ঃ স্যুঃ প্রবন্ধানাং পঞ্চৈব মুনি সম্মতা(ঃ)।
মেদিনী নন্দিনী দীপন্তথ স্যাৎ পাবনী তথা ॥১৬৭
তারাবলী তথৈ তাসাং লক্ষণং প্রতিপাদ্যতে।
ষড়াঙ্গা(১)মেদিনী প্রোক্তা পঞ্চাঙ্গা নন্দিনী তথা ॥১৬৮
দীপনী চতুরঙ্গাস্যাৎ পাবনী ত্র্যঙ্গিকা মতা।
দ্ব্যঙ্গা তারাবলী প্রোক্তাঃ পুরাণৈগাতবেদিভিঃ।
এতেন একাঙ্গ-প্রবন্ধো ন ভবতীতি প্রতিপাদিতং ॥১৬৯

পারিজাতে—

প্রবন্ধজাতয়ঃ পঞ্চ বর্ত্তন্তে তাঃ ক্রমেণ চ।
ষড়্‌ভিরঙ্গৈর্মেদিনী স্যান্নন্দিনী পঞ্চভির্ভবেৎ ॥১৭০
চতুর্ভির্দীপনা(২)প্রোক্তা ত্রিভিরঙ্গৈস্তু পাবনী।
দ্বাভ্যাং তারাবলী জাতিরঙ্গভ্যামুপজায়তে ॥১৭১

---

লুজীক জাতিগী মরম হায়রি—

মুনিশিংনা হায়—প্রবন্ধগী জাতি মঙানি মতুদি—মেদিনী, নন্দিনী, দীপনী, পাবনী অমসুং তারাবলী। মখোয়গী লক্ষণদি—অঙ্গ তরূক্লা শাববু 'মেদিনী', মঙানা শাবনা 'নন্দিনী' কৌই। মরিগীনা 'দীপনী', অহুমগীনা 'পাবনী' অনিগীনা 'তারাবলী' কৌই হায়না মথক্কী ঈশৈ হৈবশিংনা হায়রম্মী। মসিদগী খঙ্‌বা ঙমলে মতুদি অঙ্গ অমত্তগী প্রবন্ধদি থক লৈতে ॥১৬৭-১৬৯

পরিজাতনা হায়বদি—প্রবন্ধগী জাতি মঙানি মতুদি, অঙ্গ তরূক্লা তিনববু 'মেদিনী' জাতি, মঙাগীনা 'নন্দিনী' মরিগীনা 'দীপনী' অহুমগীনা 'পাবনী' অতুগা অনিনা শাববুনা 'তারাবলী' জাতিনি হায়। শুদ্ধ-প্রবন্ধগী মখলশিং অতুদি মশীং লাকঙমদবদগী অমথক্তংগী মশক তাকলি ॥১৭০-৭১

---

(১) ষড়ঙ্গা? (২) দীপনী?

ভেদ(ঃ)শব্দপ্রবন্ধানাং মানন্ত্যনেক(১)এবহি।

তত্রাপি—

তালেনৈকেন বা দ্বাভ্যাং ত্রি ভির্বাহুভি(২)স্তথা।

প্রবন্ধান্ সুকবির্নুনং যথেচ্ছমুপকল্পয়েৎ ॥১৭২

( কিংচ ) —

বহুতালাঃ প্রবন্ধাস্তু রাগৈর্বহুভিরেব চ।

একরাগেণ বা কল্প্যাঃ পাটাদীনাং বিধানতঃ ॥১৭৩

আদিমধ্যান্ত বিনা স্যাৎ পাটাদীনাং বিধানতঃ।

ভেদা বহুতরাস্তেষাং কস্তান্ কাৎস্ন্র্যেন বক্ষতি ॥১৭৪

তদুক্তং—

ন রাগাণাং ন তালানাং ন বাদ্যানাং বিশেষতঃ

নাপি প্রবন্ধগীতানামন্তো জগতি বিদ্যত(৩)ইতি ॥১৭৫

তৎপ্রকারমাহ—

তত্রাভোগে কবের্নাম তথা নায়কনাম চ।

একতালীং ৪)নিবন্ধীয়াদালাপানন্তরে তথা ॥১৭৬

---

অফাও অফাওবা কবিশিংনা তাল অমা, অনি, অহুম নত্রগা ময়ান্না তিন্দুনা প্রবন্ধ শেমনৈ ॥১৭২

অযাম্বা তাল যাওনা রাগ মযান্না নত্রগা অমত্তনা নীংথিবা পাটনচিংবা শেমনীংবা শেম্নবা মশীং লাকওমদনা থোকপা প্রবন্ধগী মখল মথেন মযাম অদূবু মপূ ফানা কনানা বর্ণন তৌকবা ঙমগদগে? ১৭৩-৭৪

রাগ, তাল, বাদ্য অমদি প্রবন্ধ-গীতকী মখলদি তাইবঙ্পানবা অসিদা ঙমখৈ লৈতবমখৈ যামত্রে ॥১৭৫

হুজিক অঙ্গশিংগী মওঙ্ তাকলি মহুদি—আভোগ-দা কবি নত্রগা নায়ক-কী মিং লৈগনি, আলাপকী মতুংদা একতাল থাগনি ॥১৭৬

---

(১) শব্দপ্রবন্ধানামানন্ত্যাদেক? (২) ত্রিভির্বা বহুভিস্তথা?

(৩) বিদ্যতে? (৪) একতালী—পাঠ

ইদানীন্তনাস্ত আলাপাভোগয়োরেকত্র কবিনায়কয়োর্নাম
কুর্বন্তি তত্রমূলং ন পশ্যামঃ ॥

কিংচ—

অত্র প্রথমতস্তালো গায়তে(১)যস্ত তে নবে(২)
গীতাবসানে দাতব্যং মানং গানসমাপ্তয়ে ॥১৭৭
শক্তিবর্ণ্য বিশেষেণ নামান্যেষাং চকারয়েৎ।

শক্তিবিশেষ যথা—

আকারাদি(৩)ক্ষকারান্তাক্ষর-বিন্যাসান্মাতৃকা প্রবন্ধ চ ॥১৭৮

কিঞ্চ—

সরিগমেত্যাদি স্বরাণামাক্ষর(৪)বিন্যাস বিশেষবশাৎ
বাঞ্ছিতার্থে(৫)প্রকাশনেন স্বরার্থ প্রবন্ধ ইতি।
বর্ণবিশেষণ যথা—বিষ্ণু বর্ণনে বিষ্ণুপ্রকাশকঃ প্রবন্ধ ইতি।

---

হুজীক্কি মতমদা আলাপ নত্রগা আভোগদা কবি অমদি নায়ক-কী মমিংবু হাপ্নীংবা অমদা হেক্তনক হাপ্নরিবসিদি মরুওইবা প্রমাণ করিস্থু উবা লৈতে ॥

তাল হান্না শকপা মী অতুনা ঈশৈগী অরোইবদা লোইশিনবা খঙ্নবা 'মান' হায়বসি শক্কদবনি ॥১৭৭

তৌবা ওস্বা মশাগী শক্তি অমাদি বর্ণন তৌগদৌরিবা হিরম অতুগী মতুংইন্না মমিং থোনগনি। শক্তিগী মতুংইন্না মমিং থোনবগী খুদমদি—'অ' দগীমা 'ক্ষ' ফাওবগী ময়েক মখৈবু মথং মনাউ নাইনা অস্থুম বিন্যাস তৌরবদি মদূবু 'মাতৃকা-প্রবন্ধ' হায়না কৌই ॥

স রি গ ম-নচিংবা স্বরগী মমিংনা তোপ তোপ্না বিন্যাস তৌরবদি অতুগা মন্থনা ফোংদোক্লীংবা অর্থ অতু ফোংদোক্লবদি মন্থনা 'স্বরার্থ-প্রবন্ধ' হায়না কৌই। অতুগা বর্ণন তৌগদৌরিবা হিরমগী মতুংইন্না মমিং থোনবা হায়বদি খুদম ওইনা বিষ্ণুগী বর্ণন তৌরবদি মদূবু 'বিষ্ণু-প্রকাশ-প্রবন্ধ' অস্থুম্না খঙ্নগনি ॥

---

(১) গীয়তে ? (২) নরৈঃ ? (৩) অকারাদি—পাঠ (৪) স্বরনামাক্ষর—পাঠ (৫) বাঞ্ছিতার্থ ?

কিংচ—

তাদিযত্যাদিকৈস্তালৈর্দশভির্নবভিঃ পুনঃ।
সপ্তভির্বাপি মন্মন্তে প্রবন্ধা রাগরঞ্জিতাঃ ॥১৭৯
অত্র বাহুল্যভয়াদুদাহরণানি নোপন্যস্তানি।

কিঞ্চ—

এনাস্থাঃ দুষ্করাঃ সন্তি পবন্ধা(১)মুনিভাষিতঃ।
তেভ্যঃ ষড়্‌জবিংশতিঃ প্রোক্তো হরিনায়কসূরিণা(২) ॥১৮০
কথ্যন্তে ক্রমশস্তেচ নামমাত্রেণ কেবলং।
পঞ্চতালেশ্বরো বর্ণস্বরশ্চৈবাঙ্ক(২)চারিণী ॥১৮১
স্বরার্থ মাতৃকাচৈব তথা রাগকদম্বকঃ।
স্বরাস্তকরণং বর্ত্তন্যথ তালার্ণবস্তথা ॥১৮২
শ্রীরঙ্গঃ শ্রীবিলাসশ্চ পঞ্চভঙ্গিস্ততঃ পরং।
পঞ্চনালো(৩)মাতিলকৌ সিংহলিন(৪)স্তথা পরঃ ॥১৮৩

---

অতুগা—আদি, যতিনচিংবা তাল ১০, ৯ নত্রগা ৭ না শেস্বা প্রবন্ধদি রাগ-পূর্ণ ওই। চাউমনগদবদগী মতুগী থূদমনচিংবদি পীদ্রে ॥ ১৭৯

মুনিশিংনা হায়—'এলা' নচিংবা প্রবন্ধদি শকপদা য়াম্না লুনা থোকপনা হরিনায়কনা মথোয়গী মরক্তা লৌখৎলস্বা ২৬ থক্কী মমিং মমিংদং মথং মনাউ নাইনা হায়রকলি ॥১৮০

মতুদি—পঞ্চতালেশ্বর, বর্ণস্বর, অঙ্ক-চারিণী, স্বরার্থ, মাতৃকা, রাগকদম্ব, তালার্ণব, শ্রীরঙ্গ, শ্রীবিলাস, পঞ্চভঙ্গী, পঞ্চানন, উমাতিলক, সিহলীল, ত্রিভঙ্গী, হংসলীল, হরিবিলাস, সুদর্শন, স্বরাঙ্গ, শ্রীবর্দ্ধন, হর্ষবর্দ্ধন, বীর, শ্রীমঙ্গল, লাহড়ী, নবরত্ন, শরভলীল, অমসুং কণ্ঠাভরণ ২৬ অসিনি ॥

---

(১) প্রবন্ধা ? (২) স্বরশ্চৈবাঙ্গচারিণী—পাঠ (৩) পঞ্চাননো ?
(৪) সিংহলীল ?

ত্রিভঙ্গি হংসলীলশ্চ তথা হরিবিলাসকঃ।
সুদর্শনঃ সুরাঙ্গ(১)শ্রীবর্দ্ধনো হর্ষবর্দ্ধনঃ॥১৮৪

বীর ঃ)শ্রীমঙ্গলশ্চৈব নাহরী চ(২)প্রকীর্ত্তিতা।
নবরত্নাভিধঃ প্রোক্তস্তথা শরভ লীলকঃ॥১৮৫

কণ্ঠাভরণনামাত্যেতে(৩)ষড়্‌বিংশতিম তাঃ।
চন্দ্রপ্রকাশক্রান্ত্বাশ্চ(৪)বিস্তস্তে যট্‌ তথাপরে॥১৮৬

সংপাত্যেতে(৫)তু সুকবাঃ কি ভি র্ন ভবন্তি হি।
এষু যে সুকরাঃ পঞ্চষান্তানেব প্রচক্ষ্মহে॥১৮৭

(কায়বালঃ)—

এভোহন্যঃ কায়বালাখ্যঃ স এবাদৌ নিরুচ্যতে।
যতঃ ত'লা(৬)প্রকাশ্যন্তে পাটমাত্রেণ কেবলং॥
পাদানাং(৬)কল্পনাভোগে কায়বাল স ঈর্য্যতে॥১৮৮
উদাহরণস্তু গীতপ্রকাশে মৃগ্যং॥

---

অসিগী তুংদা চন্দ্রপ্রকাশ হাযবনচিংবা ৬ অমসু লৈরি, অদৃবু হুক্তীক্কী মীরোন অসিগী কবিশিংদদি মতু যাম্না লুনা থোকপনা মখোয অসিগী মনুংদা লাযনা থোকপা ৫, ৬ কী মমিংদংগা হাযবি॥
১৮৩-৮৭

কাযবাল—মসিদগী তোপ তোপ্পা 'কাযবাল' কৌবা অমথক লৈ, মতুনা অহানবনি। মসিদি পূংলোন্না তালবু খঙ্‌হনবা অহুগা আভোগদা পদ-গী বচনা লৈবা অতুগুম্বা মশক অদুবু 'কায়বাল' হায়বনি। মসিগী খূদমদি গীত-প্রকাশতা যেংগদবনি॥১৮৮

---

(১) স্বরাঙ্গ? (২) লাহড়ী চ? (৩) কণ্ঠাভরণনামা চেত্যেতে? (৪) চন্দ্রপ্রকাশকান্ত্বাশ্চ? (৫) সংপ্রত্যেতে? (৬) পদানাং—পাঠ

মাকবানঃ ( স্বরার্থঃ ? )—

স্বরৈঃ পাটৈ(ঃ)পদৈস্তেনৈ(১)রচনা বাঞ্ছিত ক্রমাৎ।
যস্য স্যাত্তেনকৈর্ন্যাসঃ সঃ(স)বর্ণস্বর(২)উচ্যতে ॥১৮৯
(৩)স্বরাদেবাদি বিন্যাসভেদাদেষ চতুর্ব্বিধঃ।
স্বরাদি বর্ণস্বরঃ পাটাদি বর্ণস্বরঃ পদাদি বর্ণস্বরঃ তেনাদি বর্ণস্বরশ্চ।

বর্ণস্বরঃ—

যত্র স্বরাক্ষরৈঃ(৪)এব বাঞ্ছিতার্থোঽভিধীয়তে।
স স্বরার্থো ভবেদ্দ্বেধা শুদ্ধ-মিশ্র প্রভেদতঃ ॥১৯০

স্বরাক্ষরৈঃ স রি গ ম প ধ নিভির্যৎচ্ছং বাঞ্ছিতার্থোঽভিধীয়তে চেত্তদা স্বরার্থঃ। ইতি স্বরার্থ.।

( মাতৃকা )—

একৈক মাতৃকাবর্ণ পূর্ব্বকানি পদানি চেৎ।
ক্রমেণ যত্র গীয়ন্তে মাতৃকা সা ত্রিধা মতা ॥১৯১

---

স্ববার্থ—স্বব, পাট, পদ, তাল মখোয় অসিনা অপাস্বা মতুংইন্না মথং মনাউ নাইনা শেস্বা ‘তেন’ নচিংবনস্থ ন্যাস তৌবা অদূবু ‘বর্ণস্বব’ হাযনা কৌই ॥

মখোয খূদীংমকপু স্বরনচিংবগী মমাঙ্ মমাঙ্দা থম্নগা মখল মরিখক থোক্লকই মহুদি—স্ববাদি বর্ণস্বব, পাটাদি বর্ণস্বর, পদাদি বর্ণস্বব অমস্থং তেনাদি বর্ণস্বব ॥১৮৯

হুজিক বর্ণস্ববগী মরম হাযরি—স্বর মযেকশিংনা অপাস্বা অর্থ ফোংদোকপা অদূবু ‘স্ববার্থ’ হাযনা কৌই। মসি মখল অনিনি মহুদি শুদ্ধ অমস্থং মিশ্র ॥১৯০

স বি গ ম প ধ নি—অসিনচিংবা স্বর মযেকশিং অসিনা অপাস্বা অর্থ ফোংদোক্লবদি ‘স্ববার্থ’ হাযবহু ওই ॥

মাতৃকা—অ-কার অমদি ক-কাবনচিংবা মরু ওইবা মযেকশিংনা মথং মনাউ কাযদনা পদ অমা শারবদি অতুগুস্বা প্রবন্ধ অদূবু ‘মাতৃকা’ হাযনা কৌই। মহু মখল অহুম শুন ॥১৯১

---

(১) পদৈস্তালৈ—পাট (২) বর্ণস্ববঃ ? (৩) স্বরাদেবাদি—পাঠ
(৪) স্বল্পাক্ষবৈ—পাঠ

দিব্যাচ মানসী দিব্যমানসী(১)চেতি তত্ত্রেতু।
দিব্যা সংস্কৃতয়া বাচা মার্গতালৈশ্চ গীয়তে ॥১৯২
মানষী প্রাকৃতগিরা দেশীতালেন নির্ম্মিতা।
দ্বয়োর্মিশ্রয়ণাদুক্তা মাতৃকা দিব্যমানুষী ॥১৯৩
তালেন নৈকেন(২)রাগেণ বহুভির্বা প্রয়োগতঃ।
সর্ব্বমন্ত্রময়ি(৩)হ্যেষা সর্ব্বসিদ্ধি প্রদায়িনী ॥১৯৪
মার্গদেশী তালৌ বক্ষেতে তয়োর্মধ্যে যেনকেনচিন্নির্ম্মি-
তেত্যর্থঃ ॥ মাতৃকা

(স্বল্পরাগকদম্ব:)—

অল্পো রাগকদম্বাস্তি(৪)রাগাণামেবা(৫)দর্শনাৎ।
অন্য(৬)রাগকদম্বস্য ভাষাদের্নিয়মো নহি ॥১৯৫
স্বল্পরাগকদম্বঃ। অন্যস্তু দুষ্করত্বান্নলিখিতঃ।

---

মহুদি—দিব্য, মানুষী অমদি দিব্য-মানুষী। সংস্কৃত লোন্না মার্গ তালদা শক্লবদি মদূবু 'দিব্য' হায়না কৌই ॥১৯২

প্রাকৃত-লোন্না দেশী-তালদা শক্লগনা 'মানুষী' কৌই। অতুগা অনিমক তিন্নহুনা থোকপহ্না 'দিব্য-মানুষী' হাযবা মাতৃকা অতু ওই ॥১৯৩

রাগ অমনা অমদি তাল অনন্তনা রাগ-তাল ময়াম পোকহন্দুনা শীজিন্নরবদি মতু মন্ত্র পুন্নমক্কী মগক ওইবানি অমদি সিদ্ধি অয়াম্বা পীনহৈবীনি ॥১৯৪

মার্গ অমসুং দেশী তালগী মরক্তা করম্বনা করি শাবগে হায়বগী মরম অতুদি কোন্না নৈনরকখিগনি। মতাং অসিদা 'মাতৃকা' গী মরম তাকপা লোইরে।

স্বল্পরাগগকদম্ব—অল্পরাগকদম্ব কৌবা প্রবন্ধ অতুদদি রাগদং য়াওবনা লোইরে। মসিদা লোনগী নত্রগা করিগুম্বা অমগী নিয়ম য়াওবা লৈতে। মসিগী মখল অতৈদি লুমনবদগী ইদ্রে ॥১৯৫

---

(১) মানুষী—পাঠ (২) তালেনৈকেন? (৩) মন্ত্রময়ী?
(৪) রাগকদম্বোঽস্তি? (৫) রাগাণামেব? (৬) অন্য?

(তালার্ণবঃ)—

তালার্ণবো ভুরিতালো ভবেৎ সংস্কৃত ভাষয়া।
যোগাৎ গন্তস্য পদ্যস্য স দ্বিধা প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥১৯৬
তালার্ণব ॥

(শ্রীরঙ্গঃ)—

তালৈ রাগৈশ্চতুর্ভিঃ স্যাৎ শ্রীরঙ্গোহন্তে(১)পদান্বিতঃ ॥
পদৈঃ সুপ্‌তিঙন্তৈরন্তে প্রান্তে পঠিতঃ ॥ শ্রীরঙ্গঃ ॥১৯৭

(শ্রীবিলাসঃ)—

স্বরান্তঃ শ্রীবিলাসঃ স্যাত্তালৈ রাগৈশ্চ পঞ্চভিঃ ॥১৯৮
স্বরাঃ স রি গ মান্তা অন্তে দেয়া ইত্যর্থঃ ॥ শ্রীবিলাসঃ

(পঞ্চভঙ্গী)—

তেনকান্তঃ পঞ্চভঙ্গী। শ্রীবিলাস এব তেনাশব্দান্তঃ স্যাচ্চেত্তদা পঞ্চভঙ্গি ভবতি।

(পঞ্চাননঃ)—

পাটৈঃ পঞ্চাননোহন্তগৈঃ ॥১৯৯
অস্যৈবান্তে পাটাশ্চেদ্দীয়তে তদা পঞ্চাননঃ।

---

তালার্ণব—

সংস্কৃত লোন্দা ইবা অয়াম্বা তালগী মখল য়াওবা, গদ্য অমদি পদ্য হায়না অনি থোকপা অদুবু 'তালার্ণব' কৌই ॥১৯৬

শ্রীরঙ্গ—তাল অমদি রাগ মরিনা শেম্বা মমৈদনা বিভক্তি য়াওবা সংস্কৃত-লোন তারকপা অদুবু 'শ্রীরঙ্গ' হায়না কৌই ॥১৯৭

শ্রীবিলাস—রাগ মঙা অমদি তাল মঙানা শেম্বা, অরোইবদনা স-রি-গ-ম নচিংবা স্বর খিবীক লৈবা মশক অদুবু 'শ্রীবিলাস' হায়না কৌই ॥১৯৮

পঞ্চভঙ্গী—শ্রীবিলাসকী মমৈদা 'তেনক' না লোইশিনবা প্রবন্ধ অদুবু 'পঞ্চভঙ্গী' হায়না কৌই।

পঞ্চানন—অদুগা মথক্কী অসিগী মমৈদা পাটাক্ষর হাপচিল্লবদি মদুবুনা 'পঞ্চানন' হায়না কৌই ॥১৯৯

---

(১) শ্রীরঙ্গোহন্তে—পাঠ

(সিংহলীলঃ)—

স্বরৈঃ পাটৈশ্চ বিরুদৈস্তেনকৈর্যো বিরচ্যতে।
সিংহলীলেন তালেন সিংহলীলঃ স উচ্যতে ॥২০০

তাস্তু চূড়ামণৌ—

সিংহলীলো লঘোরন্তে দত্রয়ং পরিকীর্ত্তিতঃ ॥২০১
সিংহলীলঃ

(হংসলীলঃ)—

স্বনামতালকো হংসলীলোহঙ্ঘ্রীপদ পাটজৌ ॥২০২

স্বনাম তালকঃ হংসলীল তালেন ঘটিতঃ। অঙ্ঘ্রীপদ পাটজৌ কোঽর্থঃ? এক পাদঃ পদৈর্নির্ম্মিত(ঃ)একস্তু পাটৈরিত্যর্থঃ।

তালস্তু রত্নমালায়াং—

হংসলীলো বিরামান্তং লঘুদ্বয়মুদাকৃতমিতি ॥২০৩ হংসলীলঃ

---

সিংহলীল—স্বর-পাট-বিরুদ অমদি তেনক—মরি অসিনা শেম্বা 'সিংহলীল' কৌবা তালনা তিনবা অদুগুম্বা প্রবন্ধ অদুবু 'সিংহলীল' হায়না কৌই ॥২০০

চূড়ামণিনা হায়—

সিংহলীল কৌবা তাল অত্তুদি লঘু অমগা দ্রুত অহুমগা তিন্নত্তুনা শাই ॥২০১

হংসলীল—'হংসলীল' কৌবা তালদগী থোকপা অত্তুগা পদ অমসুং পাটনা মত্তুগী চরণ ওইনবা অদুবু 'হংসলীল' হায়না কৌই। মসিগী চরণ অমনা পাদ ময়াম্না অত্তুগা চরণ অমনা পাট খিবীক্লা শাগদবনি॥

রত্নমালাদা হায়—

বিরামগী তুংদা লঘু অনি লাক্লবদি মদুবু 'হংসলীল' হায়না কৌই। হংসলীলগী মশক্তি মসিনি ॥২০২-৩

(লাহড়ী)—

যত্র বীররসেন স্যাৎ সংগ্রাম (চরিত)স্তুতিঃ।
বহুভিশ্চ বলৈশ্চৈব নাহবি(১)পরিকীর্ত্তিতা ॥২০৪
লাহড়ী ॥

নাত্রোক্তা দুষ্করা(ঃ)কেচিৎ পঞ্চতালেশ্বরাদয়ঃ।
ঈষদ্ভেদাল্পসুকরা অপ্যুমাতিলকাদয়ঃ ॥২০৫

অতো গীতপ্রকাশকারেনোক্তমেতেষাং লক্ষণাদিকং নাত্র বর্ণিতমুক্তপ্রকারনির্বিশেষাদিতি।

কিংচ—

সূড়প্রবন্ধোপি(২)গীতমধ্যে বহুভির্লিখিতঃ ॥

তল্লক্ষণন্তু—

তালা ন বাদিকা যত্র পটাদিবহিতা যদি।
সূডাপ্রবন্ধঃ(৩)কথিত একবাগ-নিশেবিত(৪) ইতি ॥২০৬

---

লাহডী—বীর-বসনা তিনবা, অকনবা লাল্লোঙ্ অমদি লান্মী-তেঙ্গোলনচিংবগী বর্ণন যাম্না তৌবা, চবণ যাম্না যাওবা অদূবু 'লাহডী' হায়না কৌই ॥২০৪

মসিদগী হেন্দোকপা 'পঞ্চতালেশ্বর' নচিংবদি শেম্বদা যাম্না লুপ্রবা প্রবন্ধমক্তনি। মতুগা 'উমাতিলক' নচিংবা প্রবন্ধশিংসু খরতমক খেন্নবনা মতুস্থু যাম্না লুনা থোকই। মবম অতুনা গীত-প্রকাশকাবনা হায়বা মতুগী লক্ষণনচিংবতু মফম অসিদদি লৌখৎলুদ্রে। মথক্তা হায়রিবা মৎওঙ্ অসিদগী কবিগুম্বা থোক্তদোকপা খেন্নবা অমা মতুদা লৈতে ॥২০৫

সূডপ্রবন্ধসু অয়াম্বনা 'শুদ্ধগীত' কী মনুং চলহল্লম্মী। মতুগী লক্ষণদি অসিনি—তাল অমদগী হৌতুনা মথল যাম্না য়াওবা অতুগা পাটনচিংবদি লৈতবা, রাগ অমত্তনা শেম্বা অতুগুম্বা প্রবন্ধ অদূবু 'সূড-প্রবন্ধ' হায়না কৌই। মতাং অসিদা 'লাহডী' তাকপা লোইবে ॥২০৬

---

(১) লাহডী ? (২) সুডপ্রবন্ধোঽপি ? (৩) সুড়প্রবন্ধঃ ?
(৪) নিষেবিতঃ ?

অথ ছায়ালগমাহ—

শুদ্ধস্য লগতিচ্ছায়াং যস্তচ্ছায়ালগং বিদুঃ।
রঞ্জকং তত্ত্ববেত্তালৈর্বাদ্যাদ্যৈঃ সূড়কল্পিতং ॥২০৭

বহুনাং তালানামেকত্র গুম্ফনং সূড়ঃ। ছায়া(ঃ)লগতী-ত্যনেন শুদ্ধস্য যৎকিঞ্চিল্লক্ষণেনেদং ভবতীত্যুক্তং।

তদুক্তং—

উক্তানামেব ভাবনাং(১)ছায়ামাত্রং ভবেৎযদি।
ছায়ালগঃ স বিজ্ঞেয়া(২)মুনিভির্ভরতাদিভিঃ ॥২০৮

অস্য(৩)সাল মিতি(৪)নামান্তরমপি।

তদুক্তংহরিনায়কেন—

অথ ছায়ালগো যস্তু সূড়ঃ স এব সালগ(ঃ)ইতি ॥২০৯
অন্য তু মতভেদাৎ বহুত্বং।

---

ছায়ালগ—শুদ্ধ-প্রবন্ধগী মমি খরা তাবা অদুবু 'ছায়ালগ' কৌই। মসি সূড়দগী শেমগদবনি। তাল যাম্না য়াওবনা মসি পূক্লীং হুনবা মশক ওই। বাদ্যগী মরমদসু মসুম তৌগনি ॥২০৭

অয়াম্বা তালবু অমত্তা ওইনা লেংশিনববু 'সূড়' কৌই। 'ছায়ালগতি' হায়বদি শুদ্ধগী মমি খরা তাবা হায়বনি।

অসুম্না হায়রি—মথক্তা হায়থ্রবা লক্ষণশিং অসিগী মমি থরতবু তারবদি ভরতনচিংবা মুনিশিংনা মদুবু 'ছায়ালগ' হায়না কৌনরম্মী। মসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা 'সালগ' হায়না খঙ্নৈ ॥

হরিনায়কনা হায়---ছায়ালগ-সূড় হায়বগুম্না মদুবু 'সালগ-সূড়' সু হায়নৈ ॥২০৯

মত তিন্নদবদগী মসিগী মথলসু য়াম্না লৈশ্রে।

---

(১) ভাবানাং? (২) বিজ্ঞেয়ো? (৩) অস্য? (৪) সালগমিতি?

তথা চ দামোদর-পঞ্চমসার সংহিতয়োঃ—

ধ্রুবকো মণ্ঠকশ্চৈব প্রতিমণ্ঠ নিষাককঃ(১)।
রাসকঃ প্রতিতালশ্চ তথান্যাচৈকতালিকা ॥২১০
যতিশ্চ ঝুমরীচেতি সালগং সূড়মীরিতং ॥২১১

ধ্রুবকাদিনাং ভেদমাহ—

ধ্রুবকাঃ ষোড়শ প্রোক্তা মণ্ঠকাঃ ষট্ প্রকারকাঃ।
প্রতিমণ্ঠাশ্চ পঞ্চৈব সপ্তখ্যাতা নিঃসারকাঃ(২) ॥২১২
চত্বারো রাসকাঃ প্রেক্তশ্চত্বার(ঃ)প্রতিতালকাঃ।
একতালীচ ত্রিবিধা চতস্রো যতয়ো মতাঃ ॥২১৩
একৈব ঝুমরিশ্চেতি সালগাঃ কথিতা ইমে ॥২১৪
(৩)কেপ্যাহুশ্চচ্চরীকাখ্যাঃ সন্ত্যন্যেদশ সালগাঃ।
উনবিংশতিরেবং তে ভবন্তি ভুবি সালগাঃ ॥২১৫ ইতি।

---

দামোদর অমসুং পঞ্চমসার সংহিতাদা মসিগী মখল অমুক্না খায়দোকলি মতুদি—ধ্রুব, মণ্ঠ, প্রতিমণ্ঠ, নিঃসারুক, রাসক, প্রতিতাল, একতালিকা, যতি, ঝুমরী—মখোয় অসি 'সালগ-সূড়' মক্তনি ॥২১০-১১

ধ্রুবনচিংবগী মখল হায়রি—ধ্রুব মখল ১৬ নি, মণ্ঠনা ৬ নি। প্রতিমণ্ঠনা মঙা, নিঃসারুকনা ৭ নি ॥২১২

রাসক-না মখল মরি, প্রতিতালসু মরি, একতালনা অহুম, যতিনা মখল মরি অদুগা ঝুমরীনা মখল অমত্তনি। মখোয় অসিনা সালগ-কী মখলনি ॥২১৩-১৪

কনাগুম্বগী মত-তা 'চচ্চরীকা' হায়বনচিংবা সালগ-কী মখল তরা অমসু লৈ হায়। মসিগা হাপচিল্লবদি পূল্না সালগ ১৯ থক শুই ॥২১৫

---

(১) প্রতিমণ্ঠো নিঃসারুকঃ? (২) নিঃসারুকা? (৩) কেহপ্যাহু?

নায়কেঽপি(১)—

আদ্যো ধ্রুবস্ততো মণ্ঠঃ প্রতিমণ্ঠক এব চ।
অড্ডতালঃ প্রতীবাসঃ(২)একতালীত্যসৌ মতঃ ॥২১৬
অয়ং তু সূড়ঃ প্রাকৃসিদ্ধঃ সার্ঙ্গিদেবস্য(৩)সম্মতঃ।
ইত্যাদি সালগানাস্তু লোকে সিদ্ধির্মতো ন হি ॥২১৭
দুষ্করত্বাত্তন্ন ময়া লক্ষণৈস্তৈঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ।
প্রযুজ্যতে সম্প্রতি যঃ সূড়ো রম্যঃ কবীশ্বরৈঃ ॥২১৮
স এব সম্প্রত্যস্মাভির্লিখ্যতে লোকসিদ্ধিতঃ ॥২১৯

তত্র চ—

আদির্যতি নিঃসারুশ্চাড্ডতালস্ত্রিপুটস্তথা।
রূপকো ঝম্পকো মণ্ঠ(ঃ)একতালীতি কীর্ত্তিতা ॥২২০
এভিস্তু নবভিস্তালৈঃ কথিতঃ সূড় উচ্যতে।
ইত্যেষ রঞ্জকঃ সূড়ো গানে বাদ্যে চ নর্ত্তনে ॥২২১ ইতি
ন স্যাৎ প্রায়োড্ডতালোত্রেত্যাহ(৪)দামোদর স্বয়ং।
কেচিৎ কুড়ক্কোপাডেডাচাত্রাহুস্তেন ভবেদয়ং ॥২২২

---

হরিনায়কনস্থ হায়—অহানবদা ধ্রুব, মথংদা মণ্ঠ, প্রতিমণ্ঠ, অড্ডতাল, প্রতীবাস, একতালী হায়বা সূড়গী মখলশিং অসিদি হান্নদগী অতুম্মক খঙ্নরক্লবা ঙাক্তনি অমস্তুং শার্ঙ্গদেবনস্থ যারন্নবনি। অসিগুম্বা সালগশিং অসি লুমনবদগী মীরমলেন অসিদদি চৎনবিদ্রবনা ঐনা মখোয় মখোয়গী লক্ষণ তাক্তুনা নৈনদ্রে। হুজীক্কি মতমদা অফাওবা কবিশিংনা শীজিন্নবা মতুংইন্না নীংথিজরবা সূড় খরগী মরমদা মীনা খঙ্ননবা খন্নদং নৈনরি মতুদি— আদি, যতি, নিঃসারু, অড্ড, ত্রিপুট, রূপক, ঝম্পক, মণ্ঠ, একতালী—মখোয় মাপন অসিনি ॥২১৬-২২০

অসিগুম্বা তাল ৯ অসিনা শাববুস্থ 'সূড়' হায়না কৌই। অসিগুম্বা 'সূড়' অসিবু পুং-ঈশৈ জগোইদা শীজিন্নববদি থোইদোক্লা পূক্লীং

---

(১) হরিনায়কেঽপি ? (২) পুতীবাসঃ ? (৩) সার্ঙ্গদেবস্য ?
(৪) প্রায়োড্ডতালোঽত্রেত্যাহ ?

অপ্যেকাদশতালাখ্যা স ইদানীং বিবিচ্যতে।
প্রাণাদি(১)র্যতি নিঃসার(২)মণ্ঠাদীনাং যথাক্রমং ॥২২৩
গানমন্তে চৈকতাল্যা ইত্যেষ নিয়মঃ ক্বচিৎ ॥২২৪

কিঞ্চ—

আদি তালো ভবেদাদাবন্তে স্যাদেকতালিকা।
অন্যেষাং নিয়মাভাবা(৩)এমমাহু(৪)শ্চ কেচন ॥২২৫

অথৈতেষাং ধ্রুবমণ্ঠলক্ষণত্বমাহ—

অথৈতেষ্বব(৫)তালেষু কেচিৎস্যু-ধ্রু´বলক্ষণাঃ।
মণ্ঠলক্ষণা(৬)(কেচিৎ) কেচিচ্চোভয়লক্ষণাঃ২২৬

---

হূনবা মশক ওই। দামোদরনা হায়—মসিদদি 'অড্ড-তাল' গী মশক অতুক হাক্লা য়াওদে। মী খরনদি মসিদা 'কুড়ক, উপাড্ড' কৌবা তাল অনি অসিস্থু য়াওট হায়নৈ। মরম অসিদগী মসিবু তাল ১১ গী মশক্কি হায়না লৌনৈ। অহানবদা আদি, যতি, নিঃসারু, মণ্ঠ—অসিনচিংববু শরুগা মমৈদনা একতালগী ঈশৈ তাগনি হায়বা মত অসিস্থ করি করিগুম্বদা নিয়ম ওইনা লৈনৈ ॥২২১-২২৪

অহানবদা আদিতাল, অরোইবদনা একতাল থম্লগা লোইরে, মরক্তদি অতোপ্পা করিগুম্বা নিয়ম অমা লৈতে হায়না মী খরনদি হায়নবস্থ ময়াওই ॥২২৫

হুজীক ধ্রুব অমসুং মণ্ঠগী লক্ষণ হায়রি—তালশিং অসিদা ধ্রুবলক্ষণ খরা, মণ্ঠলক্ষণ খরা ওই, অতুগা লক্ষণ অনিমক পূন্না খরা য়াওবস্থ লৈ ॥২২৬

---

(১) প্রাগাদি ? (২) নিঃসারু ? (৩) নিয়মাভাব (৪) এবমাহু ?
(৫) অথৈতেষ্বেব ? (৬) মণ্ঠলক্ষণকাঃ ?

তদুক্তং—

ধ্রুবাদৌ যতি-নিঃচারু(১)মণ্ঠান্ত্যো মণ্ঠলক্ষণৌ(২)।

অন্ত্যএকতালী।

আদি-রূপক-ঝম্পাড্ড-ত্রিপুটাঃ স্যুর্দ্বিলক্ষণাঃ ॥২২৭

দ্বিলক্ষণাঃ ধ্রুবলক্ষণা-মণ্ঠলক্ষণাশ্চ।

কুড়ুক্কো মণ্ঠলক্ষ্মাস্যাদ্বিলক্ষ্মোপাড্ডতালকঃ ॥২২৮

সারে তু—

চুচৎপুট(৩)শ্চাচপুটঃ সিংহবিক্রীড়িতস্তথা।

সিংহনন্দনমুখ্যা যে তেঽপি স্যুর্মণ্ঠ লক্ষণাঃ ॥২২৯

তত্র ধ্রুবলক্ষণমাহ—

জ্ঞেয়ঃ স ধ্রুবলক্ষণো যদি ভবেত্তুদ্‌গ্রাহ এব বস্তুচ্চৈঃ
খণ্ডমিহ দ্বিধাতু গদিতং দ্বির্গেয়মেবোচ্চকৈঃ।

দ্বিধাতু দ্ব্যবয়বং। প্রথমখণ্ডাপেক্ষয়া দ্বিতীয় খণ্ড উচ্চৈর্যঃ।
দ্বি ত্রি মাত্রাধিকঃ প্রথমখণ্ডসমমাত্রো বা ইতি কেচিৎ।

---

ধ্রুবগী লক্ষণ—ধ্রুব, যতি, নিঃসারু অতুগা মণ্ঠগীনা মণ্ঠ অতুগা অরোইবদনা একতালী অসিনি।

আদি, রূপক ঝম্প, অড্ড, ত্রিপুট—মখোয় অসি উভয় লক্ষণনি, মসিদা ধ্রুব-মণ্ঠ অনিমক্কী লক্ষণ পূন্না য়াওই। কুড়ক্কনা মণ্ঠলক্ষণনি অতুগা উপাড্ডনা ওন্ন-তৈনবা লক্ষণনি ॥২২৭-২২৮

সঙ্গীত-সারদা হায়রি—চঞ্চৎপুট, চাচপুট, সিংহবিক্রীড়িত, সিংহনন্দন কৌবা অথোইবা মরি অসি মণ্ঠ-লক্ষণ মক্তনি ॥২২৯

ধ্রুবলক্ষণগী মশক হায়রি—

উদ্‌গ্রাহনা ধ্রুব ওইরগা মথংদনা ধাতু অনিনা শাবা খণ্ড অমা হেনগৎপা কন্না রাংনা ঈশৈ শকপা য়াহনগদবনি। ধাতু অনি হায়বদি 'অবয়ব' অনি হায়বনি। অহানবা খণ্ডদগী অনিশুবা খণ্ডনা মাত্রা ২ | ৩ হেন্না রাংখৎনা ঈশৈ শক্কদবনি (অবয়ব—পোৎ অমা শানবা মচাক, খণ্ড-মতাং, শরূক) নত্রগা অহানবা খণ্ডগা মাত্রা চপমান্নহনগনি, অদুমদি ওইরগা রা নদি শক্কদবনি।

---

(১) নিঃসারু ? (২) মণ্ঠলক্ষণঃ—পাঠ (৩) চঞ্চৎপুট ?

উদাহরণং যথা আদিতালেন মল্লাররাগেণ—

জয় জয় সুন্দর নন্দতনুজ দালিতাঞ্জননিভ জনরঞ্জন আ।
কমলদলেক্ষণ গোকুলবল্লভ গোপসুতা-ধৃতিভঞ্জন আরে ॥
ইতি প্রথমখণ্ডঃ।

যমুনাপুলিন-বিভূষণ রসময় বেণুবাদ্যরত নৃত্যগুরো।
মুরহর গোবর্দ্ধনধর *অভ্রমুপতি-মদমর্দন তিআইআই আরে ॥
ইত্যুচ্চখণ্ডঃ।

অত্র খণ্ডদ্বয়মপি দ্বির্গেয়ং। প্রথমখণ্ডাপেক্ষয়া দ্বিতীয়খণ্ড উচ্চৈর্গেয়ঃ।

---

খুদমদি—আদিতাল, মল্লার-রাগ—

হে নন্দগী মজাইবুংঙো, হে নীংথিজবা
চান্নবী নুপীশিংগী মমিৎকী কাজলগুম কুচু শংবানবা,
তাইবঙ্‌পূক্লিং নুংঙাইহনবীবা, মিৎস্না থম্বাল লৈকা মানবা,
গোকুলগী মবুংঙো ওইবা অখাঙ্‌ কনবী গোপী-পূক্লীং মাঙ্‌হনবীবও হে!
মসিনা অহানবা খণ্ডনি।

যমুনা খোঙ্‌বান-লৈতেং ওইবা, রস-খিবীক্কী মপু ওইবা
বেণু খোংবদা খোয়জঙ্‌বা হে নৃত্যগুরু!
মুরহিংচাববু মাঙ্‌হনবা গোবর্দ্ধন চীংজাউ থাঙ্গৎপা
*অভ্রমুগী মপুরোয়ববু মতিক ময়াই চমহনখিবও হে
মসিনা অরাংবা খণ্ডনি।

অসিগুম্না খণ্ড অনিমক অহানবদগী অকোনবনা হেন্না রাংখৎনা অনিরক শক্কদবনি।

---

*অভ্রমু—মায়কৈ ঙাকপী শামু অমোম অমগী মমিং, ইন্দ্রগী শাদোং ঐরারতকী নুপী।

(অথ) ধ্রুবঃ—

মথুরানন মানদ মুদবর্দ্ধন মধুসূদন ভবরস্তু বিভো।

শরণাগত-রক্ষক বরকরুণাময় নরহরি ইতি গায়তি আরে॥

তত্র(১)আই আই আরে আরে ইত্যাদয়ো নিরর্থকাঃ

সভাসংগীতলালিত্যার্থং প্রযুজ্যন্তে গায়কৈঃ, নেদং লক্ষণ-প্রবিষ্টং॥

কেচিত্তু ধ্রুবলক্ষণস্য চাতুর্ব্বিধ্যমাহুঃ(২)—

তদুক্তং—

ধ্রুবলক্ষা(৩)চতুর্ধায়ং বিনোদো বরদস্তথা।

নন্দকঃ কঞ্চুকশ্চেতি(৪) ইতি॥২৩০

স চ সারে—

আলাপাদি ধ্রুবোঽয়ং মত ইহ করুণে গীয়তে(৫)কঞ্চুকাখ্যে

আলাপান্তো(৭)ধ্রুবো যো বরদ ইতি মতো দেবতানাস্তুতো(৬)

সঃ॥২৩১

---

মথংদা ধ্রুবগী মশক তাকলি মতুদি—

মায়থোং নীংথিজবা অতোপ্পবু ঈকাইখুম্নবিবা

হেন্না নুংঙাইহনবীবা মধু-হিংচাবা-হাৎপা

তাইবঙ্-মপু ওইবও শীনব-থুংনা লৈব-ও হে

চঙ্জববু কনবীবা খ্বায়দগী হেন্না চানবীবা

নরহরি ননাইনা শকচৈ নঙ্গী নগুণবু।

মথংদা লাক্লিবা 'আই আই আরে' নচিংবা অসিদি অর্থ করিসু য়াওবা নত্তে। চুম্নগী তাল অমদি ঈশৈগী ফজনবা তুক হাপচিনবতনি, লক্ষণগী মনুং চনবদি নত্তে।

কনাগুম্বনদি ধ্রুব-লক্ষণ অসি মরিনি হায় মতুদি—বিনোদ, বরদ, নন্দক অমসুং কঞ্চুক॥২৩০

সংগীত-সারদা হায়—

কঞ্চুক হায়বা ধ্রুব অসিদি অহানবদা ধ্রুব, মথংদনা আলাপ লৈগনি। মসি করুণ-রসতা শক্লে। অতুগা আলাপকী তুংদা লাক্লগনা মসিবু 'বরদ' হায়না কৌই। মসিনা লাইগী স্তুতি তৌবদা শীজিন্নৈ॥২৩১

---

(১) ততস্তি—পাঠ (২) চাতুর্ব্বিধ্যত্ব মাহুঃ—পাঠ (৩) ধ্রুবলক্ষা ?
(৪) কঞ্জকশ্চেতি—পাঠ (৫) কঞ্জুকাখ্যো—পাঠ (৬) আলাপান্তে ?
(৬) স্তুতো ?

উদ্‌গ্রাহাদি দ্বিখণ্ডো যদি ভবতি তথালাপকাদি স নন্দো,
গায়েত্তং চোৎসবেষু স্ফুটমথ কুতুকে স্যাদ্বিনোদপি
তদ্বৎ ॥২৩২

লক্ষণ ব্যতি ক্রমস্তু ছন্দোঽনুরোধাৎ।

অথ মণ্ঠলক্ষণমাহ --

স স্যান্মণ্ঠকলক্ষণো যদি সমাবুদ্‌গ্রাহকা
বুদ্‌গ্রাহাদ্দ্বিগুণোঽথ সার্দ্ধগুণকো বা স্যাৎ ধ্রুবস্তু(১)এব ॥২৩৩
উদ্‌গ্রাহাভোগয়োরপেক্ষয়া ধ্রুবো দ্বিগুণমাত্রোবেত্যর্থঃ।(২)
সমৌ সমমাতৃকৌ ॥

তদুক্তং হরিনায়কেন—

সাম্যং যত্র তু মাত্রায়ারুদ্‌গ্রাহাভোগয়োরথেতি ॥২৩৪

---

অহানবদা ধ্রুব, মথংদা আলাপ অমদি উদ্‌গ্রাহনচিংবা খণ্ড অনি লাক্লবদি মদূবুনা 'নন্দ' হায়না কৌই। মসিনা উৎসব মেলানচিংবদা শীজিন্নে। অসিগুম্বা মওঙ্‌দা 'বিনোদ' হায়বসিস্থ হরাউ-তয়ামগী থবক্তা শীজিন্নগনি ॥২৩২

হুজীক মণ্ঠ-লক্ষণগী মরম হায়রি—

উদ্‌গ্রাহগা আভোগ-গা অঙ্গ অনি অসি মান্নরবা অহুগা ধ্রুবনা উদ্‌গ্রাহদগী শরূক অনি হেল্লবদি মহু 'মণ্ঠ লক্ষণ' ওই। উদ্‌গ্রাহ অমদি আভোগ-দগী ধ্রুবনা মাত্রা অনি হেনগনি অহুগা মখোয় অনি অহুনা মাত্রা তংখায় অমমমতা ওইগনি। মান্নবা হায়বদি 'মাত্রা' (মাতৃকা) মান্নবা হায়বনি ॥২৩৩

হরিনায়কনা হায়—অস্থুম্না উদ্‌গ্রাহ আভোগ অনিনা মাত্রা মান্নরবদি মহুবু 'মণ্ঠ-লক্ষণ' হায়না কৌই ॥২৩৪

---

(১) ধ্রুবস্তত্র চ—পাঠ (২) দ্বিগুণমাত্রাবিত্যর্থঃ—পাঠ

উদাহরণমাদিতালো মল্লার রাগেণ—

কৃষ্ণ কৃপাময় মঙ্গল বিগ্রহ বিশ্বভয়াপহ দেব হরে।
গোপকুলোৎসববর্দ্ধন মাধব গোবর্দ্ধন ধরতি
আই আই আরে ॥ ইত্যুদ্গ্রাহঃ

শ্রীবৃন্দাবন ভুবতি আ আ।
রাধামুখ সরসীরুহ মধুকর নন্দতনুজ রসকন্দ তি আরে
ইতি সার্দ্ধেকগুণমাত্রো ধ্রুবঃ।

পীতাম্বর সুরবন্দ্য গদাগ্রজ সুন্দর নটবর শৌরে।
কংসোরিপো(১)মরমর্দ্দ(২)মামর(৩)ঘনশ্যাম ইতি
( গায়তি ) আরে(৪)।
ইত্যাভোগঃ ॥

এতেষাং সালগাদন্যত্র প্রায়িকত্বমিত্যকে।

---

খূদমদি—আদি তাল, মল্লার-রাগ।

চানবীহৈবা মঙ্গলগী মশক ওইবও হে কৃষ্ণ!
তাইবঙ্পানবগী অকিবা কোকহনবীবা শক্লাইবীবও হে হরে।
গোপ-শাগৈবু মথোঙ্ট কাহনবীবা
গোবর্দ্ধন ধারণ তৌবীবা হে লক্ষ্মীগী মবুংঙো!
মসিনা উদ্গ্রাহনি।

শ্রীব্রজবৃন্দাবনগী মপু ওইবীবা
রাধা-মায়থোং-থম্বাল-খোইমু ওইবা
রসকী মশক ওইবা হে নন্দকুমার!
মসিনা মাত্রা অমগা মখায়না শাবা ধ্রুবনি।

সনা ফীগে থোনবা, লাইশিংনা নোঞ্জবা, বিষ্ণুগী মশক ওইবা হে নীংথিবা! নটবর ওইবা, কংসগী য়েক্নবা অথৌবা, মুর হিংচাববু মাঙ্হনবা, লক্ষ্মীগী মবুংঙো ওইবা, ফুইনা হৌবা নোংগী কুচু ওমজবও হে ইবুংঙো নঙ্গী নগুণ শকচরি।

মসিনা আভোগনি।

নিয়ম পুন্নমক অসি সালগ নত্তনা অতৈদদি য়াওদে।

---

(১) কংসরিপো ? (২) মুরমর্দ্দন ? (৩) মাধব ? (৪) আয়ারে—পাঠ

অন্তুক্তং কৌমুদ্যাং—

অমী উক্তপ্রবন্ধেষু বাহুল্যেন স্থিতাঃ পুনঃ।
সালগে নিয়তা এভির্বিনা তৎ সম্ভবো নহীতি ॥২৩৫

উদাহরণানি তু গ্রন্থান্তরে দ্রষ্টব্যানি, ময়া তু প্রপঞ্চ-ভিয়ানোক্তানি(১)।

সমু(২)—

উক্তো দ্বিখণ্ড উদ্গ্রাহ আভোগোহপি দ্বিখণ্ডকঃ।
মণ্ঠলক্ষমানুসারেণ ধ্রুবকে খণ্ডকল্পনা ॥২৩৬

ইত্যুক্তত্বাৎ

উদ্গ্রাহাভোগয়োর্দ্বিদ্বিখণ্ডাত্মকে সিদ্ধে উক্তোদাহরণে কথং বহবঃ খণ্ডা দৃশ্যন্তে ? উচ্যতে—উদ্গ্রাহাদীনাং দ্বিখণ্ডত্বেপি প্রতিখণ্ডমবান্তর-খণ্ডকল্পনৈরেব নির্মেয়ং। অতো যাবদ্ভিরবান্তর-খণ্ডে রঞ্জক তাল(৩)ভবতি, তাবন্ত এক(৪)খণ্ডা উদ্গ্রাহাদিখণ্ডে নিবেশনীয়াঃ।

---

কৌমুদীদা হায়বদি—মথক্তা হায়রিবা প্রবন্ধশিং অসিদা মসিনা নম্না য়াওই হায়, অদুমদি ওইরগা 'সালগ' তদি অরেপ্পা মশক অমা লৈ, মদু নত্রবদি থক 'সালগ' ওইবা য়াদে ॥২৩৭

মসিগী খূদমনচিংবদি অতোপ্পা লাইরিক্তা য়েংনগদবনি, চাউমন-গদবনা ঐনদি নৈনদ্রে।

অসুম্না চিংনবা য়াই মদুদি উদ্গ্রাহগী খণ্ড অনি, আভোগ-কীসু খণ্ড অনিনি অদুগা ধ্রুবগী খণ্ডসু মণ্ঠ-লক্ষণগী মতুংইন্না কল্পনা তৌনৈ—অসুম্না লাইরিক্তা হায়বনা উদ্গ্রাহ অমসুং আভোগ অনিমক্তা খণ্ড ২। ২ লৈগনি হায়বসিমক অচূম্বনি—অসুম্না হায়রবদি হায়খ্রিবা খূদমশিং অসিদা খণ্ড ময়াম থোক্লা উখ্রিবসিদি করিদগীনো ?—মসিগী পাউখুমদি মসিনি মদুদি—খণ্ড ২। ২ না উদ্গ্রাহনচিংবা প্রবন্ধগী মশক ওই হায়বা অসিমদি শেংলবনি, অদুম ওইনমকসু খণ্ড খূদীং-মক্তা অমুক খণ্ড মচা মচা লেংহনা হাপচিনগদবনি।

---

(১) ভিয়াম্নোক্তানি ? (২) নমু ? (৩) রঞ্জকতা ? (৪) এর ?

তদুক্তং—

একদ্বিত্রিচতুঃ খণ্ডে তালেষু(১)বিবিধেষু চ।

উদ্‌গ্রাহাদে(ঃ)কল্পনাংস্তু(২)যথা লালিত্যমাচরেদিতি ॥২৩৭

অত্র খণ্ডাদি-লক্ষণং বাহুল্যভয়ানোক্তং(৩) ॥

## অথ তালাঙ্গ পরিভাষা

তত্র ছন্দোরত্নাকরে—

মস্ত্রিগুরুস্ত্রিলঘুশ্চ নকারো, ভ্বাদিগুরুঃ(৪)পুনরাদি লঘুর্যঃ।

জোগুরুমধ্যগতোরলঘুমধ্যঃ সোঽন্তগুরু কথিতোন্তলঘুস্তঃ ॥২৩৮

গুরুরেক(৫)গকারশ্চ লকারো লঘুরেককঃ।

প্লুতঃ পকার ইত্যেবং ভো ভুতশ্চ প্রকীর্ত্তিতা(৬) ॥২৩৯

অনুপ্লুতো(৭)দ্রুতশ্চৈব লঘুগুরুরতঃ(৮)পরং।

প্লুতশ্চৈব ক্রমেণৈব(ং)তালাঙ্গানি চ(৯)পঞ্চধা ॥২৪০

---

মবম অসিনা খণ্ড মচা নচা হাপ্লগা ফজবা হেলহল্লিবা অতুপকী মখেদি উদ্‌গ্রাহনচিংবদা মতু হাপচিনগদবনি। হিবম অসিদা অসুম্না হাযবি মতুদি—খণ্ড অমা, অনি, অহুম নত্রগা মবিনা অমসুং মখল মখলগী তাল মযাম্না নীংথিবা, ফজবা, অমদি নুংঙাইবা ওইনবা হাযবিবা উদ্‌গ্রাহনচিংবসিবু শেমগদবনি ॥২৩৬-৩৭

খণ্ডনচিংবগী বর্ণনদি চাউমনগদবনা নৈনদ্রে।

তালাঙ্গ-পবিভাষা

ছন্দঃ বত্নাকবনা হায—

ম-গণদা গুরু অহুমনি, ন-গণদনা বর্ণ অহুম্মক লঘুনি। ভ-গণদনা অহানবদা গুরু মথংদা লঘু অনিনি। য-গণদনা অহানবা মন্নেক অহু লঘুনি, জ-গণগীনা মযাযদা গুরু, ব-গণদনা মযান্নদা লঘু, স-গণগীনা অবোইবা গুরু অহুগা ত-গণগীনা অবোইবদা লঘু লৈগদবনি ॥২৩৮

গ-না গুরু, ল-না লঘু, প-না প্লুত হাযবনি খঙ্‌নগনি ॥২৩৯

তালগী অঙ্গশিংদি মথং মনাউ নাইনা—অনুদ্রুত, দ্রুত, লঘু, গুরু অমসুং প্লুত মখোয মঙা অসিনি ॥২৪০

---

(১) খণ্ডৈর্তালেষু ? (২) কল্পনাস্তু ? (৩) ভযান্নোক্তং ? (৪) ভাদিগুরুঃ-পাঠ (৫) গুরুরেকো ? (৬) প্রকীর্ত্তিতঃ—পাঠ (৭) অনুদ্রুত ? (৮) লঘু-গুরুস্ততঃ—পাঠ (৯) তু ?

অনুদ্রুতং বিনাপ্যেষাং সঙ্গা(১)দলগপাত্বিকা(২) ॥২৪১

অথ মাত্রানিয়মমাহ—

লঘোরেকমাত্রংতু গুরুর্দ্ধিমাত্রঃ প্লুতস্ত্রিমাত্রো

দ্রুতমর্দ্ধমাত্রং।

অনুদ্রুত(ং)তু দ্রুতকার্দ্ধমাত্রং বিরাম ইত্যস্য ভবেচ্চ নামঃ ॥২৪২

অথৈষাং বিন্যাস প্রকারমাহ—

তির্য্যগ্রেখানুদ্রুতাঙ্গং শুন্যাকারং দ্রুতং স্মৃতং।

লঘুঋজ্বল্লিকা (রেখা) রেখাধোবক্রিতা গুরু ॥২৪৩

প্লুতং গুরোমূর্দ্ধলেখা তির্য্যক্ চেদ্দক্ষ(৩)পার্শ্বগা ॥২৪৪

এতেষাং ঘাতস্থানাদিকমত্র নোক্তং।

অথ সূড়ঙ্গ(৪)তালানাহ—যতঃ—

*বিনাতালেন গীতাদে গীত শুদ্ধির্নে(৫)জায়তে।

কর্ণধারং বিনা নাব ইবাতস্তান্ প্রচক্ষমহে ॥২৪৫ ইতি

---

অনুদ্রুত য়াওদনা অতৈ মরি অসিবু অশম্বীদা দ, ল, গ, প,—অসুমসু খঙনৈ ॥২৪১

হুজীক মাত্রাগী নিয়ম খঙনবা হায়রি—

লঘুগী মাত্রা অমা, গুরুগী অনি, প্লুতগী অহুমনি। দ্রুতগীনা মাত্রা তংখায় (½) নি অতুগা অনুদ্রুতগীনা মরি থোকপগী অমনি (¼)—অনুদ্রুত অসিবু 'বিরাম' সু কৌনৈ ॥২৪২

মখোয় অসিগী মশক খঙনবা খূদমশিংদি—

অনুদ্রুতগীনা অখোয়বা রেখা (ᑌ), দ্রুতগীনা শূন্য (০), লঘুগীনা চৈখৈ মওঙ (।), গুরুগীনা মখা খোয়বা (ऽ), প্লুতগীনা গুরুগী খূদম মথক্তা অচুম্বা লৈই অমা লৈগনি ( Iऽ ) ॥২৪৩-৪৪

মখোয় অসিগী য়ৈফম থাকমচিংবগী মরমদি মতাং অসিদা নৈনদ্রে।

সূড়-অঙ্গশিংগী তালগী মরম হায়রি—

তাল য়াওদনা অশেংবা ঈশৈ থক ওইদে। তাল য়াওদবা ঈশৈদি হিনাউশাবা য়াওদবা হি-গুম্মী। মরম অতুনা তালগী মশক তাকলি ॥২৪৫

---

(১) সংজ্ঞা ? (২) দলগপাত্মিকা ? (৩) চেদক্ষ ? (৪) সূড়াঙ্গ—পাঠঃ (৫) গীতশুদ্ধির্ন ?

---

*তৌর্য্যত্রিকস্যমতে ভস্তালস্যাঙ্কুশংবিদুঃ।

ন্যূনাধিকং প্রমাণস্ত প্রমাণং ক্রিয়তে যতঃ॥

কৃষ্ণরস-সংগীত-সংগ্রহঃ

স্থিতেষ্বপ্যন্ত্যতালেষু প্রবন্ধাঙ্গং তয়া পুনঃ।
(১)আদ্যাদেকাদশানাং চ তালানাং লক্ষণং ব্রুবে ॥২৪৬
আদিরেকেন লঘুনা রাসো যং(২)কেশ্চিদুচ্যতে।
তালানাং ধ্রুবক(৩)লক্ষণাদিকমুক্তং।
জয়স্বুরনায়ক(৪)বাঞ্ছিত-দায়ক ইতি ॥২৪৭

অথ যতিঃ—

লঘুদ্বন্দ্বাৎ দ্রুতদ্বন্দং(৫)যতিরিত্যুচ্যতে বুধৈঃ।
সাচার ত্রিবিধ(৬)প্রোক্তা শুদ্ধা সত্রিপুটান্তরা ॥২৪৮
ত্রিপুটস্তালবিশেষোঽন্তরে পদমধ্যে যস্যাঃ। অয়ং গীতমধ্যে ন প্রবিশতি ॥

ততঃ(৭)শুদ্ধা যথা—

( জয় জয় নরক-নাশন দুষ্ট-সঞ্চয় বিহিত শাসন রে।)

---

তাল হাযবসিগী মখল মথেনদি যাম্মনখিবনা হুজীক প্রবন্ধগী অঙ্গ ওইবা 'আদি-তাল' নচিংবা মখল ১১ তগী মবম হাযগে ॥২৪৬

আদিতাল—মসি লঘু অমনা শাবনি। মসিবু বাস-তালস্থ হায়নবা য়াওই। তালশিংগী ধ্রুব-লক্ষণনচিংবগী খেন্নবদি হান্ননা হাযগ্রে।

'পূম্নমক্তগী হেনবা, নীংজবা খিবিক থুংহনবীবা, ইবুংঙো নঙ্না জয় ওইবি।'

যতি-তাল—লঘু ২ দ্রুত ২ বু 'যতি' কৌই। সম্প্রদায় খেন্নবা মতুংইন্না মসি মখল অনি শুই মদুদি—'শুদ্ধ' অমসুং 'সত্রিপুটান্তবা' ॥২৪৮

'ত্রিপুট' হাযবা তাল অতুনা মরক খল্লবদি মদূবু 'সত্রিপুটান্তবা' হায়না কৌই। মসি ঈশৈগী মবক্তদি চঙ্বা যাদে॥

শুদ্ধ-গী মশক্তি—নবক-কী অকিবা মাঙ্হনবীবা, ফত্তবশিংবু লাকশিনবীবা হে ভগবান। ইবুংঙো নহাক্না জয ওইবি।

---

(১) আদ্যাদ্যেকাদশানাঞ্চ ? (২) যঃ ? (৩) ধ্রুবলক্ষণ ? (৪) জয়-সুনারক ? (৫) লঘুদ্বন্দ্বাৎ দ্রুতদ্বন্দ্বং ? (৬) ত্রিবিধা ? (৭) তৎ ?

(ত্রিপুটান্তরা যথা)

নৌমি কৌশিক-জাগ(১)হিংসক-তারকাসুত(২)নাশকং।

ত্রিপুট(ঃ)—

সা স্‌সা সা রি গ ম প ধ (প) ম ধ নী সা স্‌সা সা স্‌সা সা।

অথ যতিঃ—

দণ্ডকান্তরচারি-মুনিপর দেবি(৩)রাক্ষস শাসকং।

শারদাম্বুজ মঞ্জুমুখমখিলামরেশ্বর বন্দিতং।

ত্রিপুটঃ—

ত্রা তা থা রি কুকুদি মিকি ঝেংকুণ থোঙ্গি নাঙ্গি(৪)ট তাত্তাতা।

অথ যতিঃ—

অখিলজনহৃদি-মোদবর্দ্ধন দেবকীসুত পাহি মাং ॥

অথ নিঃসারঃ(৫)—

সবিরাম-দ্রুতদ্বয়াৎ নিঃসারৌ(৬)তু লঘুদ্বয়ং ॥২৪৯

---

ত্রিপুটান্তরাগী মশক্তি -বিশ্বামিত্রমুনিগী যজ্ঞ মাঙ্‌হনবা তড়কা হিংচাবীগী মচানিপা 'সুবাহু' হিংচাববু হাৎপা হে রাম! ইবুংঙো নঙ্‌বু খুরুমজৈ।

ত্রিপুট—মসিগী পাটাক্ষরদি—সা স্‌সা সা রি গ ম প ধ প ম ধ নী সা স্‌স সা।

যতি—দণ্ডকবনদা লৈবা মুনিশিংগী খুরুম্নফম ওইবা, হিংচাববু লাকশিনবীবা হে ভগবন! মায়থোংনা শরৎ-থাগী থম্বাল-ঙমজবা, লাইনিংথৌ ইন্দ্রগী খুরুমজনফম ওইবা হে ইবুংঙো।

ত্রিপুট—মসিগী পাটাক্ষরদি—

ত্রা তা থা রি কুকুদি মিকি ঝেংকুণ থোঙ্কি-নাঙ্কিত তাত্তা তা। যতি-দি—

তাইবঙ্‌মী পুম্নমক্কী থম্মোইদা হেন্না নুংঙাইবা পীনবীহৈবা, দেবকিগী মচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু কনবীসনু ॥

হুজীক নিঃসারুগী মরম হায়রি—

বিরামগা লোয়ননা দ্রুত ২, লঘু, ২ নি ॥২৪৯

---

(১) যাগ? (২) তাড়কা? (৩) দেব? (৪) থোঙ্কি-নাঙ্কিট—পাঠ

(৫) নিঃসারুঃ? (৬) নিঃসারে—পাঠ

যথা—

বিবুধাধিপ ভয়ভঞ্জন পাহি নিখিল জনরঞ্জন রে।

নিঃসারুঃ ষড়্‌বিধেত্যয়ং কুন্দনামা।

অথোড্ডতালঃ—

ষড়্‌বিধোঽড্ডস্তত্র পঙ্কুশীলৌ(১)খ্যাতৌ ব্রবীমি তৌ।
লঘুদ্রুতদ্বয়েন(২)স্যাৎ শঙ্কু(ঃ) শৃঙ্গার-বীরয়োঃ ॥২৫০

শান্তে শীলো বিরামান্ত-দ্রুতদ্বন্দ্বাদ্দযুর্মতঃ(৩) ॥২৫১

(যথা)—

জয় জনার্দ্দনবিভো ভবভয়াপহ হরে।
ইদং দ্বয়োরপ্যুদাহরণং।

অথ ত্রিপুটঃ—

দ্রুতত্রয়ং বিরামান্তং ত্রিপুটঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥২৫২

---

মহুদি—হে লাই পূম্নমক্কী মবুংঙো ওইবা, অকিবা কোকহনবীবা, তাইবঙ্‌মীগী পেম্নবা তৌবীবা হে ইবুংঙো।

নিঃসারু মখল ৬ শুবনা মসিবু 'কুন্দ' হায়না খঙ্‌নৈ।

অড্ডতাল—অড্ডতাল মখল ৬ নি। মসিগী মবক্তা থোইদোকপদি 'শঙ্কু' অমসুং 'শীল' অনি অসিনি। লঘু অমগা দ্রুত অনিগনা শাবা 'শঙ্কু' হায়বসিনা 'শৃঙ্গাব-বীর' রস অনিমক্তা চৃশিনৈ ॥২৫০

অহুগা দ্রুত ২ দ্রুতবিরাম অমা, লঘু অমা অসিনা শাবা 'শীল' হায়বসিনা 'শান্তরস' তা শীজিনৈ ॥২৫১

অনিমক্কী খূদমদি—তাইবঙ্‌পানবগী অকিবা কোকহনবীবা বিষ্ণুগী মশক ওইবও হে হরে। অসিনি।

ত্রিপুট—দ্রুত অহুমগী তুংদা বিরাম লৈরবদি মহুবু 'ত্রিপুট' কৌই ॥২৫২

---

(১) শঙ্কুশীলৌ ? (২) লঘোর্দ্রুতদ্বয়েন ? (৩) দ্রুতদ্বন্দ্বাল্লঘুর্মতঃ ?

যথা—

কৃষ্ণকেশব কংস মর্দ্দন পাহি গোকুলচন্দ্র হে ॥

অথ রূপকঃ—

রূপকংতু বিরামান্তদ্রুতদ্বন্দ্বমুদাহৃতং ॥২৫৩

(যথা)—

নন্দতনুজ মঞ্জুল মুখমঙ্গলময় পাহি মাং।

অথ ঝম্পঃ—

ঝম্প(ঃ)কোলো দ্রুতদ্বন্দ্বাৎ সবিরামাদিতীতরে ॥২৫৪

যথা—

গোপেন্দ্রতনুজবর পাহিমাং মোদকর।

অথ মঠকঃ—

সগনাল্লঘবোঽশব্দাশ্চত্বারো মঠকে স্মৃতাঃ ॥২৫৫

অশব্দাঃ শব্দরহিতাঃ।

যথা—

(গোপী)গোপীকুলদুকুলচৌব নন্দতনয় জয় কিশোব।

অথৈকতালী—

( দ্রুতেনৈকেনৈকতালী ) সা ত্রিধা পরিকীর্ত্তিতা।

বিপুলা চন্দ্রিকা রামা তত্রাপি বিপুলোচ্যতে ॥২৫৬

---

খুদমদি

হে গোকুলগী থা ওইবা, কংসবু নোইহৎপা হে নঙ, হে কেশব, ননাইবু ঙাকপি-কনবীয়ু।

রূপক—দ্রুত ২, দ্রুতবিরাম অমব 'রূপক' কৌই ॥২৫৩

খুদমদি—মাযথোং নীংথিবা, নন্দগী মজাইবুংঙো, মঙ্গলগী মশক ওইব ও হে ইবুংঙো ননাইবু কনবীয়ু।

ঝম্প—মসিবু 'কোল' সু কৌই। দ্রুত ২ মথংদা দ্রুতবিবাম ॥২৫৪

খুদম—গোপনিংথৌগী মজাইবুংঙো, হে নুংঙাই-য়াইফবা পীনবৈব ও, ননাইবু কনবীয়ু॥

মঠক—স-গণ অমসুং মখোল থোক্তবা লঘু মরিনা 'মঠক' শাই ॥২৫৫

খুদম—গোপী-ফিজেৎ-হূরানবা, নন্দগী মচা ওইবা, কৈশোর-বয়স ওইব ও হে; ইবুংঙো নঙনা জয় ওইরি।

( কৈশোর—পাখং মপুং ফাত্রিবা, চহি ১১-১৫ গী মনুংদা লৈবা )

একতালী—দ্রুত অমবু 'একতালী' কৌই। মসি মখল অহুমনি বিপুলা, চন্দ্রিকা, রামা ॥২৫৬

ধ্রুবমাত্রেণ ভিন্নত্বাল্লোকেরত্র তথোত্তরে।
আলাপ পূর্বকোদ্‌গ্রাহা বিপুলানন্দদায়িনী ॥২৫৭

আলাপং গীত্বা তত্র উদ্‌গ্রাহং গায়েদিত্যর্থঃ। অতএব একতালীত(ঃ)পূর্বমালাপগানমেতন্মূলকমেব।

যথা—

গোবর্দ্ধনধর মাধব মুরহর।

মতান্তরে তথোচ্যতে কুড়কোড্ডতালকৌ(১)
দ্রুতত্বল্লঘুদ্বন্দ্বং কুড়ক্কঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥২৫৮

যথা—

গোপোৎসব (কর) রক্ষ সুরেশ্বর!

উপাড্ডমাহ—

উপাড্ড তালামেকেন(২)দ্রুতেন পরিকীর্ত্তিতঃ(৩) ॥২৫৯

---

বিপুলা—আলাপকা লোয়নবা উদ্‌গ্রাহবু 'বিপুলা' কৌই। মসিদি নুংঙাইনবগী মশক্তি। আলাপনা হান্নগা মথংদা উদ্‌গ্রাহ শক্কদবনি। মরম অতুনা একতালগী মমাঙ্‌দা আলাপ হান্না শক্কদবনি। ধ্রুবতদা খেন্নবা ওইবনা অতৈদি হায়ব্রে ॥২৫৭

খুদম—গোবর্দ্ধন-ধারণ তৌবীবা মুর হিংচাববু লানবিথিবও হে নন্দাইবু কনবীয়ু॥

অতোপ্পা মত মতুংইন্না 'কুড়ক্ক' অমসুং 'উপাড্ড' কৌবা তাল অনিগী মশক তাকলি মত্তুদি—

কুডক্ক—দ্রুত অনি লঘু অনিনা শাই ॥২৫৮

খুদমদি—গোপশিংগী হরাউমথোই কানবা ওইবা, লাই পুন্নমগী মপু ওইবও হে ভগবন, ননাইবু কনবীয়ু॥

উপাড্ড—দ্রুত অমখক্তংনা 'উপাড্ড' হায়বসি শাই ॥২৫৯

---

(১) কুড়কোপাড্ডতালকৌ ? (২) তালমেকেন ? (৩) পরিকীর্ত্তিতং—পাঠ

যথা—

লয়ঃ কমল লাভ তে।

লয়বশাদেকতালীতো ভিন্নং। এবংতু নবতিঃ(১)যুক্তঃ কচিদেকাদশৈরপি। অনয়োরুদাহরণং তু সংগীতকৌমুদী গীতপ্রকাশাদৌ দ্রষ্টব্যং ॥ ময়াতু প্রপঞ্চভয়ান্ন লিখিতং ॥

(অথ তালস্য প্রয়োগার্থা)—

তালপ্রয়োগানর্হা যো নোক্তাঃ(২)স্তেকংশতং বুধৈঃ।
তেষ্বপ্যত্র তজ্জিদাং প্রীত্যৈ লিখ্যন্তে লক্ষ(৩)লক্ষণৈঃ ॥২৬০
চচ্চৎপুটে তগা,তৌ চ ভগৌ চাচপুটে প্লুতৌ।
প্ললগা গলপাশ্চৈব ষট্পিতাপুত্রকে মতাঃ ॥২৬১
গত্রয়ং সা(৪)প্লু,তান্তং সম্পর্কেষ্টক(৫)নামনি।
তালে গত্রয়মুদ্‌ঘট্টে আদৌ তু লঘুরেক সঃ ॥২৬২

---

খুদমদি—খোয়দৌ-থম্বাল-শাংপও হে ননাইনা থুরুমজে।

( একতালীস্থ দ্রুত অমনা শাবনি অদুবু লয়চৎতি খৈন্নে )।

মণ্ডঙ্ অস্নুন্না 'স্থূড়' গী মখল ৯০ শুই। কয়িগুম্বদনা ১১ থকংহ্নৈ। মখোয়গী খুদমনচিংবদি সঙ্গীত-কৌমুদী, গীত-প্রকাশনচিংবদা য়েংগদবনি। চাউমনগদবনা ঐনদি নৈনত্রে।

ছুজীক তালশিংগী শীজিন্নবা হায়রি—

অখণ্ড্‌বশিংনা হায়নবা, শীজিন্নবদা লুবা তাল মশীং ১০১ খঙ্গী মশক মণ্ডঙ্‌নচিংবা অহু তাল খণ্ড্‌বশিংগী হুংঙাইনবগীদমক হায়রকে ॥২৬০

চচ্চৎপুট—ত-গণ অমস্তুং প্লুত। চাচপুট—ভ-গণ, গুরু।
ষট্‌পিতাপুত্র—প্লুত লঘু গুরু গুরু লঘু অমস্তুং প্লুত।
সম্পর্কেষ্টক—প্লুত গুরু গুরু গুরু প্লুত।
উদ্‌ঘট্ট—গুরু গুরু গুরু। আদিতাল—লঘু অমা ॥২৬১-৬২

---

(১) নবতিঃ ? (২) যে নোক্তাঃ ? (৩) চ সলক্ষণৈঃ—পাঠ
(৪)প্লুতাং—পাঠ (৫) সম্পক্কেষ্টক—পাঠ

রাসোঽয়মুচ্যতে কেশ্চিৎ দর্পণে দ্রুতয়াদ্‌গুরু(ঃ)।
একাস্তরবিরামান্তৈশ্চর্চ্চরী ষোড়শ দ্রুতে(১) ॥২৬৩
লো লো লৌদঃ সিংহলীল(২)কন্দর্পে দৌ লঘুগুরুঃ।
গুরুত্রয়াল্লপগলপ্লুতাঃ স্যাৎ সিংহবিক্রমঃ ॥২৬৪
সলৌ প্লুতৌ চ শ্রীরঙ্গ(ঃ)রঙ্গলীলে তু লৌ গুরুঃ।
রঙ্গতালে দ্রুতো(৩)গশ্চ দ্বৌ দ্রুতৌ মঃ পরিক্রমে ॥২৬৫
প্রত্যঙ্গসংজ্ঞকে তালে মগণাৎ স্যাল্লঘুদ্বয়ং।
গজলিল(৪)বিরামান্তং জ্ঞেয়ং লঘুচতুষ্টয়ং ॥২৬৬
(৫)তা···ত্রিভিন্নে নপদাঃ লৌ দৌ গৌরীলবিক্রমে(৬)।
বিরামে লৌ(৭)হংসলীলে বর্ণলীলে তু দৌলগৌ ॥২৬৭
রাজচূড়ামণৌ তালে দ্রুতৌ লশ্চ দ্রুতৌ লগৌ।
রঙ্গদ্যোতি(৮)মোল(৯)পৌ চ রাজ্ঞি গৌ (দৌ)গুরুর্লপৌ ॥২৬৮
রাজ্ঞি রাজতালঃ।

দর্পণ—দ্রুত দ্রুত গুরু। কনাগুস্থনদি মসিবু 'রাস-তাল' হায়নস্থ কৌনৈ। চর্চ্চরী—বিরাম অমনা মরক থনবা অতুগুম্বা দ্রুত ১৬না শাই। সিংহলীল—ন-গণ, দ্রুত দ্রুত দ্রুত লঘু। কন্দর্প—দ্রুত ২ লঘু ২ গুরু। সিংহবিক্রম—গুরু ৩, ল-প-গ-ল-প। শ্রীরঙ্গ স-গণ, ল, প, প। রঙ্গলীল—লঘু ২ গুরু ২। রঙ্গতাল—দ্রুত ২ গুরু। পরিক্রম—দ্রুত ২, ম-গণ।২৬৩-২৬৫

প্রত্যঙ্গ—ম-গণ, লঘু ২। গজলীল—লঘু ৪, লবিরাম। ত্রিভিন্ন—ন-গণ, প্লুত, দ্রুত। গৌরীশবিক্রম—লঘু ২ দ্রুত ২। হংসলীল—লঘু লঘুবিরাম। বর্ণলীল—দ্রুত ২ লঘু গুরু। রাজচূড়ামণি—দ্রুত ২ লঘু, দ্রুত ২, লঘু গুরু। রঙ্গদ্যোত—ম-গণ, লঘু-প্লুত। রাজতাল—গুরু গুরু দ্রুত দ্রুত গুরু লঘু প্লুত ( লঘু লঘু প্লুত গুরু লঘু গুরু গুরু লঘু ) ॥২৬৬-৬৮

(১) দ্রুতৈঃ ? (২) সিংহলীলে ? (৩) দ্রুতৌ ? (৪) গজলীল ? (৫) তালে ? (৬) গৌরীশবিক্রমে—পাঠ (৭) নৌ—পাঠ (৮) রঙ্গদ্যোতে ? (৯) ন—পাঠ

অথ ত্রিপ্রকারং প্রহারমাহ—

নিগৃহীতার্দ্ধ নিগৃহাৎ(১)মুক্তাখ্যং চ স্থলক্ষকং।
প্রহারং ত্রিতয়ং প্রোক্তং নান্দিনে(২)চন্দ্রমৌলিনা ॥৩৯৪
নিগৃহীতাখ্যমর্দ্ধনিগৃহীতাখ্যংচেত্যর্থঃ।

প্রত্যেক লক্ষণমাহ—

করয়োঃ পুটযোগেন নিগৃহীতমুদাহৃতং।
স্যাদর্দ্ধ নিগৃহীকরস্যৈমোক্ষণাৎ(৩)
উভয়োস্তপরিত্যাগা(৪)ত্তথৈবান্তরঘা ততঃ
ক্ষণে ক্ষণে কলাসশ্চ মুক্তাখ্যঃ স উদাহৃতঃ ॥৩৯৬
কলাসো বাদনবিশেষঃ।
স চ কালাসোর্দ্ধ(৫)কলাসশ্চ টিকিনীত্যাদি ভরতোক্তঃ॥
অন্যেচ ভরতাদ্যুক্ত(৬)প্রকারা বাদ্যপাটয়োঃ।
সন্ত্যে ( বাত্র ন ) বাহুল্যাদ্ভীত্যানেন ময়োদিতা(ঃ) ॥৩৯৭

---

য়েবগী মওঙ্ অহুম তাকলি—

পুং-য়েবগী মওঙ্ অহুমনি মহুদি- -নিগৃহীত, অর্দ্ধনিগৃহীত অমসুং মুক্ত। অমুন্না মহাদেবনা নন্দিদা তাকপিখি ॥৩৯৪

মখোয় খুদীংমকী খুংচা পূন্নমক ফন্দোক্তনা পুন্নপ য়েববু, 'নিগৃহীত' হায়না কৌই। অতুগা খুং নামনা হাইদোক্লগা নামতনা য়েববুনা 'অর্দ্ধনিগৃহীত' হায়না কৌই ॥৩৯৫

কলাসকী মওঙ্দা য়েরগা মরক্তা ভাইহাক লৈতনা খুং অনিমক হাইদোকপবু 'মুক্ত' কৌই। কলাস হায়বদি য়েবগী মওঙ্ অমনি ॥৩৯৬

কলাস, অর্দ্ধকলাস অমদি টাকিনী—অসিনচিংবগী রারমদি ভরত-মুনিনা হায়রম্মী। অসিদসু নত্তনা ভরতনা য়েবগী মওঙ্ অমদি মরোলনচিংবগী মরমদসু মশক য়াম্না তাক্লম্মী। চাউমনখিগদবদগী মহু পূন্নমক ঐনা মফম অসিদদি বর্ণন তৌদ্রে ॥৩৯৭

---

(১) নিগৃহীত ? (২) নন্দিনে ? (৩) নিগৃহীতন্ত করস্যৈকস্য মোক্ষণাৎ ? (৪) পরিত্যাগাত্তথৈ ? (৫) কলাসোঽর্দ্ধ ? (৬) ভরতোক্তা ?

স্ত্রী-পুং নপুংসকত্বং(১)চাস্যৈবস্তকং মর্দ্দল ধ্বনেঃ(২)।
তদণ্যলেখি ন ময়া প্রায়ো বাহুল্য ভীতিতঃ ॥৩৯৮

অথ মার্দ্দঙ্গিক লক্ষণং—

ধীরো বাস্তবিশ্রারদঃ(৩ প্রবচনঃ পাটকর ব্যঞ্জকঃ।
তালাত্যলয়তঃ সভস্তগমনক(৪)প্রৌঢ় প্রকাশক্ষমঃ ॥৩৯৯
নানাবাস্ত বিবর্ত্তনপটুঃ স্বভীস্ত(৫)গীতক্রমঃ।
সন্তুষ্টো মুখ ( বাদকো ) দ্রুতকরো মার্দ্দঙ্গিক কীর্ত্তিতঃ ॥৪০০

অন্তেষাং লক্ষণং বিস্তরভয়োন্নোক্তং(৬)

অথ শুশিরং—

বংশোশোথ(৭)পরী(৮)মধুরী তিত্তিরী শঙ্খকাহলাঃ।
তোড়হী মুরলী বুক্কা শৃঙ্গা(৯)স্বরনাস্তয়ঃ ॥৪০১

---

মর্দ্দলগী পুংখোল অসিবুস্থ নিপা-নুপী অমদি নিপাস্থ-নুপীস্থ নস্তবনচিংবা মথল কয়ামুক থোক্লা অমুক খায়দোকপা লৈরি। মতুগী মরম অতুস্থ চাউমনগদবদগী ঐনা নৈনদ্রে ॥৩৯৮

পুংয়েবা মীগী মশক—

চীং-লেম্বা, লাইরিক হৈবা, য়েবগী মরম নীংথিনা খঙ্বা, অতুগা মরী লৈনবা রারম পুন্নমক মথোঙ্ শেংনা তাকপা ঙম্বা, পুংলোন নীংথিনা থোকহনবা ঙম্বা, তাল ঔরাইবদা পুক্লীং লুপ্পা, গমক পুন্নমক শেংনা ফোংদোকপা ঙম্বা, পুং মথল পুন্নমক শীজিন্নবা ঙম্বা, চোঙোম হৈবা, ঈশৈগী তুংইনবা হৈবা, মায়থোং মকারাম্বা, চীনবুং য়েবদা হৈশিংবা, খুৎথং থুবা—অসিগুম্বা গুণ চেনবা মীবু অশেংবা পুংয়েবা কৌই। অতোপ অতোপ্পা পুং অতৈ য়েবগী লক্ষণদি চাউমনগদবনা ইদ্রে ॥৪০০

শুজীক শুষির ( কামতুনা খোংবা যন্ত্র ) গী মরম হায়রি—

---

(১) নপুংসকত্বং ? (২) ধ্বনেঃ ? (৩) বিশারদঃ ? (৪) সমস্তগমক ? (৫) স্বভ্যস্ত ? (৬) বিস্তরভয়ান্নোক্তং ? (৭) বংশোহথ ? (৮) পারী ? (৯) শৃঙ্গিকা ?

শৃঙ্গারাপিকবংশক চর্ম্ম বংশস্তথাপরঃ(১)।
এতে শুষিরভেদাস্তু কথিতাঃ পূর্ব্বসূরিভিঃ ॥৪০২
বংশলক্ষণমাহ—
মঞ্জুলঃ সরলশ্চৈব পর্ব্বদোষ বিবর্জিতঃ।
বৈলবঃ(২)খাদিরোঽপি স্যাৎ রক্তচন্দনজোঽথবা ॥৪০৩
শ্রীখণ্ডজোঽথ সৌর্বণ দন্তিদন্তময়োঽথবা।
কনিষ্ঠাঙ্গুলি তুল্যেন গর্ভরন্ধ্রেণ(৩ শোধিতঃ ॥৪০৪
শিল্পবিজ্ঞা প্রবীণেন বংশকার্য্যো মনোহরঃ।
( বংশেনৈব মতোঽপীতি মতঙ্গমুনিনোদিতং।
ততোঽন্যেঽপি তদাকারা বংশা এব প্রকীর্ত্তিতাঃ ) ॥
তত্র ত্যক্ত্বা শিরোদেশাদধো মিমিতমঙ্গুলং ॥৪০৫

---

দামোদরনা হায়রি—

বংশী, পারী, মধুরী, তিত্তিরী, শঙ্খ, কাহল, ডোডহী, মুরুলী, বুক্কা, শৃঙ্গিকা, স্বরনাভি, শৃঙ্গ, কাপালিক, বংশ, চর্ম্মবংশ মথোয় পুন্নমক অসি শুষিরগী মখল মক্তনি হায়না মথক্কী মুনিশিংনা তাকপিরম্মী ॥৪'১-২

বাঁশীগী মশক—

মতুম তাবা য়েংবদা ফজবা, মতাং অমত্তমক পানবা রা, কবোথজি নত্রগা রক্তচন্দন উনা নত্রগা যা-চন্দন নত্রগা সনানা নত্রগা শামু-ময়ানা শাগনি। মসিদা খুৎনাউবী মতোনমুক চাউবা মথুল হুৎকনি, খুৎশা হৈবা মীনা অস্নুম্না পূক্কীং হুরবা বাঁশী অসিবু শাগনি ॥৪০৩-৪

মতঙ্গ মুনিনা হায়—বাঁশী হাযবসিদি রা-তনা শাগদবনি। অদুবু উনা শারবস্থ মওঙ্ মতৌ মান্নবদগী মদুবুস্থ 'বাঁশী' অহুম্মক কৌনৈ।

---

(১) শৃঙ্গং কাপালিকং বংশশ্চর্ম্মবংশস্তথাপরঃ ? (২) বৈণবঃ ?
(৩) গর্ভরন্ধ্রেণ ?

ফুৎকাররন্ধ্রং কুর্ব্বীতবিতস্ত্যঙ্গুলি পর্ব্বণা।
পঞ্চাঙ্গুলানি সংত্যজ্য তাররন্ধ্রাণি কারয়েৎ ॥৪০৬
কুর্য্যাত্তত্র(১)রন্ধ্রাণি সপ্তসংখ্যানি কৌশলাৎ।
বদরীবীজতুল্যানি সংত্যর্দ্ধার্দ্ধাঙ্গুলং ॥৪০৭
আভ্যন্তরোর্দ্ধদলং কার্য্যং স্বর্ণাদৈ ( র্দাদ ) রেতবে।
সিক্থকেন কলা দেয়া তেন সুস্বরতা ভবেৎ ॥৪০৮

কলা কলনা। স্বর্ণাদিমুখবন্ধস্থিরীকরণং সিক্থকেন সম্পাদনীয়মিতি ভাবঃ। অয়মুক্তপ্রকারো বংশো নাম্না পঞ্চাঙ্গুলঃ(২)। এবং ফুৎকাররন্ধ্রাৎ যাবদ্ব্যঙ্গুলানি পরিত্যজ্য তার-রন্ধ্রাণি কারয়েৎ, তানি তৎ নামানি ভবন্তি। যথা—ষড়াঙ্গুল-ত্যাগে ষড়ঙ্গুল নাম্না বংশ ইত্যষ্টাদশ পর্য্যন্তং।

বাঁশীগী মথক্তা খুদোল অনি থাদোক্লমগা ফুৎকী তাং অমা শাংবা কাক্ষম শেমগনি। মসিদগী খুদোল মঙা চৎথরগা 'তাররন্ধ্র' ছুৎকনি। মথংদা খুদোল তংখায় অমমমগী চাং খন্নহল্লগা বরই-মরুমুক চাউবা মথুল তরেৎথক মথং মথং ছুৎকনি ॥৪০৬-৪০৭

মথেল মু শিহন্নবগীদমক মকোক মতোল অনিমক্তা সনানা য়োমগনি। খোইরুনচিংবা নপুনা মখোল শেন্নবদি খোয়োক মুংশিবা হেল্লি হায়বদি সনানচিংবনা মচীন শেম্বা, মেনবা অতুদা খোইরুনচিংবসু শীজিন্নগনি হায়বনি ॥৪০৮

অসিগুম্বা মথক্তা তাক্লিবা বাঁশী মখল অসিবু 'পঞ্চাঙ্গুল' হায়না কৌই।

মওঙ্ অসুম তৌনা কান্নবা মথুল অতুদগী তাররন্ধ্র ফাওবদা লাখরিবা খুদোল মশীং-মশীং অতুগী মতুং ইন্না বাঁশীগী মমিংসু তোং-ডান্নগনি মতুদি—খুদোল ৬ লাখরবদি 'ষড়ঙ্গুল' কৌই। খুদোল ১৮ লাখবদগী 'অষ্টদশাঙ্গুল' কৌবনচিংবসু মথং মথং লৈরি।

(১) কুর্য্যাত্তত্রাস্ত ? কুর্যাত্তথা—পাঠ (২) পঞ্চাঙ্গুলস্য

অনুবংশ—

পঞ্চাঙ্গুলোঽধমং বংশঃ স্যাৎ একৈকাঙ্গুল(১)বর্দ্ধিতঃ।
ষড়ঙ্গুলাদি সংজ্ঞা স্যাৎ যাবদষ্টাদশাঙ্গুলং ॥৪০৯
ফুৎকাররন্ধ্রতারন্ধ্রস্য যাবদঙ্গুলমন্তরং।
তদেব নাম বংশস্য বংশিকৈঃ পরিকীর্ত্ত্যতে ॥৪১০

( তত্র ত্যাজ্যাঙ্গুলমাহ—
একাঙ্গুলোঽষ্ট ত্র্যঙ্গুলশ্চতুরঙ্গুলঃ।
অতিতারতরত্বেন বাংশিকৈঃ পরিকীর্ত্ত্যতে(২) ॥ ) ৪১১

তত্র ত্যাজ্যাঙ্গুলশ্চতুরমাহ—
একাঙ্গুলোঽদ্ব্যঙ্গুলশ্চ ত্র্যঙ্গুল চতুরঙ্গুল(?)
অতিতারতরত্বেন বাংশিকৈঃ সমুপেক্ষিতঃ ॥৪১২
ত্রয়োদশাঙ্গুলো বংশোঽপরশ্চ পঞ্চদশাঙ্গুলঃ(৩)।
নিন্দিতো বংশতত্ত্বজ্ঞৈস্তথা পঞ্চদশাঙ্গুলঃ(৪) ॥৪১৩

---

অসুম্না হায়রি -'পঞ্চাঙ্গুল' হায়বা বাঁশী অসিনা অহানবনি। অতৈ মথলগীনা খুদোল অমমম অঙ্গুম লাপথোরকনি হায়বদি 'ফুৎকার-রন্ধ্র' দগীনা 'তাররন্ধ্র' ফাওবদা লাপ্পবা খুদোল মশীং অহ্ অঙ্গুম অঙ্গুম হেন্থরকনি অহুগা হেন্থরক্লিবা মশীং অতুগী মতুংইন্না বাঁশীগী মমিংসু খঙ্নগনি হায়না অথঙ্‌বশিংনা হায় ॥৪০৯-১০

থাদোকদবা খুদোল মশীং মরিগী মরম হায়রি—

কাম্ফমদগীনা খুদোল অমা, অনি, অহুম অমদি মরি—অসিদি য়াম্না হেন্না রাংমনবনা বাঁশীগী মরম খঙ্‌বশিংনা লৌথৎনদে ॥৪১২

কাম্ফমদগীনা তাররন্ধ্র ফাওবগী লাপ্পবা অসি খুদোল ১৩, ১৫, ১৭, ওইহনববুসু মরম খঙ্‌বশিংনা নিন্দা তৌনৈ ॥৪১৩

---

(১) একৈকাঙ্গুলঃ ? (২) সমুপেক্ষিতঃ—পাঠ (৩) বংশোঽপরঃ পঞ্চদশাঙ্গুলঃ ? (৪) সপ্তদশাঙ্গুলঃ—পাঠ

( শ্লোক নং ৪১১ অসিমা হেক্সিন্না ইন্নমলে অহুনা ব্রেকেট তৌখিজরি )।

ফুৎকার-রন্ধ্রাদে তাবদঙ্গুল ত্যাগেন তারতম্যং(১)নকার্য্যমিত্যর্থঃ ॥

অত্রাপ্যঙ্গুলবিশেষত্যাগেন(২)শ্রেষ্ঠ্যমাহ—

মহানন্দস্তথানন্দো বিজয়স্তু(৩)জয়স্তথা।

চত্বার উত্তমাবংশা মতঙ্গমুনি সম্মতা(ঃ) ॥৪১৪

অত্রেকথমেবোং(৪)মহানন্দাদি সংজ্ঞেত্যাহ—

দশাঙ্গুলো মহানন্দো নন্দ একাদশাঙ্গুলঃ।

(৫)দ্বাদশঙ্গুলমানস্তু বিজয়ঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥

চতুর্দ্দশাঙ্গুলমিতো জয় ইত্যভিধীয়তে ॥৪১৫

এতেন দশৈকাদশ দ্বাদশ চতুর্দ্দশাঙ্গুলাঃ শ্রেষ্ঠা(ঃ)। পঞ্চাদি-নবাঙ্গলাস্তমধ্যা(৬)। এক দ্বি ত্রি চতুস্ত্রয়োদশ পঞ্চ-দশাঙ্গুলানিন্দিতা ইত্যর্থঃ ॥

অথ বাংশিক গুণঃ ( গুণাঃ ? )

স্নিগ্ধালঙ্কং সুস্বরং অঙ্গুলিসারণক্রিয়া।

সমস্ত গমন(৭)জ্ঞানং রাগরাগাঙ্গবেদিতা ॥৪১৬

---

অথোইবা ওইনা লৌখৎলম্বা থরদি—

মতঙ্গমুনিনা হায়—অথোইবা বাঁশী মখল মরিনি মতুদি—মহানন্দ, নন্দ, বিজয় অমসুং জয় ॥৪১৪

মখোয়গী মশক মওঙ্‌শিংদি—কাম্ফমদগী খুদোল ১০ থারগা তাররন্ধ্র লৈববু 'মহানন্দ', খুদোল ১১ থাববুনা 'নন্দ', ১২ থাবনা 'বিজয়' অমুগা ১৪ থাবনা 'জয়' হায়না কৌই ॥৪১৫

হায়বদি খুদোল ১০, ১১, ১২, ১৪ থাবনা অথোইবনি। খুদোল ৫ দগীনা ৯ ফাওবা থাদোকপনা য়ায়মনি ( মধ্যম )। অমুগা খুদোল ১, ২, ৩, ৪, ১৩, ১৫ মখোয় অসিনা ফত্তে।

বাঁশী খোংবগী গুণশিং—

মফম চানা, খোন্থোক মুংশিনা থুং-খৎপা ওম্বা, গমক পুম্নমক্কী জ্ঞান নীংথিনা লৈবা, রাগ অমদি মখোয়গী অঙ্গ পুম্নমক খঙ্‌বা, খোংবগী মরমসু মুম্না খঙ্‌বা, মশাগী মরোনসু মীরোনসু ভূনা হৈবা ॥৪১৬

---

(১) তাররন্ধ্রং ? (২) শ্রৈষ্ঠ্যমাহ ? (৩) বিজয়স্তু ? (৪) কথমেবাং ? (৫) দ্বাদশাঙ্গুলমানস্তু ? (৬) পঞ্চাদি নবাঙ্গুলাস্তা ? (৭) গমক ?

ক্রিয়াজ্ঞাবা বিভাষা জুনকতা গীত বাদনে।
সুস্থানে চাপি কুস্থানে নাদনির্ব্বাণ কৌশলং ॥৪১৭
গাতৃ-ণাং স্থানদাতৃত্বং তদ্দোষাচ্ছাদনং তথা।
বাংশিকস্ত গুণা এতে ময়া সংখ্যেপ্য(১)দর্শিতাঃ ॥৪১৮

গাতৃ-ণাং স্থানদাতৃত্বং গায়কানাং নদরিতৌ(২)তৎপূরকত্বং।

অথাস্য দোষাঃ—

বহুকৃত্বঃ(৩)শিরঃকম্প(৪)স্বস্থানাপ্রাপ্তিরেব চ।
বৃথা প্রয়োগে বাহুল্য(৫)মন্দতা গীতবাদনে।
এভির্দোষৈর্যুতোঽতীব নিন্দিতো বাংশিকো মতঃ ॥৪১৯

অথ রক্তবাংশিক লক্ষণং—

স্থানকাদ্ভিনয়(৬)ভিজ্ঞো গমকাদ্যঃ স্ফুটাক্ষরঃ।
শীঘ্রহস্ত(ঃ)কালাজ্ঞো(৭)বাংশিকো রক্ত উচ্যতে ॥৪২০

---

ঈশৈ খঙ্বা অমদি খোংবদা হৈশিংবা, মফম অফবদসু ফত্তবদসু মতিকচাবা খোস্থোক শীজিন্নবা ওন্বা, ঈশৈ শকপা মীগী খুদোংচাবা ফংহনবা, ঈশৈগী দোষ কুপশিনবদা হৈশিংবা অসিনচিংবা বাঁশী খোংবগী মগুণ খরদি শমলপ্পা এৈনা হায়রবসিনি। ঈশৈ শকপগী খুদোং চাবা ফংহনবা হায়বদি ঈশৈগী শরক হোবদা মেনশিনবা হায়বনি ॥৪১৬-৪১৮

বাঁশী খোংবগী দোষ—হন্না হন্না মকোক হাইবা, মশগী লেপফম য়োদনা তোকপা, অরেম্বদা হেনমন্না খোংবা, ঈশৈগী শরূক য়াম্না খোংদবা—অসিগুম্বা মগুণ্গী বাঁশী খোংবশিং অসিদি য়াম্না নিন্দা তৌনীংঙাই মশক্লি ॥৪১৯

রক্ত কৌবা বাঁশী খোংবগী লক্ষণ—

স্থানক, অমদি লয়চৎনচিংবগী মশক খঙ্বা, গমক-কী জ্ঞান লৈবা, ময়েক শেংবা, মখুৎ য়াঙ্বা, খোংবগী কলা নীংথিনা খঙ্বা অসিগুম্বা অখোংবা মীবু 'রক্ত' হায়না কৌই ॥৪২০

---

(১) সংক্ষিপ্য ? (২) নাদবিরতৌ (৩) বহুকৃত্বঃ ? (৪) শিরঃ কম্পঃ ? (৫) বৃথা প্রয়োগবাহুল্য ? (৬) স্থানকাদিলয়া ? (৭) কলাভিজ্ঞো ?

অথাঙ্গুলি গুণাঃ—

(১)প্রযুক্তির্দ্ধযুক্তিশ্চেত্যঙ্গুল গুণাঃ ॥৪২১

অথ ফুৎকৃতি গুণাঃ—

নৈবিড্যং প্রৌঢ়তা ব্যাপি সুস্বরত্বং চ শীঘ্রতা।
মাধুর্য্যমপি পঞ্চামী ফুৎকৃতেষু গুণাঃ স্মৃতাঃ ॥৪২২

ফুৎকারেষু দোষমাহ—

সীৎকার(২)বহুলস্তব্ধো বিস্বরঃ স্ফুরিতো লঘুঃ।
অমাধুর্য্যংচ বিজ্ঞেয়া ষড়্দোষাঃ(৩)ফুৎকৃতেঃ ক্রমাৎ।
নোক্তং লক্ষণমপ্যেষাং বাহুল্যাচ্চা প্রসিদ্ধত(৪) ॥৪২৩

অথ ঘনং—

( অনুরক্তং বিরক্তঞ্চ দ্বিবিধং ঘনবাদ্যকং।
গীতানুগমনুরক্তং বিরক্তং তালসংশ্রয়ং ॥ )

করতালংশ্চবলো(৫)জয়ঘণ্টাথ শুক্তিকঃ(৬)
কম্পকা ঘটবাদ্যঞ্চ ঘণ্টাতোদ্যঞ্চ ঘর্ঘর(ং) ॥৪২৪
ঝঞ্জাতালশ্চ মঞ্জীরঃ কর্ত্তযুক্তুর(৭)এব চ।
দ্বাদশৈতে মুনীন্দ্রেণ কথিতা ঘন সংজ্ঞকাঃ ॥৪২৫

---

খুৎকী মগুণ—খু কী মগুঙ্ মথল অহুমনি মহুদি—কন্না নম্বা, তংখায় নম্বা, য়াংনা নম্বা অসিনি ॥৪২১

কাম্বগী মগুণ—কাম্বগী মগুঙ্ মঙানি মহুদি—কন্না কাম্বা, মখোন লুমহনবা মখোন শেংহনবা, অথুবা অমস্তুং অথুম্বা। ( খোঙ্গেল থুমহনবা ) মঙা অসি কাম্বগী মগুণনি ॥৪২২

কাম্বগী দোষ—খোনশি যাম্না য়াওবা, হেক লেপথোকপা, স্বর চানদবা, নিকমনবা, তযাং তযাংবা, খোম্থোক মুংশিদবা—তরুক অসি কাম্বগী দোষনি। অহেনবা লক্ষণ অতৈ অতৈদি ইখঙ্মক খঙ্নরবা ওইবনা লৌখৎত্রে ॥৪২৩

ঘনবাদ্যগী মবম—

ঘনবাদ্য লখল ১২ নি মহুদি—করতাল, কাংস্যবল, জযঘণ্টা, শুক্তিকা, কম্পকা, ঘটবাদ্য, ঘণ্টতোদ্য, ঘর্ঘর, ঝঞ্জাতাল, মঞ্জীর, কর্ত্তরী অমস্তুং অঙ্কুর ॥৪২৪-২৫

---

(১) প্রযুক্তিরর্দ্ধযুক্তিশ্চ যুক্তিশ্চেত্যঙ্গুলেগুর্ণাঃ ? (২) সীৎকার ? (৩) ষড় দোষাঃ ? (৪) বাহুল্যাচ্চ প্রসিদ্ধতঃ—পাঠ (৫) করতালঃ কাংস্যবলো ? (৬) জয়ঘণ্টাশ্চ, জয়ঘণ্টোহথ—পাঠ (৭) কর্ত্তর্যঙ্কুর ?

তত্র করতাল লক্ষণং—

ত্রয়োদশাঙ্গুল ব্যাসৌ শুদ্ধ কাংশ(১)বিনির্ম্মিতৌ।
মধ্যে মুখোন্নতাকারৌ তন্মধ্যে রজ্জু(২)গম্ফিতৌ ॥৪২৬
পদ্মিনীপত্র সদৃশৌ করাব্যাং(৩)রজ্জু যান্ত্রিতৌ(৪)।
করতালাবুভৌ বাচৌ(৫)পাটে রিঝমকৃটেরিতি(৬) ॥৪২৭

প্রকারান্তরমপ্যাহুঃ তদ্‌যথা—

ত্রয়োদশ যবব্যাসং বক্ত্রপিশুং যবোন্মিতং।
যবপঞ্চক গম্ভীরং মধ্য চ(৭)যব সপ্তকং ॥৪২৮
বিস্তৃতং বর্ত্তুলং নিম্নং যবত্রয়মিতং ততঃ।
পৃষ্ঠতো মধ্যদেশেচ শিবলিঙ্গ সমাকৃতিঃ ॥৪২৯

---

হুজীক করতালগী লক্ষণ হায়রি—

ব্যাসদা খুদোল ১৩ পাকপা, অশেংবা শেঞ্জেংনা শাবা, ময়ায়দা মরী-পানফম মখুল হুৎপা, খোম শাবা, থম্না মওঙ্ মানবা, মরী পাল্লগা খুং অনিনা অমমম পায়হুনা খীংবা অদুবু 'করতাল' হায়না কৌই। 'রিঝমকট' হায়বনচিংবনা মসিগী খোম্হোক মরোলনি ॥৪২৬-২৭

মসিগী অতোপ্পা মওঙ্ অমা অমুক হায়রি মহুদি—ময়ায়দা যব ১৩ পাকপা, ময়ায়গী অথাবনা যব অমগী পান্দম ওইবা, ময়ায়দা যব ৫ লুথখিবা, মহুগী পাকপনা যব ৭ ওইবা, কোইরপ কোয়বা মহুং লুংবা, মনমগী ময়ায়দা শিবলিঙ্গ-মওঙ্ মানবা, মখাদনা যব অহুম পাকপা, ময়াযদা মরী লেংফম হোবা, মুগা লংনা মরী পানবা, হেন্না শীনবা মহীদা লাক্তুনা মথৌ শঙবা, অশেংবা শেঞ্জেংনা শাবা,—কাশ্মীরনচিংবা লৈবাক্তগী থোকপা—মখোয় অসিবু পণ্ডিতশিংনা 'তাল' হায়না কৌনৈ॥ য়েং-থংবনা মখোল হুংশিবা হেনগনি, ওয়দা পায়-বনা হস্থগনি। অনিমক খুংপী খুংদোম্বীনা পায়গদবনি। ওয়থংবা

---

(১) কাংস্য ? (২) গুম্ফিতৌ ? (৩) করাভ্যাং ? (৪) রজ্জুযন্ত্রিতৌ—পাঠ (৫) বাদ্যৌ—পাঠ (৬ বিরামকটেবিতি -পাঠ (৭) মধ্যে চ ?

মধ্যে গুঞ্জাসমচ্ছিদ্রং পট্টসূত্রাদি গুম্ফিতং।
অন্ত্যয় শৈষ্টিনির্দ্ধ গুরুকাংস্য বিনির্মিতং ॥৪৩০
( সরস্তাদুলি-সুস্নিগ্ধ সুদীর্ঘ মধুরধ্বনিং।
ঘনা নিনা(?)বিসং রক্তং মৃদুং শুদ্ধং মনোহরং ) ॥
কাম্বিন্নাদি সমুদ্ভূতং তালমার্গনীষিণঃ।
সুনাদং দক্ষিণং তালং ততো হীনং চ বামকং ॥৪৩১
কুর্ব্বীত তৎস্বরং বীর্য্যং(১)তর্জ্জন্যঙ্গুষ্ঠয়োগতঃ।
বামহস্থ(২)তালস্য মধ্যমীবর্য্য(৩)নামিতং ॥৪৩২
তির্য্যগ্দক্ষিণতালস্য পরিধ্বংশেন তাড়য়েৎ।
তালাদৈর্বাদয়েচ্চৈব প্লুত দীর্ঘ(ল)ঘুদ্রুতৈ(ঃ) ॥৪৩৩
ইতি করতালঃ।
ইতরেষাং লক্ষণং বিস্তরভয়াদুপেক্ষিতং ॥
কিংচ—
ততং বাদ্যং চ দেবানাং(৪)শৌষিরং।
আনদ্ধং রাক্ষসানাং চ মানবানাং ঘনং বিদুঃ ॥৪৩৪
ইতি বাদ্য নির্ণয়ঃ ॥

---

তালগী ময়ায থংবা শরূক অহু খজীক্তং নেমথনা পায়গনি অহুগা মহুদা যেৎ-থংবা তালগী মশেকনা থাগনি। অমুম্না প্লুত, দীর্ঘ, লঘু, দ্রুতনচিংবা তানচৎ মতুংইন্না খীংগনি ॥৪২৮-৩৩

করতালগী মওঙ্দি মসিনি। অতৈ অতোপ্পগী মওঙ্ মতৌন-চিংবদি চাউথোকমনখিগদবদগী ইত্রে।

কমানা করম্বা বাদ্য শীজিন্নে?

লাইগীনা 'তত' ( মরী তিংবা ), গন্ধর্ব্বনা শুষির ( মখুল হুৎপা ) হিংচাবগীনা 'আনদ্ধ' (শউনতিংবা), মীগীনা 'ঘনবাদ্য' ( করতালনচিংবা) শীজিন্নগনি। বাদ্যনির্ণয়দি মসিনি ॥৪৩৪

---

(১) কার্য্যং, ধার্য্যং? (২) বামহস্তস্থ? (৩) মধ্যমীবচ্চ—পাঠঃ
(৪) গন্ধর্ব্বানাঞ্চ শৌষিরং?

অথ ক্রমপ্রাপ্তং নৃত্যমাহ

তত্রাদৌ নাট্যবেদোৎপত্তিমাহ—

ইহানুশ্রূয়তে ব্রহ্মা শক্রেণাভ্যর্থিতঃ পুরা।

চকারক্রুষ্য(১)বেদেভ্যো নাট্যবেদঞ্চ পঞ্চমং ॥৪৩৫

ভরতায় দদৌ পূর্ব্বং(২)নাট্যবেদং চতুর্মুখঃ।

সনাট্য নৃত্যনৃত্তানি শম্ভোরগ্রে প্রযুক্তবান্ ॥৪৩৬

তত্র চ—

নর্ত্তনং ত্রিবিধং নট্যং(২)নৃত্যং নৃত্তমিতি ক্রমাৎ ॥৪৩৭

তত্র নাট্যং যথা—

যোহয়ং স্বভাবো লোকস্য নানাবস্থান্তরাত্মকঃ।

(৩)সোতুঙ্গাভিনয়ৈর্যুক্তো নাট্যমিত্যুচ্যতে বুধৈঃ ॥৪৩৮

---

হুজিক জগোইগী মবম হায়রি—

অহানবদা নাট্য হৌরকপগী মরম হায়রি—

মথং মথং গুরু পরম্পরানা হায়রুনা তানবা ফংলকই মহুদি—থায়না মমাঙৈওদা ইন্দ্রনা ব্রহ্মাদা চত্তুনা হাযরুবদগী ব্রহ্মানা অসিগুম্বা মঙাগুবা বেদ অসিবু শেমখি। ব্রহ্মানা নাট্য-বেদ শেম্লগা মহু ভরত-তা ইহান হান্না পীখি। ভরত-না নাট্য-নৃত্য-নৃত্তগী শীজিন্নবা মওঙ্ অহু শিবগী মাঙ্দা উৎখি ॥৪৩৫-৩৬

জগোই মথল অহুমনি মহুদি—নাট্য-নৃত্য-নৃত্ত ॥৪৩৭

নাট্য—জগোই মথল অহুম অসিগী মঙ্গংদা 'নাট্য' হায়বা অসিগী মশক্তি—মীওইবনা, হকচাং শাথেক্কী অভিনয়না মশাগী ওইবা তোঙান তোঙানবা অবস্থা (ফিবম) গী মওঙ্ ফোংদোকপা অদুবু 'নাট্য' হায়না কৌই ॥৪৩৮

---

(১) চকারাক্রুষ্য ? (২) নাট্যং ? (৩) সোতুঙ্গাভিনয়ৈর্যুক্তো ?

অপরং চ—

নাটকস্থিত বাক্যার্থপদার্থাভিনয়াত্মকং ।
(১)তদাস্তং ভরতেনোক্তং রসভাবসমন্বিতং(২) ॥
নাটকাদিষু তন্নৃত্যমুপযুক্তং(৩)মনীশ্বরৈঃ ॥৪৩৯

অথ নৃত্যঃ (ং ?)—

দেশরীত্য প্রতীতো যস্তালমা(৪)লয়াশ্রিতঃ ।
সবিলাসাঙ্গবিক্ষেপে(৫)নৃত্যমিত্যুচ্যতে বুধৈঃ ॥৪৪০

বিলাসো যথা—

নায়কা লোকনাদৌত্তু(৬)বিশেষোহি ক্রিয়াসু যঃ ।
শৃঙ্গারচেষ্টা(৭)সহিতো বিলাসঃ (স) নিগদ্যতে ॥৪৪১

নৃত্তমাহ—

গাত্রবিক্ষেপমাত্রন্তু সর্ব্বাভিনয় বর্জ্জিতং ।
আঙ্গিকোক্ত প্রকারেণ নৃত্তং নৃত্যবিদো বিদুঃ ॥

---

অসিমস্তু লৈ মতুদি—

রূপ, রস অমসুং ভাবনা তিনবা 'নাটক'-কী মনুংচনবা রাগৈগী নত্রগা রাহৈ পরেংগী অর্থ ফোংদোক্লিবা অভিনয়গী মশক অদুবু ভরত-মুনিনা 'নাট্য' হায়না থোল্লম্মী। অথোইবা ঋষিশিংনসু নাটক-নচিংবদা মসিবু তত্তনা শীজিন্নরকখি ॥৪৩৯

নৃত্য—দেশ দেশকী চৎনবী মতুংইন্না তাল, মান অমসুং লযচৎকী মখাপোনবা বিলাসকা (কেবা) লোয়নবা হকচাং-ইপোম অমদি শাথেক কোন্নবা মওঙ্ অদুবু অশঙ্বশিংনা 'নৃত্য' হাযনা কৌনৈ ॥৪৪০

বিলাস—মথক্তা পল্লিবা 'বিলাস' হাবরসিগী মশক্তি---নায়কপু উবদা মশানা ওইজবকপা নূপীগী নুংশি-নুংওন মাতৌগী তোপ তোপ্পা ফিবম অদুবু 'বিলাস' হাযনা কৌই। (নুংশিবা নিপাবু উবদা ওইবা নূপীগী মিৎযেং নায়েংনচিংবা মতৌবু হায়বনি) ॥৪৪১

নৃত্ত—অভিনয় যাওদবা হাযবদি অর্থ ফোংদোক্তবা, হকচাংগী লেঙ্বা ওংপতমক তৌবা অহুগুম্বা জগোই মখল অদুবু নর্ত্তন-শাস্ত্র হৈবশিংনা 'নৃত্ত' হায়না কৌই।

---

(১)তদাদ্য ? (২) সমন্বিতং ? (৩) মুনীশ্বরৈঃ ? (৪) যস্তালমান ? (৫) বিক্ষেপো—পাঠঃ (৬) লোকনাদৌচ, লোকনাদিষু—পাঠঃ ? (৭) শৃঙ্গারচেষ্টা—পাঠঃ ?

এতত্ত্রয়ং দ্বিধা প্রোক্তং মার্গ-দেশীতি ভেদতঃ ॥৪৪২

তত্র মার্গমাহ—

ব্রহ্মাদ্যৈর্মার্গিতং শম্ভোঃ প্রযুক্তং ভরতাদিভিঃ।

গান্ধর্ব্বং বাদনং নৃত্যং(১)যতমার্গ ইতিস্মৃতঃ(২) ॥৪৪৩

দেশীমাহ—

দেশে দেশে নৃপাদীনাং যদাহ্লাদকরং নরং(৩)।

গানং বাদ্যং তথা নৃত্যং তদ্দেশীত্যুচ্যতে বুধৈঃ ॥৪৪৪

কোহলেন তু ভিন্নতীয়োক্তং(৪)—

অতঃ (পরং) প্রবক্ষ্যামি নাট্য-নৃত্য-বিকল্পনং।

নটস্যাতিপ্রবীণস্য কর্ম্মত্বান্নাট্যমুচ্যতে ॥৪৪৫

মার্গো দেশীতি নাট্যস্য ভেদদ্বয়মুদীরিতং।

ব্রহ্মণা যত্তপস্তপ্ত্বা মার্গিতং শিবয়োঃ পুরা ॥৪৪৬

মার্গনাট্যংতু তত্র(৫)প্রাহ(৬)স্তচ্চ বিংশতিধোচ্যতে।

নাটকং চ প্রকরণং ভান(৭)প্রহসনং ডিমঃ ॥৪৪৭

মথক্কী জগোই মথল অহুম অসিবু 'মার্গ' অমসুং 'দেশী' হায়না মখল অনি অনি থোক্লা অমুক খাযদোক্লি ॥৪৪২

মার্গ—ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা উৎপিরম্বা লম্বী মতুংইন্না ভরতনচিংবনা শিবগী মাঙ্দা উৎখিবা, গন্ধর্ব্ব পুংলোন য়ৈহ্না শাখিবা অতুগুম্বা জগোই মখল অদুবু 'মার্গ' হায়বনি ॥৪৪৩

দেশী—তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী নিংথৌশিংগী নুংঙাইনবা শেমখিবা মফম মফম অতুগী চৎনবী পুং-ঈশৈ-জগোই অদুবু 'দেশী' হায়না কৌই ॥৪৪৪

কোহলনদি অতোপ্পা অমা ওইনা হাযরি—

মথংদা নাট্য-নৃত্যগী মরম হায়গে—অখঙ্বা অহৈবা নটশিংনা তৌবা থবকপু নাট্য কৌই। অসিগুম্বা নাট্য অসিবু মার্গ-দেশী হাযনা অনি অমুক থোকলি। মসি মমাঙৈওদা ব্রহ্মানা শিব-পার্ব্বতীগী মাঙ্দা উৎখিবনি।

(১) যৎ স মার্গ—বা যত্তম্মার্গ—পাঠ ? (২) স্মৃতং—পাঠ ? (৩) পরং—পাঠ (৪) ভিন্নতয়োক্তং ? (৫) তৎ—পাঠ ? (৬) প্রাহু পাঠ ? (৭) ভাণঃ ?

ব্যায়োগসমবকারো(১)চ বীথ্যঙ্কেহামৃগা ইতি।
রূপকাণি(২)দশৈতানি শঙ্করেণ বভাশিরে(৩) ॥৪৪৮
নাটিকা প্রাকরণেকা(৪)ভাণিকা হাসিকা ততঃ।
বিয়োগিণী চ ডিমিকা কলোৎসাহবতী পুনঃ ॥৪৪৯
চিত্রা জুগুপ্সিতাচৈব বিচিত্রার্থেতি দুর্গয়া।
এবং মর্গ(৫)নাট্যমুক্তং শিবাভ্যাং ব্রহ্মণে পুরা ॥৪৫০
দত্তিনাদিভিরুক্তানি(৬)দেশী রূপাণি ষোড়শঃ।
ষট্টকং ত্রোট্রকং গোষ্ঠী বৃন্দাকং(৭)চ ততঃ পরং ॥৪৫১
শিল্পকং প্রেক্ষণং লাপকং(৮)চেতি ততঃ পরং।
হল্লীস(ং ?)বাসিকাং দুর্ল্লভ্যকং শ্রীগদিতংতথা।
নাট্যরাসক(৯)দুর্ম্মল্লী প্রস্থানং(১০)কাব্যলাসিকা ॥৪৫২
ইতি ষোড়শ দেশীরূপাণি।

---

মার্গ নাট্য মথল কুন থোক্না থায়দোকলি মতুদি—নাটক, প্রকরণ, ভাণ, প্রহসন, ডিম, ব্যায়োগ, সমবকার, বীথি, অঙ্ক, ইহামৃগ। মসি শঙ্করনা হায়রম্মী।

নাটিকা, প্রাকরণিকা, ভাণিকা, হাসিকা, বিয়োগিণী, ডিমিকা, কলোৎসাহবতী, চিত্রা, জুগুপ্সিতা, বিচিত্রা। মসিনা দুর্গানা হায়বনি।

অসুম্না শিব-পার্ব্বতী অনিনা ব্রহ্মাদা মার্গ-নাট্যবু তাকপিখি॥
৪৪৭-৫০

দত্তিলনদি দেশী মখল তরাতরুকনি হায় মতুদি—ষট্টক, ত্রোট্রক, গোষ্ঠী, বৃন্দক, শিল্পক, প্রেক্ষণ, সংলাপক, হল্লীসক, বাসিকা, দুর্ল্লভ্যাক, শ্রীগদিত, নাট্য রাসক, দুর্ম্মল্লী, প্রস্থানক অমসুং কাব্য-লাসিকা॥
দেশী মখল তরাতরুকী মখল হায়রবসিনি ॥৪৫১-৫২

---

(১) ব্যায়োগসম্বকারৌ, সমবকারৌ ? (২) রূপকাণি ?
(৩) বভাষিরে—পাঠঃ ? (৪) প্রাকরণিকা ? (৫) মার্গং ?
(৬) দত্তিলাদিভিরুক্তানি ? (৭) বৃন্দকং ? (৮) সংলাপকং ?
(৯) রাসিক ? (১০) প্রাস্থানং—পাঠঃ

(অথ নৃত্তমাহ)—

নৃত্তানি দ্বাদশোক্তানি(১)তৌম্বিকাভিনিকা তথা।
ভাণকঃ প্রস্থানকশ্চ লাসিকা রাসকস্তথা ॥৪৫৩
ছুর্ম্মল্লিকা বিদগ্ধ(২)শিল্পিনী হুণ্ডিনী তথা।
ভিন্নকা(৩)স্তু রম্বকী(৪)চৈবং দ্বাদশোক্তানি সূরিভিঃ ॥৪৫৪
এবামলঙ্কারশাস্ত্রে লক্ষণং বহুধোদিতং।
তৎজ্ঞান গ্রহণৌ(৫)স্তস্মাৎ জ্ঞেয়ং ন লেখিতং ময়া ॥৪৫৫

(৬) প্রকৃতমনুস্ত্রিয়তে—
তাণ্ডবং লাস্যমিত্যেতৎ দ্বয়ং দ্বেধানিগদ্যতে ॥৪৫৬
দ্বয়ং নৃত্যং-নৃত্তং চ।
বর্দ্ধমানাসারিতাদ্যৈর্গীতে(৭)স্তত্র ধ্রুবা যুতং।
করণৈরঙ্গহাযৈশ্চ(৮)প্রধান্যেন প্রবর্ত্তিতং ॥৪৫৭

---

নৃত্তগী মরম হায়রি—

নৃত্ত মখল ১২ নি মহুদি—

ডোম্বিকা, অভিনিকা, ভাণক, প্রস্থানক, লাসিকা, রাসক, ছুর্ম্মল্লিকা, বিদগ্ধ, শিল্পিনী, হুণ্ডিনী, ভিন্নকী, তিন্দুকী।

অলঙ্কার-শাস্ত্রদা মখোয় অসিগী লক্ষণনচিংবা য়াম্না তাকলিবনা মহুদগী অহুম্মক খঙ্নগদবা লৈবদগী ঐনদি শন্দোক্তে ॥৪৫৩-৫৫

খ্বায়না য়ানবা মওঙ্দি—

তাণ্ডব, লাস্য হায়না জগোইবু মখল অনি থোক্লা খায়রি। অনি হায়বদি নৃত্যদসু নৃত্তদসু হায়বনি খঙ্নগনি।

ধ্রুবগা কোম্নবা বর্দ্ধমান আসারিতনচিংবা ঈশৈ শক্তুনা পুংশেলনা তাল থাহুনা করণ অঙ্গহারনা মপুং ওইনা উৎপা, অকনবা নিপা থোক্লপা মওঙ্না তিনবা জগোই অদুবু তঙুনা 'তাণ্ডব' নি হায়রম্মী ॥ তন্তু হায়বদি মহাদেবগী মনাইনি ॥৪৫৬-৫৭

---

(১) ডোম্বিকাভিনিক—পাঠঃ (২) বিদগ্ধশ্চ ? (৩) ভিন্নকী—পাঠঃ (৪) তিন্দুকী ? (৫) গ্রহণৌ ? (৬) প্রকৃতমনুক্রিয়তে ? (৭) বর্দ্ধমানা-সারিতাদ্দৈর্গীতে ? (৮) করণৈরঙ্গহারৈশ্চ ?

তণ্ডুক্তমুদ্ধতপ্রায়ং প্রয়োগং তাণ্ডবং বিদুঃ।
তণ্ডুর্নাম শস্তোর্গণ-বিশেষেঃ(১)। করণাঙ্গহারৌ বক্ষ্যেতে।
বর্দ্ধমানো বাদ্যবিশেষঃ। সারিকা যবলিকা(২) বিশেষঃ॥
ধ্রুবালক্ষণংতু নাট্যদর্পণে—

প্রথয়ন্তি পাত্রবিশেষং সামাজিক মনাংসি রঞ্জয়ন্তি।
অথ সংবধ্নাতি রসং নাট্যবিশেষে ধ্রুবা গীতিরিতি॥৪৫৮
প্রেরণী বহুরূপংচেত্যেবং স তাণ্ডবং(৩)দ্বিধা॥৪৫৯
প্রেরণিতা তাণ্ডবং(৪)বহুরূপতাণ্ডবং চেতিদ্বিধেত্যর্থঃ।

তত্র প্রেরণির্যথা—

অঙ্গবিক্ষেপ বাহুল্যং তথাভিনয় শূন্যতা।
যত্র সা প্রেরণীঃ প্রোক্তা সঙ্গা(৫)দেশীতি লোকতঃ॥৪৬০

বহুরূপ(২)যথা দামোদরে—

ছেদনং ভেদনং যত্র বহুরূপামুখাবলী।
তাণ্ডবং বহুরূপংচ তদ্বীনীগতমুদ্ধতং॥৪৬১

---

ধ্রুবা লক্ষণ—নাট্যদর্পণদা হাযবা মতুংইন্না—

ধ্রুবা বিশেষ ওইবা নাট্যদা মসিনা বিশেষ ওইবা (অককবা) পাত্রবু শৌগৎলি, ভাবকী থম্মোই হূহল্লি অমসুং রস পোকহল্লি॥৪৫৮

তাণ্ডব মখল অনিনি মহুদি—প্রেবণী অমসুং বহুরূপ॥

প্রেরণী—অভিনয় য়াওদবা চুম্নগী হকচাংগী চোংবা ফনবতমক তৌবা জগোইবু 'প্রেবণী-তাণ্ডৰ' হায়না কৌই। মসিবু 'দেশী' নি হায়না খঙনৈ॥৪৬০

বহুরূপ—দামোদরনা হায়—

ককথৎপা-য়াম্থৎপা অসিনচিংবা অকনবগী থৌওঙ উৎপা, মায়মিৎকী তোঙান তোঙানবা ফিবম লোয়নবা নিপা থোকপা জগোই অদুবু 'বহুরূপ-তাণ্ডব' হায়না কৌই॥৪৬১

---

(১) বিশেষঃ? (২) যবনিকা? (৩) স্যাত্তাণ্ডবং? (৪) প্রেরণিতাণ্ডবং? (৫) সংজ্ঞা?

কৌমুদী ন্যায়য়োস্তু বহুরূপ লক্ষণমন্যথা দৃশ্যতে—

তেনগীতাকবাস্তপাত্র(১)সহিতং যুক্তং পরবৃত্তকৈঃ(২)
বহুবহুদ্ভুত সংযুক্তং নিগদিতং যত্র সুত্র দ্বীরেণ চ(৩) ॥৪৬২
স্যাদাচার্য্যকরং(৪)তু বীররসগং শৃঙ্গারগংবা বুধৈঃ।
প্রোক্তং তদ্বহুরূপকং বহুবিধৈর্ভোষারসৈঃ(৫)সংযুক্তং ॥৪৬৩

অথ লাস্যমাহ—

লাস্যংতু সুকুমারঙ্গং মকরধ্বজবর্দ্ধনং।
স্ফুরিত(৫)যৌবনং(৬)চেতি তদপি দ্বিবিধং মতং ॥৪৬৪

স্ফুরিতং লাস্যং(৭)যৌবত-লাস্যং চেতি দ্বিবিধমিত্যর্থঃ।

স্ফুরিতমাহ—

যত্রাস্তভিনয়ৈ(৮)র্ভাবৈররসৈরাশ্লেষ চুম্বনৈঃ
নায়িকা-নায়িকৌ যত্র নৃত্যতঃ স্ফুরিতং হি তৎ ॥৪৬৫

---

কৌমুদী অমদি সংগীতসার অনিমক্তদি বহুরূপকী অতোপ্পা লক্ষণ উবা ফংই মহুদি—মখল মখা অয়াম্বা লোনগী নীংথিবা রস য়াওবা সূত্রনা শকপা ঈশৈ অমদি পূং-শেন মখোলনচিংবা লোয়ননা উৎপা অওকপা ফংবা বীর অমসুং শৃঙ্গারদা শীজিন্নবা অওকপা মায়-মিৎকী ফিবম লোয়নবা কোক লৈথোক লৈশিন তৌহুনা শাবা জগোইবু বহুরূপ হায়না কৌই ॥৪৬২-৬৩

লাস্যগী মরম হায়রি—

অকে-অমৌ লোয়নবা হকচাং শাথেক্লা শাবা কাম পোকহনবা জগোইবু 'লাস্য' কৌই। মসিগী মখল অনি শুই মহুদি—'স্ফুরিত-লাস্য' অমসুং 'যৌবত-লাস্য' ॥৪৬৪

স্ফুরিত-অমকপা ভাবকী মওঙ্দা কাগি তৌবা নত্রগা চুপ-থোৎনবনচিংবদি য়াওবা শৃঙ্গার-রসনা তথোইবা ওইনদি উৎপা নায়ক-নায়িকাগী রস পোকহনবা ওইবা জগোই অদুবু 'স্ফুরিত-লাস্য' হায়না কৌই ॥৪৬৫

---

(১) তেনগীতকবাস্তপাত্র? (২) পরাবৃত্তকৈঃ? (৩) যৎসূত্রদ্বারেণ চ? (৪) সাদাশ্চার্য্যকরং? (৫) বহুবিধৈর্ভাষারসৈঃ? (৬) যৌবতং? (৭) স্ফুরিতলাস্যং? (৮) যত্রাদ্যোঽভিনয়ে?

স্ফুরিতমিত্যত্রচ্ছুরিতমিতি চবর্গদ্বিতীয়াদিমপি কেচিৎ পঠন্তি। আস্তে প্রধানে রসৈ রসজনকৈর্ভা(বৈ)শ্চেষ্টিতৈরিত্যর্থঃ। আশ্লেষচুম্বনৈরিতি আশ্লেষ আলিঙ্গনে(ং×) বহুবচনমাত্রার্থং আলিঙ্গনচুম্বনাদিরহি(ত×)তৈরিত্যর্থঃ। আশ্লেষচুম্বনৈরিতি কেচিৎ॥ তন্ন(১)। রঙ্গে আশ্লেষাদেরদর্শনীয়ত্বাৎ। তদপি বক্ষতে(২)।

যৌবতলাস্যমহা (মাহ ?)—

মধুরাবদ্ধলীলাভির্ন টীভির্যত্র নৃত্যতে।
বশীকরণ-বিদ্যাভং তল্লাস্য(ং)যৌবতং মতং ॥৪৬৬

কিংচ—

লিগীরিত্যাদি(৩)লাস্যাঙ্গস্থনন্যুক্তানি(৪)সুরিভিঃ।
নাতিপ্রয়োজন নীতি(৫)ন ময়োক্তানি তা(৬)নহি ॥৪৬৭

---

'স্ফুরিত' অসিবু কনাগুম্বনা 'চ-বর্গ' গী অনিশুবা ময়েক 'ছ' না হৌদুনা 'ছুরিত' হায়নবসু য়াওই।

( মখাগী সংস্কৃতশিং অসিদি মথক্কী 'স্ফুরিত' তাকপদা হায়রিবা অদুগী অর্থ তাকপতনি, চপ মান্নে )।

অদুম ওইনমক অমুক হায়গে—

যৌবত লাস্য—

থোৎনা মেঙ্না অমদি কেনা মৌনা নীংথিবা শাথেক্তা নূপীনা শাবা, মীবু শুম্মাৎনীংঙাই ওইবা অদুগুম্বা জগোইবু 'যৌবত-লাস্য' হায়না কৌই ॥৪৬৬

অদুগা মথক্কী গুরুশিংনা লাস্যগী অকরুবা অতোপ্পা অঙ্গনচিংবগী মরমদি থোইনা হায়রমত্রবনা, মহুগী কান্নবসু য়ামদবনা ঐনসু হায়জত্রে ॥৪৬৭

---

(১) তন্ন ? (২) বক্ষ্যতে ? (৩) লিঙ্গীরিত্যাদি ? (৪) লাস্যাঙ্গান্যন্যা-ন্যুক্তানি ? (৫) নতিপ্রয়োজনানীতি ? (৬) তানি হি — পাঠঃ

নৃত্তনাহ —

নৃত্তংচাপি ত্রিধা প্রোক্তং বিষমং বিকটংলঘু।
বিষমনৃত্তং বিকট নৃত্তং লঘু নৃত্তং চেতি ত্রিবিধং ॥
বিষমং তত(১)সমুদিষ্টং(২)যত্ররজ্জুভ্রমণাদিকং। ৪৬৮
বিরূপ-বেশোবয়ব(৩)ব্যাপারং বিকটং মতং।
উপেতং করণৈরল্পৈরঞ্চি(৪)তাদ্যৈর্লঘু স্মৃতং ॥৪৬৯

অঞ্চিতাদি (অঞ্চিতাদি ?)করণবিশেষঃ। সচ বক্ষ্যতে। কোহ-লোক্তানৃত্তবিশেষা ডোম্বিকা ভাণিকাদায়স্তক্তা এবা(৫)।

পুংনৃত্য(ং)তাণ্ডবং প্রোক্তং স্ত্রীনৃত্যংলাস্যমুচ্যতে, ইতি সাধা-রণ্যেনোক্তং। কিঞ্চ, প্রেরণির্বহুরূপত্বেন তণ্ডবস্য বৈবিধ্যং, স্ফুরিত যৌবত রূপতয়া লাস্যস্য দৈবিধ্যংচ ভরত কোহলাদি প্রাচিনার্য্যৈ(৬) রধুনিকৈসাঙ্গর্দেবাদিভিরপি ন লিখিতং। কিঞ্চ—

---

নৃত্তগী মরম হায়রি—

'নৃত্ত' মখল অহুমনি মহুদি 'বিষমং, বিকটং, লঘু' ॥

বিষম-নৃত্ত—থৌরী-কোযবনচিংবা তৌহুনা শাব জগোই। (রজ্জুভ্রমণ—থৌরী চংপী)

বিকট-নৃত্ত ওম্বোকপা অঙকপা মওঙ্গী ফিজেৎ লৈতেং অমদি হকচাংগী শাথেক্লা শাবা জগোই।

লঘু-নৃত্ত—অঞ্চিতনচিংবা করণ য়ামদবা জগোইবু লঘু কৌই। ৪৬৮-৬৯

'অঞ্চিতা' হায়বদি 'করণ' মখল অমনি। মহুদি—কোহলনা 'ডোম্বিকা', ভাণিকা' নচিংবসিস্থ নৃত্তগী মখলনি হায।

নিপা জগোইবু 'তাণ্ডব' অহুগা নূপী জগোইবুনা 'লাস্য' কৌই হায়বসিদি অয়াম্বনা অহুম্মক লৌনরবনি। অদূবু প্রেরণি, বহুরূপ হায়বা তাণ্ডব মখল অনি অহুগা 'স্ফুরিত, যৌবত' হায়বা লাস্য

---

(১) তৎ ? (২) সমুদ্দিষ্টং ? (৩) বেশাবয়ব ? (৪) রঞ্চিতাদ্যৈ ?
(৫) ভাণিকাদয়স্তক্তা এব ? (৬) প্রাচীনাচার্য্যৈঃরাধুনিকৈঃ ?

প্রকারনাট্যমিত্যাহু যন্ত্রালঃ(১)ক্রীড়নাদিকং ইতি সঙ্গীতকৌমত্যাং(২)
তৎসারস্যেব(৩)কৃষ্যতে।
তদপ্যাধুনিকৈর্নাট্যাচার্যৈরঙ্গীকৃতং যতঃ।
জনানরঞ্জংনাদ্ধেতোর্ময়া(৪)তদপি কথ্যতে ॥৪৭০
তৎযথা—(কাষ্ঠানৃত্যং)
অষ্টাভির্গোপনারীভিরষ্টভিঃ কৃষ্ণমূর্ত্তিভিঃ।
কাষ্টানৃত্যং(৫)প্রভবতি কত(৬)স্বস্তিকমঙ্গলং ॥৪৭১
ইতি কাষ্টী(৭)নৃত্যং।
(জাকড়ীনৃত্যং)—
পিচ্ছগুচ্ছকরৌ পানমত্তৌ গীত্বা স্বভাষয়া।
তুরষ্কৌ নৃত্যতো যত্র তন্নৃত্যং জাকড়ীতি চ ॥৪৭২
ইতি(৮)জাকরী নৃত্যং।

---

মথল অনি অসুম্না ২/২ থোকপগী রা অসিমদি ভরত, কোহলনচিংবা থায়নগী গুরুশিংদগী হোৎনা হুজীকী মতমগী সার্ঙ্গদেবনচিংবমরুস্থু ইরমদে। অহুম ওইনমক সঙ্গীত-কৌমুদী অমদি সঙ্গীত-সারদস্থু 'রাসক্রিড়া' নচিংববু নাট্যগী মথলনি হায়নদি উৎলি। অহুম ওইনমক হুজীকী মতমগী অথও অহৈশিংনা যানরবা মীনা পান্নবা মশক খরগী রা হায়রক্কে ॥৪৭০

কাষ্ঠা নৃত্য—গোপী নিপানগা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি নিপানগা পুন্না শাবা জগোইবু 'কাষ্ঠা-নৃত্য কৌই। মসিদা স্বস্তিকনচিংবা মঙ্গলগী থৌরমস্থু য়াওহনগনি ॥৪৭১

জাকড়ী নৃত্য—য়ু থক্কুনা ডাওরবা তুরস্ক অনিনা রাহোং মতু চবুন অমমম মখুত্তা পায়হুনা মশাগী মরোলনা মচীন্দা ঈশৈ শক্লা শক্লা শাবা জগোইবু 'জাকডী' নৃত্য কৌই ॥৪৭২

---

(১) যন্ত্রাস? (২) কৌমুত্যাং? (৩) সারেপ্যেব—পাঠ (৪) জনানু-রঞ্জনাদ্ধেতোর্ময়া? (৫) কাষ্ঠানৃত্যং—পাঠ (৬) কৃত? (৭) কাষ্ঠা? (৮) জাকড়ী?

(শবরনৃত্যং)—
নৃত্যন্তি শবরা যত্র গায়ন্তো নিজভাষয়া।
তদিদং শাবরং নৃত্যমিত্যাহুর্নৃ(ত্য)কোবিদঃ ॥৪৭৩
ইতি শবরনৃত্যং

(করঙ্গীনৃত্যং)—
শবরীবেশয়োর্গুঞ্জ(১)ভূষণয়ো(ঃ)স্ত্রিয়ঃ।
নৃত্যং(২)কুরঙ্গীতিবিদুর্গায়ন্ত্যোশ্চ স্বভাষয়া ॥৪৭৪
(ইতি) করঙ্গীনৃত্যং

(মত্তাবলীনৃত্যং)—
মত্তানাংচ তুরস্কা(৩)নদিরা(৪)স্বাদনান্তরং(৫)।
যঃ প্রকারস্তেন নৃত্যংবিদুর্মত্তাবলীং বুধঃ(৬) ॥৪৭৫
ইতি প্রকারনাট্যানি প্রোক্তান্যাধনিধৈঃ(৭)পুন(ঃ)
দেশে দেশেঽপ্যেবমেব দেশীনৃত্যংতথোক্ততাং ॥৪৭৬
তদুক্তং কুমাত্তাং(৮)—
যস্মিন্‌দেশে চ যা রীতির্যা চ ভাষা মনোহরাঃ।
তথাপি নত্যং(৯)ভবতি প্রভূণাং চিত্তরঞ্জনং ॥৪৭৭
ইতি সংক্ষেপঃ।

---

শাবর-নৃত্য—মরোন্দা ঈশৈ শক্না শক্না শবর জাতিগী মীনা শাবা জগোইবু 'শাবর-নৃত্য' হায়না কৌই ॥৪৭৩

করঙ্গী-নৃত্য—শবরীগী ফিজেৎ শেত্তুনা, মরোলনা ঈশৈ শক্লগা নুপী অনিনা শামিন্নবা জগোইবু 'করঙ্গী' নৃত্য কৌই ॥৪৭৪

'মত্তাবলী' নৃত্য—ময়াইকাবা পোৎ থকচিল্লগা ডাওনা ফৈনা শাবা তুরস্ক-শিংগী জগোইবু 'মত্তাবলী' নৃত্য কৌই ॥৪৭৫

হৌজিক্কী মতমগী চৎনবী নাটাগী মখল খরগী রাদি হায়রবাসিনি। অসুম্না লৈবাক লৈবাক্কী চৎনবী মখল অদুবু 'দেশী-নৃত্য' হায়না খঙ্‌নৈ ॥৪৭৬

কৌমুদীনা হায়—

লৈবাক লৈবাক্কী মাগী মাগী চৎনবী পুং-ঈশৈ-জগোইনা মখোয়গী নিংথৌশিংগী পেন্নবা তৌবা মওঙ্‌ অদুবু 'দেশী' হায়না কৌই ॥৪৭৭

---

(১) গুঞ্জাপুঞ্জভূষণয়োঃ ? (২) করঙ্গী ? (৩) তুরস্কাণাং ? (৪) মদিরা ? (৫) স্বাদমানন্তরং ? (৬) বুধাঃ ? (৭) প্রোক্তান্যাধুনিকৈঃ ? (৮) কৌমুদ্যাং ? (৯) নৃত্যং ?

অথ নাট্যশালা-সভানিবেশন-সভাসদ-পাত্র-লক্ষণ-কেশাদীনি বিস্তর-ভয়া নোক্তানি।

# অথাঙ্গিকাভিনয়ঃ

(অথাঙ্গহারাঃ)—

নির্ব্বিভ্রোতৈরভিনৃয়ো(১)বুধৈরঙ্গিক(২)ঈর্য্যতে।
তত্রাঙ্গানাং প্রধানত্বাত্তান্যুচ্যন্তে সমাসতঃ ॥৪৭৮
তত্রাঙ্গানামুপাঙ্গানাং · ···নি(৩)নিরূপণং।
যথামতীহ ক্রিয়তে সার্ঙ্গদেবাদি সম্মতং ॥৪৭৯
সপ্তাঙ্গানি শিরোহংরঃ(৪)পার্শ্বহস্ত-কটী-পদং।
প্রত্যঙ্গানি নব গ্রীবা বাহ্বংস ? মণিবন্ধকৌ ॥৪৮০

---

নাট্য-শালা, (জগোইশাফম), সভানিবেশ (ভাবক ফম্ফম), ভাবক ওইগদবা মীশক, জগোই শাবা, জগোই শাবীগী অমদি ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবগী মরমদি চাউমনগদবদগী লৌখত্রে।

অঙ্গিকাভিনয়—

অঙ্গহার—অভিনয়দা হকচাংনা মপুং ওইনা শীজিন্নবদগী অথঙ্ অহৈশিংনা মতুবু শমজিনবা রাহৈদা 'আঙ্গিক' হায়না খঙনরম্মী ॥৪৭৮

অসিগুম্না আঙ্গিক অসিবু সার্ঙ্গদেবনচিংবনা অহুম থোক্না থায়-দোক্লম্মী মহুদি—অঙ্গ. প্রত্যঙ্গ, অমস্তুং উপাঙ্গ ॥৪৭৯

অঙ্গ—মসি মখল তরেৎনি মহুদি—শির, অংস, উর, পার্শ্ব, হস্ত, কটি, পাদ (কোক, লেংজুম, থবাক, নাকল, খুৎ, খ্বাঙ, খোঙ)।

---

(১) নির্ব্বিক্তৈাঙ্গৈরভিনয়ো ? (২) বুধৈরাঙ্গিক ? (৩) প্রত্যঙ্গানাং ?
(৪) শিরোহংসোরঃ ?

পৃষ্টোদরো(১)রুজঙ্ঘাশ্চ কানুনী ভূষণানি চ।
দ্বাদশোপাঙ্গানিমূর্দ্ধোদৃক্ তারা ভৃকুটী(২)মুখং ॥৪৮১
লোসে(৩)নিশ্বাস(৪)চিবুকে জিহ্বাগণ্ডরদাধরাঃ(৫)।
মুখরাগমুপাঙ্গেষু শার্ঙ্গদেবো গৃহীবান্(৬) ॥৪৮২
করয়োস্তলমঙ্গুল্যঃ করভাবপি কেচনঃ।
ক্ষেত্রং শরীরেকেদারেসিদ্ধস্থান কলতয়োঃ॥
ক্ষেত্রপ্রচার(করণ)কর্ম্মাণি করয়োরপি ॥৪৮৩
পদোরুচু(৭)রূপঙ্গানি(৮)পার্ষ্ণিগুল্ফ(৯)তলাঙ্গুলি(ঃ)।
বক্ষসস্ত সনৌ(১০)পার্শ্বে কট্যোরপ্যবমুহৎ(১১) ॥৪৮৪

---

প্রত্যঙ্গ—মখল ৯ নি মহুদি—গ্রীবা, বাহু মনিবন্ধ, পৃষ্ঠ, উদর, উরু, জঙ্ঘা, জানু, ভূষণ ॥৪৮০-৮১

উপাঙ্গ—মখল ১২ নি মহুদি—মূর্দ্ধা, ( লরাইলেম্ফ্ ) চক্ষু (মিং), তারা ( মিংনহা ), ভ্রূকুটি ( পীশূম ), মুখ (চিন), নাসিকা (নাতোন) নিঃশ্বাস ( শ্বর হোন্দোক হোঞ্জিন ), চিবুক ( খদাঙ ), জিহ্বা (লৈয়েঙ) গণ্ড ( চায়রুং ), দন্ত ( য়া ), অধর ( চিনবান ) ॥৪৮১

সার্ঙ্গদেবনদি—মুখরাগবুসু উপাঙ্গগী মনুং চলহল্লম্মী ॥৪৮২

অফাওবা তীর্থঞ্জস্বা মফম, অমদি প্রান্তরনচিংবা উৎপদা খুৎ অনিমক্কী ভিন্নবা করণ-নচিংবনা উৎকনি ॥৪৮৩

পদ (খোঙ্), উরু (ফৈ), পার্ষ্ণি (খোঙ্গী খুনীং), গুল্ফ (খোঙ্গী খুজেং), তলাঙ্গুলি (খোঙ্দোল মখা), বক্ষ (থবাক), স্তন (খোম), পার্শ্ব (নাক), কটি (খাঙ্)—মখোয় অসিসু উপাঙ্গগী মনুংচল্লি ॥৪৮৪

---

(১) পৃষ্ঠোদরো ? (২) ভ্রূকুটী ? (৩) নাসে ? (৪) নিঃশ্বাস ? (৫) গণ্ডরদাধরান্? (৬) গৃহীতবান্ ? (৭) পদোরুচো ? (৮) রূপাঙ্গানি ? (৯) পার্ষ্ণিগুল্ফ ? (১০) স্তনৌ ? (১১) কট্যোরপ্যেবমূহয়েৎ ?

সঙ্গীত দরেতু(১)ভিত্ত্যাহ শুভঙ্কর(ঃ)যথা—
শির(ঃ)করৌ হৃদয়ং জঠরং পার্শ্বযুগ্মকং।
কটিশ্চেতি ষড়াঙ্গানি কথিতানি শরীরিণাং ॥৪৮৫
স্কন্ধো বাহুঃ কূর্পরশ্চ মণিবন্ধ(ঃ)করাঙ্গুলিঃ।
উরুজানু চ জঙ্ঘে চ চরণে ২)চ তদঙ্গুলিঃ ॥৪৮৬
প্রত্যঙ্গানি দশৌতানি(৩)কথিতানি মনীষিভিঃ।
কেশ-স্তনৌ চ ধর্মিল্লৌ(৪)ললাটৈ(৫)ভ্রুযুগংতথা ॥৪৮৭
চক্ষুশ্চ নেত্রকোণশ্চদৃষ্টিস্তারা শ্রুতিস্তথা।
শঙ্খাগণ্ডৌ(৬)হনুর্নাসা কপোলোষ্ঠোদরাণ্যপি ॥৪৮৮
নিশ্বাস-জিহ্বে চিবুকং মুখং তদ্রাগ এব চ।
গ্রীবা চেতি ত্রয়োবিংশত্যুপাঙ্গানি বিদুর্বুধা(ঃ) ॥৪৮৯

---

সঙ্গীত দামেদরদদি শুভঙ্করনা তোঙানবা অমা ওইনা হায়রি মহুদি—অঙ্গ মখল তরাকনি—শির, কর, হৃদয়, জঠর, পার্শ্বযুগ্ম, কটি অসিনি ॥ ৪৮৫

অখঙ্ অহৈশিংনা প্রত্যঙ্গ মখল তরানি হায় মহুদি—স্কন্ধ (লেংজুম), বাহু (পাম্বোম), কূর্পর (খুৎকী খুৎনীং), মণিবন্ধ (খুৎকী খুজেং), করাঙ্গুলি (খুৎচা), উরু (ফৈগন), জানু ( খূকউ), জঙ্ঘ (খুবোম), চরণ (খোঙ্) অমসুং চরণাঙ্গুলি ( খোঙ্জা)।

অহুগা অখঙ্বশিংনা অমূকসু উপাঙ্গবু মখল কুনহুমদোই শুনা খাইদোকপা মত অমসু লৈ মহুদি--কেশ (শম), স্তন (খোম), ধর্মিল্ল (শম্বুন), ললাট (লাইপক), ভ্রূযুগ (পীশূম অনি), চক্ষু (মিৎ), নেত্রকোণ (মিৎনু, মিৎমৈ), দৃষ্টি (মিৎয়েং , তারা (মিৎনহা), শ্রুতি (নাকোঙ্), শঙ্খ (খৌরীচরম), গণ্ড (খজাই), হনু (চায়রুং) নাস (নাতোন), কপোল (চায়রুং), ওষ্ঠ (চীনবান), উদর (পূক), নিঃশ্বাস (স্বর হোন্দোক হোজিন), জিহ্বা (লৈয়েঙ), চিবুক খদাঙ), মুখ (চিন), মুখরাগ (মায়মিৎ তৈবা) গ্রীবা (ঙক) ॥

---

(১) সঙ্গীতদামোদরেতু ? (২) চরণৌ ? (৩) দশৈতানি ? (৪) ধম্মিল্লৌ ? (৫) ললাটো ? (৬) শঙ্খগণ্ডৌ ?

অথাঙ্গানি। তত্রাদৌ শিরমাহ—

ধুতং বিধুতমাধুতং(*…চ কম্পিতং।
আকম্পিতোদ্বাহিতে চ পরিবাহিতমঞ্চিতং ॥৪৯০
নিকুঞ্চিতং পরাবৃত্ত(১)মুৎক্ষিপ্তাধোমুখে তথা ॥
লোলিতং চেতি বিজ্ঞেয়ং (২)চতুর্ব্বিধং শিরঃ ॥৪৯১

(অথ) দামোদরো(৩)—

আকম্পিতং (কম্পিতং) চ ধুতং(৪)বিধুতমেব চ।
(৫)পরিবাহিতমবধুতমবধুতং তথাঞ্চিতং ॥৪৯২
নিকুঞ্চিতং পরাবৃত্তমুৎক্ষিপ্তং চাপ্যধোগতং।
(৬)লোলিত প্রকৃতি চেতি চতুর্দ্দশবিধং শিরঃ ॥৪৯৩
লক্ষণং বিনিপ্রতিষেগশ্চ(৭)যথোদ্দেশমুদীর্য্যতে।
ক্রমেণ শনকৈস্তির্য্যক্(৮)ধুতমুক্তং ধূতংশিরঃ ॥
প্রতিষেধহ্লিপ্সিতে চ বিষাদে বিস্ময়ে ভবেৎ ॥৪৯৪
ইতি ধুতং(৯)।

---

অহানবদা শির-গী মরম হায়রি। মসিগী মখল ১৪নি মতুদি—
ধূত, বিধূত, আধূত, অবধূত, কম্পিত, আকম্পিত, উদ্বাহিত, পরিবাহিত, অঞ্চিত, নিকুঞ্চিত, পরাবৃত্ত, উৎক্ষিপ্ত, অধোমুখ, অমসুং লোলিত ॥ ৪৯০-৯১

দামোদরদা হায়বা ১৪ গী মমিংদি—
আকম্পিত কম্পিত, ধূত, বিধূত, পরিবাহিত, আধুত, অবধূত, অঞ্চিত, নিকুঞ্চিত, পরাবৃত্ত, উৎক্ষিপ্ত, অধোগত, লোলিত অমসুং প্রকৃতি ॥৪৯২-৯৩

মথাদা মখোয় অসিগী শীজিন্নবগী লক্ষণ তাকলি—
ধূত—তপ্পা তপ্পা কোক অমুম লৈববু 'ধূত' কৌই। করিগুম্বা অঈবু থিংবা অমদি খাম্বদা, হৈনদবা উৎপদা, থব্বায় রাবদা, অমদি অঙকপা ফংবদা মসিবু অভিনয় তৌগনি ॥৪৯৪

---

(*) অবধূতং? (১) পরাবৃত্ত? (২) চতুর্দ্দশবিধ? (৩) দামোদরে?
(৪) ধুতং? (৫) পরিবাহিতমাধূতমবধূতং? (৬) লোলিতং প্রকৃতঞ্চেতি?
(৭) বিনিয়োগশ্চ? (৮) ধুতমুক্তং? (৯) ধূতং?

বিধুতমেব তু বেজ্ঞেয়মণাভিধূতং শিরঃ ॥
শীতার্ত্তে জ্বরিতে ভীতে সদ্যঃ পিতাসবে(১)ঽপি চ ॥৪৯৫
(ইতি) বিধুতং
আধূতঞ্চ সকৃত্তির্য্যগুন্নীতং(২)শিরঃ(ঃ)স্মৃতং।
গর্ব্বেণ স্বাঙ্গবিক্ষায়াং পার্শ্বস্থোর্দ্ধ নিরিক্ষণে(৩) ॥৪৯৬
শক্তোঽস্মীত্যভিমানে চ যোজ্যমঙ্গী কৃতাবপি ॥৪৯৭
(ইতি) আধূতং।
যদধঃ সকৃদানীতমবধূতং তদুচ্যতে।
স্থিত্যর্থদেশ-নির্দ্দেশে আলাপাদানয়োরপি ॥
উপবিষ্টাঅনিত্রায়াং সংজ্ঞায়াং চ প্রযুজ্যতে ॥৪৯৮
(ইতি) অবধূতং
বহুশঃ শীর্ঘমূর্দ্ধাধঃ(৪)কম্পনা কম্পিতং শিরঃ।
জ্ঞানেভ্যপগমে(৫)রোষে বিতর্কে তর্জ্জনে ভবেৎ ॥৪৯৯
(ইতি) কম্পিতং।

---

বিধুত—কোক থুনা লৈববু 'বিধুত' কৌই ॥ অঙ্গৈংবনা লাক-হৎলবদা, অরুম হৌবদা, অকিবা ফংবদা অমদি মযাই-কাবা পোৎ হেক থকচিনবমক্তদা শীজিন্নগনি ॥৪৯৫

আধুত—কোক পৈ-না মথক্তা হাইগৎপবু 'আধুত' কৌই। মশাগী নাপল উৎপদা, নাক-ওইননা লৈবা মথক্কা পোৎ য়েংবদা, মপাঙ্গল উত্তুনা লেম্নবদা অমদি রাশক চেৎপা উৎপদা অভিনয় তৌগনি ॥

অবধুত—মথাদা কোক অমুক্তং হাইথববু 'অবধুত' কৌই। করিগুম্বা পোৎ অমা ( মফম চানা ) থম্নবা মফম তাকপদা, রা ঙাঙ্নবদা, পোৎ লৌবদা, ফম্না ফম্না উইবা মতমদা অমস্তুং জ্ঞান তারকপদা উৎকনি।

কম্পিত—হন্না হন্না থক-থাদা কোক হাইববু 'কম্পিত' কৌই। খঙ্বদা, য়াবদা, অশাউবদা, মরৈ য়েৎনবদা অমস্তুং চৈবা থাংবদা অভিনয় তৌগনি ॥৪৯৬-৪৯৯

---

(১) পাতাসবে—পাঠ (২) সকৃত্তীর্য্যগুর্দ্ধনীতং ? (৩) নিরীক্ষণে ?
(৪) শীঘ্রমূর্দ্ধাঽধঃ ? (৫) জ্ঞানেঽভ্যুপগমে ?

(কম্পিতং)ধিঃ প্রযুক্তং চেত্তদাকম্পিতং ভবেৎ।
পুরম্বরম্ভ নির্দেশে চিত্তার্থ প্রকাশনে ॥৫০০
(ইতি) আকম্পিতং।
সকৃদূর্দ্ধং শিরো নীত ( মুদ্বাহিত ) মিতীরিতং।
শক্তোঽহমিহকার্য্যস্মিত্যভিমানে(১)প্রযুজ্যতে ॥৫০১
ইতি উদ্বাহিতং।
শিরসো মণ্ডলাকারভ্রমণাৎ পরিবাহিতং।
বিচারে বিস্ময়ে হর্ষেস্মিতে ক্রোধহনুমোদনে(২) ॥৫০২
ইতি পরিবাহিতং।
কিঞ্চিৎ পার্শ্বনতঃ গ্রীবং জ্ঞেয়ং মস্তকমঞ্চিতং(৩)।
রুক্চিন্তমোহমূর্চ্ছাসু(৪)তৎকার্য্যং হনুধারণে(৫) ॥৫০৩
(৬)হনুধারণংতু শিরোমণৌ দৃশ্যতে।
(ইতি) অঞ্চিতং।

---

আকম্পিত—তপ্না তপ্না থক্-খাদা কোক অনিরক্তং হাইবৰু 'আকম্পিত' কৌই। মাঙ্গী পোৎ উৎপদা অমদি থম্মোইনুংগী পোৎ ফোংদোকপদা মসি অভিনয় তৌগনি ॥৫০০

উদ্বাহিত—মথকলোমদা অমুক্তং কোক হাইগৎপৰু 'উদ্বাহিতশির' হায়না কৌই। থবক অসি ঐনা তৌবা ওম্মী হায়বসি নাপলগা লোয়ননা উৎপদা মসিনা অভিনয় তৌগনি ॥৫০১

পরিবাহিত—কোযনা কোক হাইবৰু 'পরিবাহিত' কৌই। মসি বিচার তৌবদা, অঙকপদা, হরাউহনা নোকপদা, শাউবদা অমদি অমনা তৌবা থবক অহুদা য়াবা উৎপদা শীজিন্নগনি ॥৫০২

অঞ্চিত - লেংজুমলোমদা নকশিন্না কোক হাইথবৰু 'অঞ্চিত' হায়না কৌই। অনাবা, রাখল, শুন্দ্রৎপা, রাম্বৰা অসিনচিংবদা অমদি মখোয় অসিগী মতৌ খনবদা অভিনয় তৌগনি ॥৫০৩

---

(১) কার্য্যেঽস্মীত্যভিমানে ? (২) ক্রোধোঽনুমোদনে ? (৩) মঞ্চিতং ? (৪) রুক্চিন্তামোহমূর্চ্ছাসু ? (৫) তৎকার্য্যস্তাম্নুধারণে ? (৬) অনুধারনস্ত
— পাঠঃ

উৎক্ষিপ্য বাহুশিখর(ং)মগ্রীবং নিকুঞ্চিতং।
বিলাসে ললিতে গর্ব্ববিব্বোকে(১)কিলকিঞ্চিতে।
মোট্টায়িতে কুট্টমিতে মানে স্তম্ভে চ তদ্ভবেৎ ॥৫০৪
বিলাসাদিকং তু অলঙ্কার-শাস্ত্রে প্রসিদ্ধং।
(ইতি) নিকুঞ্চিতং।
পরাংমুখীকৃতং(২)শীর্ষং পরাবৃত্তমিতীরিতং।
তৎকার্য্যং বেগপলজ্জাদি কৃতে বক্ত্রাপসারিণে(৩)।
পরাবৃত্তানুকরণে পৃষ্ঠতঃ পেক্ষণে(৪)তথা ॥৫০৫
(ইতি) পরাবৃত্তং।
ঊর্দ্ধং বক্ত্রং শিরোজ্ঞেয়মুৎক্ষিপ্তং তত্র(৫)প্রযুজ্যতে।
দর্শনে তুঙ্গবস্তূনাং চন্দ্রাদি ব্যোমগামিনাং ॥৫০৬
ইতি উৎক্ষিপ্তং

---

নিকুঞ্চিত— লেংজুম রাংখৎলগা গুক থুপচিনবদা ওইবা কোক্কী মওঙবু 'নিকুঞ্চিত' কৌই। মসি কেৰা মৌবদা, শৃঙ্গারগী মতৌ উৎপদা, নাপল তৌবদা, মুংশি মুংওনগী থবক্তা মপুরোয়ৰবু শাউহনা ওইনবা মত্রগা মানা পীবা পোৎ লৎনবদা, কিলকিঞ্চিত ভাব উৎপদা (কিলকিঞ্চিত—হরাউবদগী পোক্লকপা নাপল, অভিলাষ, কপ্পা, নোকপা, কক্লকপা, অক্বিবা, অশাউবা মখল তরেৎ অসিনা মতম অমত্তদা ফোংদোক্লবদি মদূবু 'কিলকিঞ্চিত' কৌই) মুংশিবগী রাখন্দা অমদি মাগী পাউ তাবদা ঈখৌ-লাংবা মতৌ তৌরকপদা, ওইনবদা অমদি লেঙবা ওৎপা ঙমত্রবদা মসি অভিনয় তৌনৈ ॥৫০৪

পরাবৃত্ত— তুংদা নৈথোকপা কোকপু 'পরাবৃত্ত' কৌই। শাউবা অমদি ঈকাইবনচিংবনা মায় নৈথোকপদা, চৎথোক লাপথোকপ্রবা পোৎকী মওঙ উৎপদা অমদি তুংহন্না য়েংবদা মসি শীজিন্নৈ ॥৫০৫

উৎক্ষিপ্ত—মথক্তা মায় ওনখৎপদা ওইরিবা কোক্কী মওঙ অদুবু 'উৎক্ষিপ্ত' হায়না কৌই। অৱাংবা আতিয়াদা থোকপা থা-থৱান্মীচাকনচিংবা য়েংবদা মসি শীজিন্নৈ ॥৫০৬

---

(১) গর্ব্বেবিব্বোকে—পাঠঃ (২) পরাঙ্মুখীকৃতং ? (৩) কোপ লজ্জাদিকৃতে বক্ত্রাপসারিণে ? (৪) প্রেক্ষণে ? (৫) তৎ—পাঠঃ

লজ্জা দুঃখ-প্রণামেষু স্যাদ্যথার্থমধোমুখং ॥৫০৭
(ইতি) অধোমুখং।
শিরঃ স্যাল্লোলিতং মন্দং সর্বত্র .... লোলনাৎ।
নিদ্রাগদ গ্রহাবেশ মদ মূর্চ্ছাসু তন্মতং ॥৫০৮
(ইতি) লোলিতং।
কিঞ্চ—
সমা পারাতি কিংতির্য্যকৃষ্কন্ধানতম তোন্নতে(১)।
(২)পর্শ্বাভিমুখমিত্যাস্তুতে তাল্ পক্ষপরে জগুঃ ॥৫০৯
এমুচ্যতে সমংতুক্তান্তর্গতি স্থান(৩)চাপরে।
নির্বিকারং স্বভাবস্থং শিরঃ সমমুদীর্য্যতে ॥
তচ্চ পুজা-জপ-ধ্যান স্বামি সেবাদিষু স্মৃতং ॥৫১০
ইতি শির(ঃ)।
অথাংসৌ—
একোচ্চৌ কর্ণলগ্নৌ চোচ্ছ্রিতৌ স্রস্তৌ চ লোলিতৌ।
ইত্যুক্তৌ পঞ্চধা স্কন্ধৌ নাট্যৈর্ব ব্যক্ত লক্ষণৌ ॥৫১১
একোচ্চৌ কথিতৌ স্কন্ধৌ মুষ্টকস্তু(১)প্রহারয়োঃ॥৫১২
(ইতি) একোচ্চৌ।
অন্যেষাং লক্ষণং (লো)কং।

---

অধোমুখ—মায নোস্থবদা ওইবা কোকপু (কোক নোনবা) 'অধোমুখ' কৌই। ঈকাইবা, অরাবা, খুরুম্বা উৎপদা মসি শীজিন্নে ॥৫০৭

লোলিত—তপ্না তপ্না মায়কৈ পুন্নমক্না কোক হাইববু 'লোলিত' কৌই। মসি অতুম্বা, অনাবা, গ্রহনা চাবা, ময়াইকাব্বা পোৎ অমদি মূর্ছা ওইবা উৎপদা অভিনয় তৌগনি ॥৫০৮

অমুগা—

করিগুম্বা বিকার অমত্তা যাওদনা ফিবম করিসু হোংদনা চুম্না লৈবা কোকপু 'সম-শির' হায়না কৌই। পূজা, জপ, ধ্যান অমদি মপুরোইবাগী সেবাদা অভিনয় তৌগনি ॥৫০৯-৫১০

কোক্কী মখল তাকপা লোইরে।

অংস—(লেংজুম)

লেংজুমগী অভিনয মখল মঙানি মত্থদি—একোচ্চ, কর্ণলগ্ন, উচ্ছ্রিত, স্রস্ত অমসুং লোলিত।

একোচ্চ—লেংজুম নামথক শূপকংপবু 'একোচ্চ' কৌই। মসিবু খুত্থম অমদি কুস্ত (খুৎলাই মখল অমা) না থাবদা অভিনয় তৌগনি অতৈগী লক্ষণশিংদি হায়ব্রে ॥৫১১-১২

---

(১) কিংতির্য্যোকরস্কন্ধানতোন্নতে? (২) পার্শ্বভিমুখমিত্যন্তে তেতান্ পক্ষাপরে? (৩) স্থান? (৪) মুষ্টিকুন্ত?

অথ উরঃ—

আবকঃ সমমাভুগ্নংনির্ভুগ্নং চ প্রকম্পিতং।
উদ্বাহিতং পঞ্চধেতি তেষাং লক্ষাভিধীয়তে ॥৫১৩
সৌষ্ঠ(১)বাধিষ্ঠিতং বক্ষঃ চতুরস্রাঙ্গ(২)সংশ্রয়ং।
প্রকৃতিস্থং(৩)সমং প্রাহুঃ স্বভাবাভিনয়ে সমং ॥৫১৪
(ইতি সমং)
নিম্নং শিথিলমাভুগ্নং বক্ষঃ স্যাদ্দর্প-লজ্জয়োঃ ॥৫১৫
(শঙ্কিত-শল্যয়োঃ শোকে মূর্চ্ছাভী-সম্ভ্রমেষু চ।
কার্য্যং ব্যাধৌ বিষাদে চ প্রুতে শঙ্কর-কিঙ্করঃ ॥
(ইতি আভুগ্নং)

অথ পার্শ্বং

বিবর্ত্তিতং চাপসূত্র(৪)প্রসারিতমথোন্নতং(১)
উন্নতংচেতি সংচক্রুঃ পার্শ্বং পঞ্চবিধং বুধাঃ ॥৫১৬

---

উরঃ—(থবাক)

থবাক্কী অভিনয় মখল মঙা শুই মচুদি—সম, আভুগ্ন, নির্ভুগ্ন, প্রকম্পিত, উদ্বাহিত ॥৫১৩

সম—নীংথিবা ফজবা, মপূং মরৈ ফাবা অমদি মশাগী ফিবম কারদনা লৈবা থবাকপু 'সম উর' হায়না কৌই ॥৫১৪

আভুগ্ন—হিকথবা, নোত্তক তৌবা কন্দোক্তবা থবাকপু 'আভুগ্ন' কৌই ॥৫১৫

মসি হন্নাউবদা, ঈকাইবদা চিন্দা শি (ইস্) হায়বদা, তেন্না থাবদা, থন্নায় রাবদা রান্থবদা, অকিবদা, ঈকাইখুম্নবদা, লায়থুং থুংবা উৎপদা অমসুং সুংনাঙবা উৎপদা অভিনয তৌগনি ॥

হুজীক পার্শ্বগী মরম হায়রি—

পার্শ্ব মখল মঙানি মচুদি—বিবর্ত্তিত, চাপসূত্র, প্রসারিত, নত অমসুং উন্নত।

---

(১) সৌষ্ঠ ? (২) চতুরস্রাঙ্গ ? (৩)প্রকৃতিস্থং ? (৪) মথো নতং ?

বিবর্ত্তনাৎ ত্রিকস্য(১) (পৃষ্টবংশ্যা(২)ধরেতু ত্রিকং)স্যাৎপরাবৃত্তে
বিবর্ত্তিতং ॥৫১৭ (ইতি) বিবর্ত্তিতং । (৩)নোক্তমেষোমাং লক্ষণং

## অথ হস্তঃ

অসংযুতাঃ সংযুতাশ্চ নৃত্যহস্তা ইতি ত্রিধা ।
হস্তকা(ঃ)কথিতাস্তজ্‌জ্ঞৈঃ সামান্যা নৃত্য-ভদতঃ(৪) ॥৫১৮

দামোদরে—

অসংযুতা কিয়ন্তাপি(৫)কিয়ন্তঃ সংযুত(৬)পরে ।
নৃত্যহস্তা(ঃ)কিয়ন্তস্তবিথং(৭)হস্তাস্ত্রিধা মতাঃ ॥৫১৯
হস্তেনৌকেন(৮)কর্ম্মাণি যোষাং(৯)তে স্যুরসংযুতাঃ ।
যেষাং হস্তদ্বয়েনৈব কর্ম্মাণি তে তু সংযুতাঃ ॥৫২০
নৃত্যমাত্রস্থিতা যে তু ন কিঞ্চিৎ বস্তুবাচিনঃ ।
অঙ্গহারেণ সহিতা নৃত্যহস্তাস্তু তে মতাঃ ॥৫২১
উত্তান পার্শ্বগশ্চৈব তথাধোমুখ এব চ ।
হস্ত প্রচার ত্রিবিধা(১০)ভরতেন প্রকীর্ত্তিতঃ ॥৫২২

---

বিবর্ত্তিত—য়াঙলেন-শরূ মখাবু কোয়না লৈরবদি মদুবু 'বিবর্ত্তিত' পার্শ্ব' হাযনা কৌই ॥ মসিদি হল্লকপা (প্রত্যাবর্ত্তন) খঙনবদা উৎকনি ॥৫১৭

অতৈ লক্ষণদি হায়দ্রে ।

হুজীকৃ হস্তগী মবম হায়রি ।

হস্ত মখল অহুম্নি—অসংযুত, সংযুত, নৃত্যহস্ত । খুৎ নামগী থবকপু 'অসংযুত', অনিগী থবকপুনা 'সংযুত-হস্ত' কৌই ॥৫১৯-২০

করিগুম্বা পোৎ-চৈনচিংবা অমত্তবু খঙহনবা নত্তবা জগোইতদা শীজিন্নবা, অঙ্গাভিনয়দা য়াওবা অদুবু 'নৃত্য-হস্ত' কৌই । মসি মখল অহুমনি—উত্তান (ল ?) পার্শ্বগ অমসুং অধোমুখ ॥৫২১-২২

---

(১) ত্রিকস্য ? (২) পৃষ্টবংশাধরে ত্রিকমিতি ? (৩) নোক্তমস্তেষাং ?
(৪) ভেদতঃ ? (৫) কিয়ন্তোঽপি ? (৬) সংযুতাঃ ? (৭) কিয়ন্তঃ স্যুরিত্থং ?
(৮) হস্তেনৈকেন ? (৯) যেষাং ? (১০) হস্তসঞ্চারস্ত্রিবিধো ?

কিঞ্চ—

উত্তানোধস্তলঃ পার্শ্বতলো(হো)স্তোঽগ্রতস্তল(ঃ)।
স্বসমুখ্যাতলশ্চোর্দ্ধমুখোঽধোবদনস্তথা ॥৫২৩
পরাঙ্মুখ সম্মুখশ্চ হস্তোঽস্তঃ পার্শ্বতোমুখঃ।
ঊর্দ্ধগোঽধোগতঃ পার্শ্বগতো হস্তস্তিরগতঃ(১) ॥৫২৪
সম্মুখাগত ইত্যাহুর্হস্তান্ পঞ্চদশপরে(২)।
পঞ্চবেত্যপরে প্রাহুস্তে ত্বত্রান্তর্ভবন্তি হি ॥৫২৫

তত্র ক্রমপ্রাপ্তা সংযুতানাহ—

পতাকস্ত্রিপতাকোঽর্দ্ধচন্দ্রাখ্য(ঃ)কর্ত্তরীমুখঃ।
(৩)অরা মুষ্টি শিখর কপিথ খটকামুখাঃ ॥৫২৬
শুকতুণ্ডঃ কাঙ্গুলশ্চ পদ্মকোষোঽ পল্লাব(৪)
সচীমুখঃ(৫)সর্পশিরাশ্চতুরো মৃগশীর্ষকঃ ॥৫২৭
হসাস্ত(৬)হংসপক্ষাশ্চ ভ্রমরো মুকুলস্তথা।
ঊর্ণনাভশ্চ সংদংশ(৭)স্তাম্রচূড়োঽপরঃ করঃ ॥
অমী অসংযুতা হস্তা(৮)চতুর্বিংশতি(৯)রীরিতাঃ ॥৫২৮

---

কনাগুম্বনদি মসিগী মখল ১৫ গুনা খায়দোকই মহুদি—উত্তান, অধস্তল, পার্শ্বতল, অগ্রতস্তল, স্বসমুখ্যাতল, ঊর্দ্ধমুখ, অধোবদন, পরাঙমুখ, সম্মুখ, পার্শ্বতোমুখ, ঊর্দ্ধগ, অধোগত, পার্শ্বগত, তিরীগত অমসুং সম্মুখাগত ॥

কনা অমনা অমুক মসিগী মন্নুংদা মপ্তাখক্তনি হায়না লৌখৎলি ॥৫২৩-২৫

হৌজিক অসংযুতগী মখল হায়রি—

অসংযুত হস্ত মখল ২৪নি মহুদি—

পতাক, ত্রিপতাক, অর্দ্ধচন্দ্র, কর্ত্তরীমুখ, অরাল, মুষ্টি, শিখর, কপিথ, খটকামুখ, শুকতুণ্ড, কাঙ্গুল, পদ্মকোষ, পল্লব, সূচীমুখ, সর্পশির, চতুর, মৃগশীর্ষ, হংসাস্য, হংসপক্ষ, ভ্রমর, মুকুল, ঊর্ণনাভ সন্দংশ, তাম্রচূড়, মখোয় অসিনি ॥৫২৬-২৮

---

(১) হস্তস্তিরীগতঃ—পাঠ (২) পঞ্চদশা পরে ? (৩) অরালমুষ্টি ? (৪) পদ্মকোষোঽথ পল্লবঃ ? (৫) সূচীমুখঃ ? (৬) হংসাস্য ? (৭) সন্দংশ ? (৮) হস্তা ? (৯) চতুর্বিংশতি ?

উপধানঃ সিংহমুখঃ কদম্বস্ত নিকুঞ্চকাঃ ১) ।
অসংযুতেষু চতুরোঽপিকালেতান্(২)পরে স্তুতঃ ॥৫২৯
ত্রিংশদ্দামোদ-রনোক্তা অস্মি( ? )হস্তা অসংযুতাঃ ।
অসংযুতা অর্থবাদেতে(৩)স্যুঃ সংযুতা অপি ॥৫৩০

( অথ হস্তপ্রয়োগাঃ )

কিঞ্চ—

পতাক-প্রকৃতিস্তেন বহু হস্তা ভবেত্যতঃ(৪)
বিনিয়োগ বহুত্বাচ্চ প্রথমং স নিগদ্যতে ॥৫৩১
অঙ্গুষ্ঠো যস্য বক্রঃসন্ তর্জ্জনীমূল সংশ্রিতঃ ।
শ্লিষ্টাঙ্গুলয়ঃ শ্লিষ্টা(৫)স পতাক ইতি স্মৃতঃ ॥৫৩২
এষ স্পর্শে চপেটে চ পটাকা(৬)তালিকাদিষু(৭) ।
জ্বালাস্বর্দ্ধগতাস্তস্যাঙ্গুল্যঃ(৮)প্রবিরলাশ্চলাঃ ॥৫৩৩
ধারা স্বাধা(৯) (গতা)পক্ষিপক্ষে তস্য কটিস্থিতিঃ ।
উর্দ্ধং গচ্ছন্ন চ্ছিদ্রেষু পুষ্কর-গ্রহণেষ্বধঃ ॥৫৩৪

---

উপধান, সিংহমুখ, কদম্ব, নিকুঞ্চক' মরি অসিবুস্থ অসংযুত-তগী মমুং চলহনবা য়াওই। অতুগা দামোদরনদি অসংযুতা অসি মথল ৩০নি হায়। কান্নবা মতুং ইন্না অসংযুত অসিনা সংযুত ওইনবস্থ য়াই ॥৫২৯-৩০

হস্তগী শীজিন্নফম হায়রি—

মহৌশানা ওইবা মওঙ্দা 'পতাক হস্ত'না খুৎ অয়াম্বা থোক্লকপনা অতুগা মসিগী শীজিন্নবা মওঙ্স্থ য়াম্বনা অহানবদা 'পতাক'-হস্তগী রা হাযরি ॥৫৩১

পতাক—খুৎপীনা খুদোম্বী মরুশোক্লা খোয়জিন্দুনা লৈরগা খুৎচা অতৈনা চপতিনা লৈবা খুৎথম অদুবু 'পতাক' হযনা কৌই ॥৫৩২

পতাকাগী শীজিন্নফমদি—

পোৎ শোকপদা, খুপাকনা থাবদা, ফিরান উংপদা অমদি তাল থাবদা, মৈরি উংপদা খুৎচা পুম্নমক মচা তাহন্না মথক ওনখৎনা অস্নম নীকনি। নোংতাবা, ঈশিং ঈচেন নক্লগা মথাদা চেনথরকপা মহী

---

(১) নিকুঞ্চকঃ—পাঠ (২) চতুরোঽধিকানেতান্ ? (৩) অর্থবশাদেতে ?
(৪) পতাক-প্রকৃতিস্তেন বহুহস্তো ভবেত্ততঃ ? (৫) শিষ্টাঃ ? (৬) পতাকা ?
(৭) তালিকাদিষু ? (৮) প্রবিরলাশ্চলাঃ ? (৯) ধারাস্বধো ?

ঊর্দ্ধং গচ্ছন্ কটিক্ষেত্রাৎ উৎপোতিনয়ে(১)করঃ।
অভিমুখ্যে(২)মুখক্ষেত্র(ত্রা)গচ্ছংস্তিস্য পার্শ্বতঃ ॥৫৩৫
কক্ষ্যঃ পার্শ্বে নিষে(৩)চ পার্শ্ব(৪)বিভঞ্জনে পৃথক্।
পটাকচ(৫)শনৈর্ধর্ষোৎমর্দ্দনে মার্জনে তথা ॥৫৩৬
শিলাদিস্থূলবস্তুনাং ধারণোৎপাটনাদিষু।
(৬)উচ্ছ্রিতৌ(বিচ্যুতৌ)কার্য্যবেতাবস্তোনসম্মুখৌ(৭) ॥৫৩৭
অধোগতোচ্ছ্রিত-তলাঙ্গুলি বায়ুর্ম্মিবেগয়োঃ।
(৮)সরপল্লনির্দ্দেশে স্বস্তিকীভূয় বিচ্যুতৌ ॥৫৩৮

---

শাঙ্বা পোৎ উৎপদা খুৎচাশিং অহু মখা ওনথহুনা নিক্তুনা মখাদা পুথরক্কনি। উচেক মশা তাকপদা পতাকা হস্তবু খ্বাঙ্ মপাদা উপনা থমগনি। মথক্তা লৈবা পোৎ উৎপদা খুৎ অসি থাংগৎকনি অহুগা পুক্কর কৌবা বাত্তযন্ত্র ( মমায় অহুম পানবা থায়নগী পুং মখল অমা নাঃ শাঃ সংগ্রহ) অহু পায়বদনা মখাদা পুগনি। করিগুম্বা পোৎ অমবু থাংঙৎপা নত্রগা মথক্তা লংখৎপদা পতাকাবু খ্বাঙ্ মপাদগী থাংগৎকনি। কনাগুম্বগা নত্রগা করিগুম্বা পোৎ অমগা মায়োক্নবা উৎপদনা নাকন্দগী মাথ মপা ফাওবা খুৎ পুখৎলক্কনি। খাম্বা খঙহনবদা মসি নাকন্দা পুথোক্তুনা নীক্কনি ( হাইগনি ) অমদি অনি থোক্না খাইদোকপদদি মসি নীকপগী মওঙ্ তোঙাম্নে। তকপা নানবদা ( ন্নাই তৈবনচিংবদা ) পতাকাহস্তবু তপ্না তপ্না হন্না হন্না নৈগনি ॥৫৩৫-৩৬

নুংনচিংবা অকনবা পোৎ থাংগত্তুনা পুবদা, থাংদোকপদা পতাকহস্ত অনি ওনশিন্নহুনা থবক থবক্কী ওইনা লাপ্না ন্নাংনা পুখৎপা অমদি পুথবনচিংবা তৌগনি।

মুংশিৎ শিৎপা অমদি ঈথক ইপোম হোৌবা উৎপদা খুৎ অসিবু মথারোমদগী থাঙ্গৎ থাঙ্গৎনা খুৎচাশিং অহু নীক্কনি। অহুগা অপীকপা পুগ্রী খঙ্হনবদনা খুৎ অনিনা স্বস্তিক শাক্নরগা (খুবাক অনিমক কান্নন চল্লুরগা) অমুক খাইদোক্নগনি ॥৫৩৭-৩৮

---

(১) উৎক্ষেপাভিনয়ে ? (২ আভিমুখ্যে ? (৩) নিষেধে ? (৪) পার্শ্বে ? (৫) পতাকং ? (৬) উচ্চিতৌ ? (৭) বক্ত্রোন্যসম্মুখৌ ? (৮) সরপল্লব-নির্দ্দেশে ?

(১)কার্য্যো পতাকো বিশ্লিষ স্বস্তিকাকারতাং গতৌ।
বেদনে গোপনাদর্শ-বাচনে শ্রোতৃকেষু চ ॥৫৩৯
অধোমুখোত্তালতলৌ হস্তৌ কিঞ্চি প্রসারিতৌ(২)।
কৃত্বা প্রদর্শয়েদেলাং বিলং শ্রোতং গুহাং(৩)গুহাং ॥৫৪০
যদ্যপি নির্বিশেষেণ হস্তপ্রয়োগা উক্তাঃ তথাপি
লোকপ্রবৃত্তি মনুসৃত্যৈব(৪ প্রযুজ্যং। তদুক্তং—
লোকপ্রয়োগমুদ্বীক্ষ্য নাট্যগ্যমুপজ্ঞাব্য চ(৫)।
তত্তচ্চেষ্টানুসারেণ হস্তকান্ সংপ্রয়োজয়েৎ ॥৫৪১
(৬)ঘর্ষণচ্ছেদনাদর্শ বিভাগাদৌ স্ফুটংহিতৎ ॥৫৪২
ইতি পতাকাঃ।
পতাকস্ত্রিপতাকঃ স্যাৎ বক্রিতা চেদনামিকা।
এষ দধ্যাদি মাঙ্গল্যস্ত্রব,স্পর্শে প্রযুজ্যতে ॥৫৪৩

---

গতি উৎপদা (অরাবা কোকপা, থবক পাংথোকপা) স্বস্তিক ওইনা লৈরুবা পতাক অনিবু খাইদোকনি। ককথৎপদা অরোনবা রা হায়বদা অমদি মুথৎপদা পতাকাবু উপনা উপনা অতুগা 'উত্তালতল' ওইবা (রাংনা থাঙ্গৎলুরবা পতাকহস্ত অনিনা থরা ফাক্তোক্লরগা মুমিৎ থেঙবা ঙনবা, পাং, খুঙ্গঙ্, যুম, অমদি গুহা উৎকনি ॥৫৩৯-৪০

মপুংফানা হস্তগী শীজিন্নফম পুম্নমক ফনা তান্নবা ওইতুনস্তু (মফম মফমগী) মীশিংনা শীজিন্নবা মশাগী মওঙ্ অতুন্না খুৎ শীজিন্নতুনা অভিনয় তৌগদবনি। শাস্ত্রনস্তু মতুমক ৩ৌ হায়বি মতুদি—

মফম মফমগী মীনা শীজিন্নবা মতুংইন্না অমস্তুং নাট্যগী হৌনবী অঙ্গশিংগী মতুংইন্না অমদি থবক থবক অতুগী মতুংইন্না খুৎকী মওঙ্ পাঙথোকদবনি"। তকপা,"ককপা খাইদোকপনচিংবা উৎপদা খুৎকী মওঙ্ শেংনা শেংনা তাকদবনি ॥৫৪১-৪২

পতাকাগী শীজিন্নফম তাকপা লেইরে ॥

ত্রিপতাক হস্ত—পতাকহস্তগী খুৎথমদা তিংনা লৈরিবা খুৎচাশিংগী মরক্তা খুৎনিংথৌ অতু কোনশিন্নবদি মদূবু 'ত্রিপতাক-হস্ত' হায়না কৌই। মসি শঙ্গোম অফম্বনচিংবা মঙ্গলগী ওইবা পোৎ শোকপদা শীজিন্নগনি ॥৫৪৩

---

(১) কার্য্যৌ পতাকৌ বিশ্লিষ্য স্বস্তিকাকারতাং? (২) হস্তৌ কিঞ্চিং প্রসারিতৌ? (৩) গুহং? (৪ প্রযোজ্যম্—পাঠ (৫) নাট্যাজ্যমুপজীব্য চ? (৬)ঘর্ষণচ্ছেদনাদর্শ?

পরাঙ্মুখঃ স্যাদাহ্বানে(১)লব্ধাঙ্গুলি-কুঞ্চনাৎ।
কর্ত্তব্যসৌ(২)পার্শ্বতলো(৩)নমস্কারে শিরোগতঃ ॥৫৪৪
অগ্রে তর্জ্জনে তস্মাদধো জাত্তিমনামিকাং(৪)।
নেত্রক্ষেত্রগতাং বিভ্রত্তিলকে(৫)তু ললাটগাং ॥৫৪৫
সমুত্তানাঙ্গুলিযুগো(৬)বদনোন্নমনে ভবেৎ।
সন্দেহেঽঙ্গুলিযুগ্মস্তু ক্রমাৎকার্য্যং নতোন্নতং ॥৫৪৬
বহিঃ ক্ষিপ্তাঙ্গুলিস্তম্বোঽধস্তলোঽনাদরোজ্ঝিতে।
মূর্দ্ধ্নিস্তথোমুখঃ কার্য্যো ভ্রমন্নুষ্ণীষ ধারণে ॥৫৪৭
তাদৃশো মস্তকাদূর্দ্ধে কার্য্যো মুকুট ধারণে।
পক্ষিস্রোতোঽনিলেমূর্দ্ধমধস্তির্য্যক্(৭)ব্রজন্ ক্রমাৎ ॥৫৪৮
কটিক্ষেত্রগতো বিভ্রৎ অধোমুখচলাঙ্গুলী।
অলকস্থাপনয়নে ললাটাদলকাশ্রিতঃ ॥৫৪৯

---

কনাগুম্বা মী অমবু কৌবদা খুবাক মপান্দা ওন্থোক্লগা নপ্পনা লৈরিবা খুৎচা অনিমক (খুদোম্বী খুৎয়ায়) কোনশিনগনি ॥

কনাগুম্বা অমবু খুকুম্বদা মসি (ত্রিপতাক) কোক্তা থমগনি, খুবাক্লা নাকন্দা ওম্থোক্কনি।

খুৎলাই উৎপা অমদি মদুবু শেংদোকপা উৎপদা খুৎনিংথৌনা মথা ওন্থরগা উংকনি। অদুগা লাইপক্তা চন্দন থিনবদনা মসি মিং মপাদা ওনশিন্দুনা উংকনি।

অতোপ্পা অমগী মমায থাঙ্গৎপদা খুৎচা অনিমক মথক্তা চপ তিংনা লৈগনি।

করিংম্বা চিংনবা অমা উৎপদা তিংথোকলবা খুৎচা অনি অদু অমুক তিংথোক, অমুক কোনসিন তৌগনি।

কনাগুম্বা অমবু থৌশাদবা উৎপা অমদি করিগুম্বা অমা লংথোকথিবা উৎপদা কোনশিল্লম্বা খুৎচা অনিমক তিংথোক্লগা খুবাকসু উপাথগনি।

---

(১) লগ্নাঙ্গুলি ? (২) কর্ত্তব্যোঽসৌ ? (৩) পার্শ্বতলে ? (৪) যাত্তিমনামিকাং ? (৫) বিভ্রত্তিলকে ? (৬) বদনোন্নমনে ? (৭) পক্ষিস্রোতোঽনিলেমূর্দ্ধমধস্তির্য্যগ্ ?

ঘূর্ণকে ঘূর্ণচলি(১)চ ঘূর্ণনক-প্রবন্ধেপি চ।
অঙ্গুলিভ্যাং ক্রমাৎ কুর্ব্বন্ নাসাস্থ শ্রোৎ(২)সংবৃতিঃ ॥৫৫০
উত্তানাধোমুখাস্তোক্তাঅসংশ্লিষ্টৌ(৩)বিবাহনে।
(৪)অধোমুখো-স্বস্তিকৌ তু তরুণাং পাদবন্দনে ॥৫৫১
অলপদ্মৌ স্বস্তিকৌ কার্য্যৌ বিচ্যুতৌ নৃপদর্শনে।
(৫)তির্য্যক্‌বিশিষ্ট-সবদ্ধৌ স্থাতাংতৌ গৃহদর্শনে ॥৫৫২
তপস্বা দর্শনে (৬)কার্য্যা (৭)বৃদ্ধো চাপি পরাঙ্মুখৌ।
পরস্পরস্থাভিমুখৌ কর্ত্তব্যো দ্বারদর্শনে(৮) ॥৫৫৩

---

কোয়েং নত্রগা যেৎপদা মসিবু কোক মপাদা খুৎাক মখা ওস্তনা উৎকনি। অহুগুম্না লুহুপ উপ্পদসু কোক্কী মথক্তা তৌগনি ॥

উচেক পাইবা, ঈচেল, হুংশি, উংপদা খুং অসিবু মথক মখাদা হাইগৎ হাইথ (তিংথোক তি শিন) তৌগনি অহুগা খুাঙ্ মপাদা মথং মথং পুরক্কনি।

শম হাংপা মতমদা ত্রিপতাকগী খুৎ অসিনা লাইপক্কগী অস্থুম কোকথক য়োনা পুখত্তুনা উংকনি ॥

মনম নমথীবা, যজদৰা রাঙাঙ্‌বা অমদি তানিদঙবা মখোল তাবদা পতাকগী খুৎকী খুদোম্বী অনিমক মথং মনাউ নাইনা নাতোন, মায় অমস্থুং নাকোঙদা খৎপগী মওঙ্ তৌগনি ॥৫৫০

ত্রিপতাক অনিনা অমনা লোংলগা অমনা উপ্তুনা লুহোঙবা উৎকনি অহুগা কারন চন্দুনা মখা ওস্থরগা গুরুবু খুরুম্বা উৎকনি ॥৫৫১

ত্রিপতাক অনিনা কারন চন্দুনা লাইপক্তা থন্নগা অমুক হাই-দেংক্ররকপনা নিংথৌবু উবদা তৌগনি অহুগা য়ুম উবগীনা হায়রিবা খু' অনি অসি কোনশিন্না অমগা অমগা মতোন শন্নহনগনি ॥৫৫২

তপস্বী উবদা খুৎপী অনিমক ওস্থোক্লনা নৈগনি।

---

(১) ঘূর্ণচলি? (২) নাসাস্যশ্রোত্র? (৩) শ্লিষ্টৌ? (৪) অধোমুখ? (৫) তির্য্যগ্‌বিশিষ্ট-সম্বদ্ধৌ? (৬) কার্য্যৌ? (৭) বৃদ্ধৌ? (৮) দ্বারদর্শনে?

স্থিরং নিতম্বাদস্কং(১)স বাপার্শ্বে ব্রজং তস্যাঃ(?) ।
(২)উত্তানোধোমুখৌ কার্য্যাবগ্রে বক্তস্য(৩)স স্মৃতৌ ॥৫৫৪
বড়বানল-মন্দ্রাণাং মকরাশ্চ(৪)দর্শনে ।
সম্মুখ-প্রসৃতাঙ্গুষ্ঠ(?)কার্য্যো বালেন্দুদর্শনে ॥৫৫৫
পরাঙ্মুখোহধোঙ্গুষ্ঠস্তু রথ-তচ্চক্রদর্শনে ॥৫৫৬
ইতি ত্রিপটাকঃ(৫) ॥

যস্যাঙ্গুল্যস্তু বিনতাঃ সহাঙ্গুষ্ঠেন চাপবৎ ।
অর্দ্ধচান্দ্রাকৃতি(৬)সোহয়মর্দ্ধচান্দ্রাভিধঃ(৭)করঃ ॥৫৫৭
অসৌ পরাঙ্মুখঃ খেদে কপোলং ক লকং দধৎ ।
অন্যোন্যসম্মুখৌ তির্য্যঙ্ মধ্যো মধ্যে তু সংযুতৌ ॥৫৫৮
তাটঙ্কে কর্ণগোলোকদৃষ্ট্যা-(৮)নিষ্কাসনে বলাৎ ।
কঙ্কণে মণিবন্ধঃস্থো(৯)মণ্ডকার(১০)মাপ্লুবৎ ॥৫৫৯

---

মশাগী নুপী উবা অমদি নুপীগী নীংজোন্দগীনা লেংজুম ফাওবা উৎপা তারবদি খুৎ অনিমক ওনশিন্নহুনা হকচাংগী ওযথংবা নাকল ফাওবা হাইথরক্নি ॥৫৫৩-৫৪

লম্মৈ চাকপা, কুম্ভীরনচিংবা, ঙা অসিনচিংবা উবদা খুৎ অনিমক অমনা লোংলগা অমনা উপনা থমহুনা মায় মপাদা লৈগনি ॥৫৫৪

পানখ লকপা কুইদ্রিবা থা উবদনা ত্রিপতাককী খুৎপী অহু মাঙ্দা হাইদোক্নি ॥৫৫৫

রথ অমসুং চাকা উবনা খুৎনম ওম্থোক্লগা খুৎপী অহু হাইথগনি ॥৫৫৬

ত্রিপতাক তাকপা লোইরে।

অর্দ্ধচন্দ্র খুৎপীগা খুদোন অতৈগা লীরুংগুম্না ফাক্তোক্লহুনা থা ম‌ংৎ মালহল্লবদি মহুবু 'অর্দ্ধচন্দ্র-হস্ত' কৌই ॥৫৫৭

পুক্লীং রাবা উৎপদা মসি লাইপকতা চায়রুংদা থমগনি। অমগা অমগ' মায়োক্নরগা মহৈ মহৈ মযাযগী শক্তক অনিনা কোম্থহুনা শম্নরবদি মহুনা নাইন-নচিংবা নাগী লৈতেং, নাকোঙ্, উৎপদা গোলোক উবদা অমদি নমহুনা করিগুম্বা অমা চিংথোকপদা পীজিম্লৈ ॥

খুজী উৎপদনা মসি খুজেংদা কোয়শিন্না পায়গনি ॥৫৫৮-৫৯

---

(১) নিতম্বাদাস্কঃ? (২) উত্তানাধোমুখৌ? (৩) বক্তস্য? (৪) মকরাণাঞ্চ? (৫) পতাকঃ? (৬) অর্দ্ধচন্দ্রাকৃতিঃ? (৭) সোহয়মর্দ্ধচন্দ্রাভিধঃ? (৮) কর্ণ গোলোক দৃষ্ট্যা? (৯) মণিবন্ধস্থা—পাঠ (১০) মণ্ডলাকার?

অসংযুতাবূৰ্দ্ধগতাবুখিতৌ বাঁলপাল্লবে।
শংখ(১)স্তু তৌ মুখান্তস্থৌ পুরতোঽভিমুখো(২)ঘটে ॥৫৬০
মেখলায়া কটিক্ষেত্রগতো স্তাতাং(৩)মধোমুখৌ ॥৫৬১
ইত্যৰ্দ্ধচন্দ্রঃ।

অন্তেষাং লক্ষণং বিস্তরভয়ান্নোক্তং।
ইত্যসংতহস্তা(৪)।

অথ ক্রমপ্রাপ্তং সংযুতমাহ—
অঞ্জলিশ্চ কপোতশ্চ কর্কটঃ স্বস্তিকস্তথা।
দোলপুষ্পপুটোসঙ্গ(৫)খটকা বৰ্দ্ধমানকাঃ ॥৫৬২
গজদন্তশ্চাবহিখো নিষধো মকরস্তথা।
বৰ্দ্ধমানশ্চেতি হস্তা সংযুতাঃ স্যুস্ত্রয়োদশঃ॥৫৬৩

---

উপাল মচা উৎপদা খুং অনি থাইদোক্লগা মথক্কা অস্থুম অস্থুম ৱাংখৎকনি। মোইবুং উৎপদনা মসি চীনবান্দা থমগনি অছুগা চক্ষু-নচিংবা উৎপদনা মাঙ্দা হকচাং ওনশিন্না লৈগনি ॥৫৬০

মেখলা (খ্বাঙ্লাকনচিংবা খ্বাঙ্গী লৈতেং) উ পদনা মসি মখা ওনথনা খ্বাঙ্দা পাযগনি।

অৰ্দ্ধচন্দ্র তাকপা লোইরে।

অতৈ অতৈ লক্ষণশিংদি চাউমনগদবনা হাযদ্রে।

অসংযুত হস্তগী মরমদি মসিনি।

হুক্টক সংযুত-হস্তগী মরম হাযরি

সংযুত-হস্ত মখল ১৩ নি মহুদি—

অঞ্জলি, কপোত, কৰ্কট, স্বস্তিক, দোলপুষ্পপুট, উৎসঙ্গ, খটক, বৰ্দ্ধমানক, গজদন্ত, অবহিত্থ, নিষধ, মকর, বৰ্দ্ধমান—অসিনি ॥৫৬২-৬৩

---

(১) শঙ্খে ? (২) হভিমুখৌ—পাঠঃ (৩) স্তাতামধোমুখৌ ? (৪) ইত্য সংযুতহস্তাঃ ? (৫) পুষ্পপুটোৎসঙ্গ ?

পতাকহস্ততলয়োঃ সংশ্লিষ্টচেত্তদাঞ্জলিঃ।
নমস্কারে দেবতানাং শিরস্থোঽয়মুদীরিতঃ ॥৫৬৪
গুরুণাস্তু(১)নমস্কারে মুখক্ষেত্রগতো ভবেৎ।
নমস্কারে তু বিপ্রাণাং হৃদিস্থ সম্ভবিষ্যতে(২) ॥৫৬৫
অন্যেষনিয়মো জ্ঞেয় স্ত্রিভিঃ কর্য্যো যথেষ্টিতঃ(৩) ॥৫৬৬
ইত্যঞ্জলিঃ।
(৪)মূলপার্শ্বাগ্রসংশ্লিষ্টৌবিষ্টৌ তুলয়োঃ করৌ।
স কপোতঃ কেচিদেনং কূর্ম্মমাহুর্মনীষিণঃ ॥৫৬৭
প্রাঙ্মুখো গুরু-সম্ভাসে(৫)প্রণামে বিনয়েপি চ(৬)।
শিশিরে কম্পিতো(৭)হৃৎস্থঃ স্ত্রী কাপুরুষয়োর্ভবেৎ(৮)।৫৬৮
ইতি কপোতঃ।
বাহুল্য ভীতিনা লক্ষণমন্যেষাং নোক্তং ॥
ইতি সংযুত হস্তা(ঃ)।

---

অঞ্জলি—পতাকহস্ত অনিনা নপশিন্নববদি 'অঞ্জলি হস্ত' ওইবকই। লাইখুকম্বদা মসি কোক্তা থমগনি, গুরুনচিংবা খুকস্বদনা মাথদা থমগনি অহুগা ব্রাহ্মণনচিংবা খুকস্বদনা থবাক্তা থমগনি। অহুগা কপোতনচিংবা অতোপ্পা হস্তশিংগী দি থোইদোকপা তককবা নিযম লৈতে। হস্তগী মওঙ্ মথল অহুমনা খুরুম্বনচিংবা অতুম্মক তৌবা যাই।

অঞ্জলি তাকপা লোইরে।

কপোত—খুৎ অনিমক্কী খূবাক মরু, খুৎচেপ অমদি খুং মতোন অনিওক চপ মান্নবা শম্নরবদি মদূবু 'কপোত হস্ত' কৌই। কপোত অসিবু কনাগুম্বা অখঙ্বশিংনদি 'কূর্ম্ম'স্থ কৌনৈ ॥৫৬৭

গুরুদু ওকপদা, খুরুম্বদা অমদি নোম্লুকপা উৎপদা মসি মায় মপাদা থমগনি। উন তাহুনা ঈংবা উৎপদা, নূপী অমদি অয়ম্বা নিপাগী মতৌ উৎপদা মসিবু থমোই মপাদা থমগনি ॥৫৬৮

চাউথোকমনখিগদবদগী অতৈগী মওঙ্ মতৌদি হায়দ্রে।
সংযুত হস্তগী মবম তাকপা লোইরে।

---

(১) গুরুণাস্তু ? (২) সম্ভিবিষ্যতে ? (৩) জ্ঞেয়স্ত্রিভিঃ কার্য্যো যথেপ্সিতং —পাঠঃ (৪) মূলপার্শ্বাগ্রসংশ্লিষ্টো বিশিষ্টো ? (৫) সম্ভাষে ? (৬) বিনয়েঽপিচ ? (৭) কম্পিতে ? (৮) কাপুরুষয়োর্ভয়ে ?

অথ-নৃত্য-হস্তা(ঃ)—

চতুরস্রাবথোদ্‌বৃত্তৌ হস্তৌ তলমুখাভিধৌ।
স্বস্তিকৌ বিপ্রকীর্ণাবপ্যে(১ রালখটকামুখৌ ॥৫৬৯
আবিদ্ধবক্রা(২)সূচ্যাখ্যৌ(স্তৌ)রেচিতাবর্দ্ধরেচিতৌ।
নিতম্বৌ পল্লবৌ কেশবংধবা(৩)বুত্তানবঞ্চিতৌ ॥৫৭০
লতাখ্যৌ করিহস্তশ্চ(৪)পক্ষবঞ্চিতকাভিধৌ।
পক্ষপ্রদ্যোতকৌ (দণ্ডপক্ষৌ গরুড়পক্ষকৌ) ॥৫৭১
(৫ উর্দ্ধমণ্ডলিকৌ হস্তৌ পার্শ্বমণ্ডলিনাবপি(৬)।
উরোমণ্ডলিনো ৭)স্যাতাস্তুরঃ(৮)পার্শ্বোর্দ্ধমণ্ডলৌ ॥৫৭২
মুষ্টিকস্বস্তিকাবন্যৌ নলিনী-পদ্মকোষকৌ।
অলপদ্মাবুল্বণৌ চ বলিতৌ ললিতাবপি ॥৫৭৩
নৃত্যহস্তা মতাস্ত্রিংশৎ নৃত্যমত্রো(৯)পযোগিনঃ।
বরদাভয়দাবদ্ধচতুরস্রাবিতি স্বয়ং ॥৪৫৭
অন্যৎ শিরোমণে প্রাহ(১০)এতে দ্বাত্রিংশদীরিতা(ঃ)।
সমান কুর্ব্বর(১১ স্কন্ধৌ(১২)বক্ষোসেহষ্টাঙ্গুলান্তরৌ ॥৫৭৫

---

লুজীক নৃত্য-হস্তগী মরম হাযরি—

অগোইতদা শীজিন্নবা নৃত্য-হস্তমখল ৩০নি মহুদি— চতুরস্র, উদ্‌বৃত্ত, তলমুখ, স্বস্তিক, বিপ্রকীর্ণ, অরালখটকামুখ, আবিদ্ধবক্র, সূচী, রেচিত, অর্দ্ধরেচিত, নিতম্ব, পল্লব, কেশবন্ধা, উত্তানবঞ্চিত, লতা, করিহস্ত, পক্ষবঞ্চিত, পক্ষপ্রদ্যোতক, দণ্ডপক্ষ, গরুড়পক্ষ, উর্দ্ধমণ্ডলী, পার্শ্বমণ্ডলী, উরোমণ্ডলী, উরঃ পার্শ্বার্দ্ধমণ্ডলী, মুষ্টিক, স্বস্তিক, নলিনী-পদ্মকোষ, অলপদ্ম, উল্বণ, বলিত অমসুং ললিত ॥৫৬৯-৭৩

অতুগা শিরোমনিনা হাযবা মতু-ইন্না 'বরদাভযদা' অমসুং 'বদ্ধচতুরস্র' হাযবা অনি অমুক হাপচিল্লবদি পূন্না মশীং ৩২ শুই ॥৫৭৪

চতুরস্রহস্ত—খুৎ অনিমক্কী খুৎচানা খটকামুখ (কপিত্থহস্তগী খুৎ-নীংথৌ, খুৎনাউবী অনিমক মতোন খরা কোনশিল্লগা অমদি ফাক্তোক্লনা তিংনা লৈরবদি মদূবু 'খটকামুখ-হস্ত' কৌই অতুগা পরশুরাম সংহিতাগী

---

(১) বিপ্রকীর্ণাবপ্যরাল, বিপ্রকীর্ণাখ্যাবরাল ? (২) আবিদ্ধবক্রৌ ? (৩) কেশবন্ধা ? (৪) করিহস্তাখ্যৌ—পাঠ (৫) উর্দ্ধমণ্ডলিনৌ ? (৬) পার্শ্বমণ্ডলিকাবপি, পার্শ্বমণ্ডলিনাবপি ? (৭) উরোমণ্ডলিকৌ (নৌ ?) ? (৮) স্যাতামুরঃ ? (৯) নৃত্যমাত্রো ? (১০) শিরোমণি প্রাহ ? (১১) কুর্পর ? (১২) বক্ষসো ?

(১)প্রাঙ্মুখৌ·········খটকামুখমিতি।
অনামিকা কনীয়স্যাবুৎক্ষিপ্তে বক্রিতে অনাকৃ।
বিরলে চেৎ কপিথস্য তলা স্যাৎ খটকামুখ ॥৫৭৬
পরশুরাম সংহিতায়াস্ত, করাভ্যাস প্রকারণে(২)
তর্জ্জনী (মধ্যমা)মধ্যে পুংখোংঙ্গুষ্ঠেন পীড়্যতে।
তস্মিন্ননামিকাযোগাৎ স হস্ত(ঃ)খট(৩)ইতি ॥৫৭৭
উত্তানোংসৌ যুগাদৌ স্যাদ্বস্ত্রচামর-ধারণে ॥৫৭৮
কুসুমাবচয়েত্যাদৌ।
(প্রাঙ্মুখৌ,খটকাবক্ত্রৌ) চতুরস্রাংধৌ করৌ।
মুক্তাহারস্রগাদীনামেতা বা কর্ষণে মতৌ ॥৫৭৯
ইতি চতুরস্রৌ।
(৪)সমাখ্যা হং হং স ত্র হংসপক্ষমিতি—
তর্জ্জন্যাদ্যাঃ পতাকস্য তিস্রোংঙ্গুল্যো নতাঃ সমাঃ।
(উর্দ্ধাকনীয়সী যত্র হংসপক্ষঃ স উচ্যতে) ॥৫৮০
(হংস)পক্ষাভ্যামুত্তানোংধো ব্রজত,ধঃ।
যদাস্যোংধোমুখৌ বক্ষস্তদোদ্বৃত্তৌ করৌ স্মৃতৌ ৫৮১

---

করাভ্যাস প্রকরণদা হায়বদি খুংয়ায় খুদোম্বী অনিগী ময়ায়দা খু পী মরুনা নল্লবদি অতুগা খুংনীংথৌগস্থ থেংনরবদি মদূবু 'খটকামুখ' হায়না কৌই। যুগ হৌবা, ফি অমদি চামর পায়বা অমদি লৈ খন্দোক-খজিন তৌবদা মসিবু লোংথোক্লগা শীজিন্নগনি) শারগা থবাক্তগী খূদোন নিপান লাপ্না ইশাগী মাঙ্দা খূৎ অনি ওনশিন্নহুনা লৈহল্লবদি অতুগা খূনীং অনিমকপুনা লেংজুমগা রাংবা মান্ননা থল্লবদি মদূবু 'চতুরস্র-হস্ত' হায়না কৌই। মসিদি মুক্তাপরেংনচিংবা শিজিনবা অমদি লৌথোকপদা অভিনয় তৌগনি ॥৫৭৫-৭৯

উদ্বৃত্ত-হস্ত—চতুরস্রগী খুৎথম অতুদা খুৎ অনিমক্তা 'হংসপক্ষ'গী মওঙ্ শারগা খুৎ নামনা লোংথোক্তুনা মখাদা পুথগনি অতুগা নামনা থবাক্তা উপশিন্না লৈহৌগনি, মদূবু 'উদ্বৃত্ত-হস্ত' হায়না কৌই ॥

(হংসপক্ষ—পতাকহস্তগী খূদোম্বীনচিংবা খূদোন অহুম্মক চপমান্ননা হাইথরগা খুৎনাউবীদং মথক্তা হাইগংলবদি মদূবু 'হংসপক্ষ'কৌই)॥৫৮০-৮১

---

(১) মসি মতং অসিতমক য়াওরম্মী অতুগা মমৈদা শ্লোক ৫৭০ দা অমুক শমথনা ইরম্মী। মওঙ্ অতুমক ওাকলি। স্বামী প্রজ্ঞানন্দনদি মসিবু মখাদা টীকা ওইনা লৌথরম্মী। মসিগুম্বসি মখাদস্থ য়াওরি।
(২) প্রকরণে? (৩) খটকা মুখঃ? (৪) সমাভ্যাং হংসপক্ষ মিতি?

তালবৃন্তাবাহুরেকে তালবৃন্তনিরোগণৌ।
পাশ্বুখো হংসপক্ষৌ চ ব্যাবর্ত্ত(১)পরিবর্ত্তিতৌ ॥৫৮২
উদ্বিত্তৌ(২)মেলিয়ে টি(৩)জয়শব্দে প্রয়োজয়েৎ ॥৫৮৩
ইত্যুদ্বৃত্তৌ।
অন্যেষাং লক্ষণং(২)বিস্তরভয়াত্নুপেক্ষিতং।
ইতি নৃত্যহস্তাঃ।

অথ কটিমাহ—

(৪)কম্পতোদ্বাহিতোচ্ছিন্না বিবৃতা রেচিতা মতা।
কটি পঞ্চবিধা প্রোক্তা তল্লক্ষ ব্যাহরেংধুনা ॥৫৮৪
(৫)দ্রুতাগতাগতে পার্শ্বে দধতী কম্পিতা মতা।
তাং কুব্জবামনাদীনাংগমনে বিনিযুজ্যতে ॥৫৮৫
ইতি কম্পিত।
অন্যেষাং লক্ষণং নোক্তং

---

কনাগুম্বগী মত-তা হংসপক্ষবু 'তালবৃন্ত"স্থ কৌনৈ, কোনা-হুমাই তুম্বদা শীজিন্নৈ। অসিগুম্বা মতমদদি 'হংসপক্ষ'বু ব্যাবর্ত্ত, পরিবর্ত্তিত গুইহনগনি হায়বদি লোংথোক লোংশিন তৌগনি।

উদ্‌বৃত্তহস্তদি—জযশব্দ খঙ্‌হনবদা, তেন কাপ্পদা শীজিন্নগনি ॥৫৮২-৮৩

অতৈগী লক্ষণদি চাউমনগদবনা ইদ্রে।

নৃত্যহস্ত তাকপা লোইরে।

হুজীক কটিগী (খ্বাঙ্‌) মরম হাযরি—

কটি মখল মঙানি মহুদি—কম্পিতা, উদ্বাহিতা, উচ্ছিন্না, বিবৃতা অমসুং রেচিতা ॥৫৮৪

কম্পিতা—নাকল অনিমক্তা থুনা চৎলবদি মহু কম্পিতা-কটিনি। মসি মনম পোনবা মী অমদি থীকনেম্বা মী-নচিংবগী শাজৎ মতৌ তম্বদা শীজিন্নৈ ॥৫৮৫

অতৈগী লক্ষণদি হায়দ্রে।

---

(১) ব্যাবৃত্ত—পাঠঃ (২) উদ্বৃত্তৌ—পাঠ (৩) কেচিজ্জয় ? (৪) কম্পিত ?
(৫) দ্রুতং ?

অথ পাদঃ—

সম্মোহঞ্চিত কুঞ্চিতশ্চ সূচ্যাগ্রতল সঞ্চরঃ।
মর্দ্দিতোৎঘটিতৌ(১)(চেত্যগ্রগঃ-পার্শ্বগ-পাচিগৌ)
(তাড়িতোৎঘট্টি)তোচ্ছেধ উদ্‌ঘাটিত ইতি ক্রমাৎ ॥৫৮৬
ত্রয়োদশবিধঃ প্রোক্তশ্চরণা(২)নৃত্যকোবিদৈঃ।
(৩)স্বভাবেন স্থিতো ভূমৌ সম্পাদোঽবিধীয়তে ॥৫৮৭
স্বভাবাভিনয়ে কার্য্যে স্থিরোঽসৌ রেচকে চল(ে ?) ॥৫৮৮
ইতি সমঃ

অন্যেষাং লক্ষণং বিস্তরভয়ান্নোক্তং।
ইতি সপ্তাঙ্গানি।

অথ প্রত্যঙ্গানি—

গ্রীবা—

সমা নিবৃত্তো(৪)বলিতা রেচিতা কুঞ্চিতাঞ্চিতা।
ত্র্যস্রা নতোন্নতা চেতি গ্রীবা নববিধা ভবেৎ ॥৫৮৯

---

হুজীক পদগী (খোঙ্) মরম হায়রি।

পদ—খোঙগী খোঙ্‌চৎ ১৩ শুই মথুদি—সম, অঞ্চিত, কুঞ্চিত সূচী, অগ্রতল-সঞ্চর, মর্দ্দিত, উদ্‌ঘটিত, অগ্রগ, পার্শ্বগ, পার্ষ্ণিগ তাড়িতোৎঘট্টিত, উচ্ছেধ, উদ্‌ঘাটিত ॥৫৮৬

সম—ঈরায় লায়না লৈবা মশাগী হান্নগী ফিবমদা লৈবাক্ত খোঙ্ চুম্না থাবনু কৌই।

শীজিন্নবদি—মশাগী ওইবা, ভাব বিকার ফোংদোক্তবা ফিবমগী ফিরেপ তাকপদা মসি শীজিন্নে। লেঙ্‌দনা লৈবদনা মসিবু 'স্থির', চৎপা গৌবদনা 'চল' অহুগা জগোই খোঙ্‌থাংদনা 'রেচক' কৌই।

অতৈগী লক্ষণদি চাউমনগদবনা হায়দ্রে।

হুজীক সপ্তাঙ্গ তাকপা লোইরে।

প্রত্যঙ্গ—সমা, নিবৃত্তা, বলিতা, রেচিতা, কুঞ্চিতা, অঞ্চিতা, ত্র্যস্রা, নতা, উন্নতা অসুম্না গ্রীবাগী (ভক) মখল মাপননি ॥৫৮৯

---

(১) চেত্যগ্রগঃ পার্শ্বগ পাচিগৌ অথবা পার্ষ্ণিগৌ ? (২ প্রোক্তশ্চরণৌ ? (৩) স্বভাবস্তেন স্থিতো ভূমৌ (পাদৌ ?) সমঃ পাদোঽভিধীয়তে ? (৪) নিবৃত্তা ?

স্বমা(১)স্বাভাবিকী ধ্যানে জপে কার্য্যে স্বজাবজে ॥৫৯০
ইতি সমা।

অন্যেষাং লক্ষণং নোক্তং। ইতি গ্রীবা।

অথবাহু(ঃ)—

(২)উদ্ধাস্তোঽধোমুখেতির্য্যগপবিদ্ধঃ প্রসারিতঃ।
অঞ্চিতো মণ্ডলগতিঃ স্বস্তিকোদ্বেষ্টি(৩)বেপি(৪) ॥৫৯১
পৃষ্ঠানুসারী রলান্দোলিতৌ(৫)মত্রকুঞ্চিতৌ।
আবিদ্ধোৎসারিতাবেব(৬)বাহু(ঃ)ষোড়শধোচিতঃ ॥৫৯২
শীর্ষাদূর্দ্ধং ব্রজন্ বাহুরূর্দ্ধাস্তস্তজদর্শনে ॥৫৯৩
ইতি উর্দ্ধাস্তঃ।

অন্যেষাং নোক্তং। ইতি বাহুঃ

অথ মণিবন্ধঃ—

নিকুঞ্চাকুঞ্চিত-চলাসমোভ্রমিত ইত্যয়ং।
মণিবন্ধঃ পঞ্চবিধো নিকুঞ্জস্তু(৭)বিধীয়তে ॥৫৯৪

---

সমা মহৌশাগী মশাগী ওইজবা ফিবমদা চুন্না নৈবা ঙকপু 'সমা' কৌই। ধ্যান, জপ তৌবনচিংবদা শীজিন্নৈ ॥৫৯০

অতৈগী লক্ষণদি হায়দ্রে।

বাহু (পাম্বোম)—বাহু মখল ১৬ নি মহুদি—উর্দ্ধাস্থ, অধোমুখ, তির্য্যগ্, অপবিদ্ধ, প্রসারিত, অঞ্চিত, মণ্ডলগতি, স্বস্তিক, উদ্বেষ্টিত, পৃষ্ঠানুসাবী, সরল, আন্দোলিত, নম্র, কুঞ্চিত, আবিদ্ধ, উৎসারিত।

উর্দ্ধাস্থ—(মত অমদা মসিবু 'উর্দ্ধস্থ' হায়নৈ)—কোক মথক লান্না পাম্বোম থাঙ্গৎলবদি মহুবু উর্দ্ধাস্থ (উর্দ্ধাস্থ) হায়না কৌই ॥

উর্দ্ধাস্থগী মরম তাক্লবসিনি।

অতৈদি হায়দ্রে। বাহু তাকপা লোইরে।

মণিবন্ধ (খুজেং)—

মণিবন্ধ মখল মঙানি—নিকুঞ্চ, আকুঞ্চিত, চলা, সমা, ভ্রমিত।

---

(১) সমা ? (২) উর্দ্ধাস্যোঽধোমুখস্তির্য্যগপবিদ্ধঃ ? (৩) তাবপি ? (৪) সরলান্দোলিতৌ ? (৫) তাবিব ? (৬) ষোড়শধোদিতঃ (৭) নিকুঞ্চস্তু স উচ্যতে ?

যো বহিঃ নির্গতাং(১)নীতঃ স্বদানয়োঃ(২)।
ইতি নিকুঞ্চিতঃ। অন্তেষাং নোক্তং।
ইতি মণিবন্ধঃ॥

অথ পৃষ্ঠোদরে(৩) –
পৃষ্ঠং তু জঠরোক্তাভির্বর্ত্তনাভির্বিবর্ত্ততে।
অতো ন তৎ পৃথগ্বাক্যং জঠরংতুচ্যতেঽধুনা ॥৫৯৫
ক্ষামং খল্লং তথা পূর্ণ(ং) রিক্ত(৪)পূর্ণ(ং)চতুর্বিধং।
ক্ষামং স্যান্নমনাজ্জৃম্ভা-হাস্য-নিঃশ্বাস-রোদনে ॥৫৯৬
নিম্নং খল্লং ক্ষুধার্ত্তে স্যাদাতুরে শ্রমকর্ষিতে।
(৫)বেতাল ভৃঙ্গবাচ্যাদি জঠরাকারধারিতে ॥৫৯৭
অন্যেষাং লক্ষণং বাহুল্যভয়ান্নোক্তং।
ইত্যুদরং।

---

নিকুঞ্চ—মপাল্লোমদা খুজেং ঈস্থোক্তুনা পুরবদি মদূবু 'নিকুঞ্চ' হায়না কৌই॥ মসি পোং-পীবদা অমদি কিগনু হায়বা উৎপদা শীজিন্নে॥

নিকুঞ্চিত তাকপা লোইবে, অতৈদি হাযদ্রে।
মনিবন্ধগী মতাং লোইরে।

পৃষ্ঠোদর—(পূক অমসুং নংগন)—

নংগনগী থবক্তি পূক্না তৌবা মতুংইনবনা মতুগী তোঙানবা লক্ষণসু হাযরমদ্রবনা হুজীক পূকতগী মরম তাকলি মতুদি—ক্ষাম, খল্ল, পূর্ণ, অমসুং রিক্তপূর্ণ।

ক্ষাম—পূক কংথোকপবু কৌই। মসি হকাম চনবা, নোকপা, স্বর শাংনা হোল্দোকপা, কপ্পা—মখোয় অসিদা শীজিন্নে।

খল্ল—পূক হাপচিনববু কৌই। চাক লাম্বা, নাবা, শোম্বা, চোকথবা, বেতাল (হিংচাবা) অমসুং নন্দী-ভৃঙ্গি তাকপদা শীজিন্নে। লক্ষন অতৈদি চাউমনগবনা ইদ্রে। উদরগী তাকপা লোইরে।

---

(১) নিগ্নতাং অথবা নিম্নতাং? (২) স্বদান'ভয়দানয়োঃ? (৩) পৃষ্ঠোদরঃ?
(৪) রিক্তপূর্ণং? (৫) বেতাল ভৃঙ্গিরিত্যাদি? নাট্য শাস্ত্র সংগ্রহ।

অথ উরঃ(১)—

কম্পিতো বলিতো স্তব্ধো(২)বর্ত্তিতশ্চ বিবর্ত্তিতঃ।

ইত্যুরুঃ পঞ্চধা তত্র মুহুঃ পার্শ্বে নতোন্নতেঃ ॥৫৯৮

যস্যাসৌ কম্পিতো জ্ঞেয়োঽথমানা গমতে(৩)ততঃ ॥৫৯৯

ইতি কম্পিতঃ

অন্যেষাং নোক্তং। ইত্যুরুঃ।

অথ জঙ্ঘা—

*আবর্ত্তিতা নতা ক্ষিপ্তোদ্বাহিতা পরিবর্ত্তিতাঃ।

নিঃসৃতা চ পরাবৃত্তা তিরশ্চীনা বহির্গতাঃ ॥৬০০

কম্পিতা চেতি দশধা জঙ্ঘা নৃত্যবিদো জগুঃ।

বামে দক্ষিণতঃ পাদে(৪)দক্ষিণেঃ বামতঃ কৃতে।

মুহুরাবর্ত্তিতা প্রোক্তা বিদূষক-পরিক্রমে ॥৬০১

অন্যেষাং লক্ষণং নোক্তং।

( ইতি জঙ্ঘা )।

---

উরঃ (ফৈগন)—মসি মখল মঙানি মতুদি—কম্পিত, বলিত, স্তব্ধ, বর্ত্তিত, বিবর্ত্তিত (মত অমদা—উৎবর্ত্তিত, নিবর্ত্তিত—নাট্যশাস্ত্রসংগ্রহ)

কম্পিত—ফৈবু থাঙ্গৎ থাংথ তৌতুনা উৎলবদি মতুবু কম্পিত কৌই। অতোনবা মীগী শাক্ষং উৎপদা মসি শীজিনৈ।

কম্পিত তাকপা লোইরে। অতৈদি হায়দ্রে।

উরুগী মতাং লোইরে।

জঙ্ঘা—খুবোম মখল তরানি মতুদি—আবর্ত্তিতা, নতা, ক্ষিপ্তা, উদ্বাহিতা, পরিবর্ত্তিতা, নিঃসৃতা, পরাবৃত্তা, তিরশ্চীনা, বহির্গতা, কম্পিতা॥৬০০

আবর্ত্তিত জঙ্ঘা—য়েংকী খোঙনা ওয়দা, ওয়গীনা য়েৎতা থাতুনা হন্না হন্না চৎপদা ওইবা খুবোম অদুবু 'আবর্ত্তিত' কৌই। মসি বিদূষকনা (ফাগিহৈবা) চৎপা শাক্ষৎ তম্বদা শীজিনৈ ॥৬০১

অতৈগী লক্ষণদি হায়দ্রে।

---

*আবর্ত্তিতা নতা ক্ষিপ্তোদ্বাহিতা পরিবর্ত্তিতা।

ইতি পঞ্চবিধা জঙ্ঘা শার্ঙ্গদেবেন কীর্ত্তিতা ॥৫২২

নাট্য শাস্ত্র সংগ্রহঃ

---

(১) উরুঃ—পাঠ (২) স্তব্ধোদ্বর্ত্তিতৌ চ নিবর্ত্তিতঃ? (৩) গমনে? (৪) পদে?

অথ জানুঃ—

সংহতং কুঞ্চিতং সার্দ্ধকুঞ্চিতং নতমুন্নতং।

বিবৃতং সমমিত্যুচে জানু সপ্তবিধং বুধৈঃ ॥৬০২

(১)রোযের্ষ্যাদৌ সংহত সাজ্জানু-নিষ্ঠাঙ্গাজানু চেৎ ॥ইতি

(ইতি জানু ) । অন্যেষাং নোক্তং ॥

অথ ভূষণং—

(২)এতে বেশযুষো ভূষা ভূষণংতু নিগদ্যতে ॥৬০৩

ইতি ভূষণং।

ইতি নব প্রত্যঙ্গানি।

---

জানু (খুকউ)—খুকউ মখল তরেৎনি মত্বদি—সংহত, কুঞ্চিত, অর্দ্ধকুঞ্চিত, নত, উন্নত, বিবৃত, সম ॥৬০২

শাউবা, কল্লকপনচিংবা উৎপদা খুকউ অনিমক নপশিন্ননা লৈগনি। ( মত্ববু 'সংহত' হায়না কৌই )।

ভূষণ (ফিজেং লৈতেং)—

লৈবাক লৈবাক্কী অভিনয়দা চংনবা মাগী মাগী ফিজেং লৈতেংশিং অত্থু অত্থুমক তৌগনি ॥৬০৩

ভূষণ তাকপা লোইরে।

প্রত্যঙ্গ মখল মাপনগী মরম তাঁকলবসিনি।

---

নাট্য শাস্ত্র সংগ্রহঃ দদি মখাগী অসুম্না লৈ—

১। শ্লিষ্টান্যজানু জানুক্তং স্ত্রীরোযের্ষ্যাসু সংহতম্ ॥৪৭২ পৃঃ

নাট্য শাস্ত্র সংগ্রহদদি মসি শেংনা ইরি। মথক্কী অসিনা শেংদবদগী মত্থু লৌখৎলি—

২। "তত্তদ্দেশজুষো ভূষা ভূষণানীতি মন্যতে" ॥৪৭৭ পৃঃ

য়েংগদবা—প্রত্যঙ্গগী মরমদা অথং অহৈশিংনা হায়নবদি—মসি 'কূর্পর' হায়গদবনি ল্যাল্লি। অদুবু মথক্কী মত অসিনা 'সংগীত রত্নাকর' গীনি। অভিনয় দর্পণগীদি 'ভূষণ' গী মহুত্তা 'কূর্পরি' হায়না শেংনা অত্থুমক লৈ। অত্থুনা য়েৎনবা খরা লৈ। ভূষণদি 'আহার্য্য' গী মতাংদা লাককম থোকপনি।

অথ শিরস্ত উপাঙ্গানি—

অথ প্রথমঃ(১)দৃষ্টয়ঃ :—

দৃষ্টয়স্ত্রিবিধাঃ স্থায়িদৃষ্টয়ো রসদৃষ্টয়োঃ।

দৃষ্টয়ো ব্যভিচারিণ্য উদ্দিশ্যম্যঃ ক্রমাদিমা (ঃ) ॥৬০৪

তত্র স্থায়িদৃষ্টয় :—

স্নিগ্ধা হৃষ্টা চ দীনা চ ক্রুদ্ধা দৃপ্তা ভয়ান্বিতা।

জুগুপ্সিতা বিস্মিতেতি দৃষ্টয় স্থায়িভাবজাঃ ॥৬০৫

(২)মনাক্‌সমুৎক্ষিপ্তেকভ্রূঃ সাভিলাষা কটাক্ষিণী।

(৩)যৎগতাগতবিশ্রান্তিবৈচিত্র্যেণ বিবর্ত্তিনং ॥

তারকায়াঃ কলাভিজ্ঞাস্তং কটাক্ষং প্রচক্ষতে ॥৬০৬

---

হুজীক কোক্কী উপাঙ্গশিংগী মরম হায়রি—

অহানবদা দৃষ্টিগী মরম হায়রি—

দৃষ্টি—মখল অহুমনি মতুদি—স্থায়িদৃষ্টি, রস দৃষ্টি অমসুং ব্যভিচারিণী।

মখোয অসিগী মথং মনাউ নাইনা হাযরকলি ॥৬০৪

স্থাযিদৃষ্টি—মসিবু 'স্থায়িভাবজা' হায়নসু খণ্ডনৈ। মসিগী মখলদি —স্নিগ্ধা, হৃষ্টা, দীনা, ক্রুদ্ধা, দৃপ্তা, ভয়ান্বিতা, জুগুপ্সিতা অমসুং বিস্মিতা ॥৬০৫

কটাক্ষ—পীশূম লৈহুনা অমদি মিৎনহানা মিৎমৈদা শাংনা চিংথোক্তুনা যেংনীংনা কেনা যেংবা অমদি ঙাইহাক লৈতনা মিৎনগা লৈহুনা লৈরবদি অহুগা হেক থংনবা মিৎকুপ্তা অমুক পোত্থারবদি কলাহৈবশিংনা মদূবু 'কটাক্ষ' হায়না কৌই ॥৬০৬

---

য়েংগদবা—মিৎয়েংবু দৃষ্টি কৌই। অহুবু মসিগী মখলশিংগী মমিং থোনবদা স্ত্রীলিঙ্গ ঙাক্তা ওইনা থোল্লম্মী। মসিগী মরমদি অরাম্বা মতমদা মরুওইনা অসিগুম্বা মিংকী অভিনয় অসি নূপীতনা নম্মা তৌবদগী ওইথ্রিবনি। নিপানা নূপী শাহুনা তৌরবসু মসিদি অহুম্মক কায়রোইদবনি।

---

(১) প্রথমতঃ ? (২) মনাক্‌সমুৎক্ষিপ্তৈকভ্রূঃ ? (৩ যৎগতাগতিবিশ্রান্তিবৈচিত্র্যেণ বিবর্ত্তনং ?

বিলাসিনী দৃষ্টিরুক্তা স্নিগ্ধেতি রতিভাবজা।
অত্র ভ্রুবো(ঃ)সমুৎক্ষেপং শার্ঙ্গদেব(ঃ)প্রভাষতে ॥৬০৭
ইতি স্নিগ্ধাঃ।
কুঞ্চগল্লাবিশস্তারা কিঞ্চিদাকুঞ্চিতা চ ন(১)।
নিমেষিণী স্মিতাকার(২)হৃষ্টাদৃষ্টিরুদীরিতা ৩) ॥৬০৮
ইতি হৃষ্টা।
ইষৎ স্রস্তোত্তরপুটানভিরুক্তা(৪)র্ধ তারকা।
সবাস্পামল সংচারা দৃষি(৫)দীনেতি কথ্যতে ॥৬০৯
ইতি দানা(৬)।
স্থিরবৃত্তিপুটাং(৭)রুক্ষাং কিঞ্চিত্তরলতারকাং।
ভ্রুকুটী কুটিলাং দৃষ্টিং ক্রুদ্ধাং ব্রুতে হরিপ্রিয়ঃ ॥৬১০
ইতি ক্রুদ্ধা

---

স্নিগ্ধা—পীশূম নামনা হাইফেৎ শূক্লা মত্থদা অপাম মুংশি ঈরাং ফোংদোক্লবদি অত্থুগুম্বা মিৎচিনা য়েংবা, কেবনা তিনবা, অপাম-মুংশিগী ভাব ফোংদোকপা মিৎয়েং অদূবু 'স্নিগ্ধা' হায়না কৌই ॥৬০৭

হৃষ্টা—মিৎ-নহানা মমুং চঙ্‌শিন্না য়েংবা, চায়কং হাইফেৎ ফনবা, মিৎফমস্থ হাইফেৎ খূর্জিনবা—থকচানবা, তোয়না পা বূপ্পা অমদি মীনোক লোয়নবা অত্থুগুম্বা মিৎয়েং অদূবু 'হৃষ্টা' হায়না কৌই ॥৬০৮

(স্নিগ্ধা = অতপ্পা, হৃষ্টা = হরাউবা)

দীনা—মিৎ-নহানা মথারোমদা হাইফেৎ চথনা লৈবা অত্থুগা মথক থংবা শরুক্লা ফোংদোক্তবা, চোৎলি চোৎলি তৌবা অমদি তপ্পা তপ্পা য়েংবা অত্থুগুম্বা মিৎয়েংবু 'দীনা' হায়না কৌই ('দীনা' হায়বদি অতোনবা মিৎয়েং নত্রগা তরক তশোনবগী মিৎয়েং হায়বনি।

ক্রুদ্ধা—মিৎমুংগী অকোয়বা শরুক অত্থু লেঙদনা লৈবা, অকনবা মিৎয়ে ওইবা, মিৎনহানা উরু-রু লৈবা মিৎয়েং খোয়বা মতৌ অদূবু 'ক্রুদ্ধা' কৌই।

( ক্রুদ্ধা = অশাউবা মিৎয়েং )

---

(১) চলা ? (২) স্মিতাকারা ? (৩) দৃষ্টিরুদাহৃতা—পাঠ (৪) নভিব্যক্তোঽর্দ্ধ তারকা ? (৫) দৃষ্টির্দীনেতি ? (৬) দীনা ? (৭) স্থিরাং বৃত্তিপুটাং ?

স্থিরা বিকশিতা ধৈর্য্যমুদগীরন্তীব(১)যা ভবেৎ।
দৃষ্টিরুৎসাহিনী প্রাহুস্তাং দৃপ্তাং ভরতাদয়ঃ(২) ॥৬১১
ইতি দৃপ্তা।

নির্গচ্ছন্তীব মধ্যাৎ সা স্তাব্ধিক্ষিপ্ত তারকা।
বিস্ফারিতোভয়পুটা যা সা দৃষ্টি(৩)ভয়ান্বিতা ॥৬১২
ইতি ভয়ান্বিতা

অস্পষ্টালোকিনী মীলত্তারকা সঙ্কুচৎপুটা।
দৃশ্যং দৃষ্ট্বা সমুদ্বিগ্না দৃষ্টিরুক্তা জুগুপ্সিতা ॥৬১৩
ইতি জুগুপ্সিতা।

তুর(৪)বিস্ফারিতাকার পুটদ্বন্দ্বা বিকাশিনী।
নিশ্চলা দৃষ্টিরুদ্বিত্ততারকাদ্বিস্মিতা স্মৃতা ॥৬১৪
ইতি বিস্মতা(৫)।

---

দৃপ্তা—মি য়েং তপ্পা, মকাফনবা লাঙতরুবা য়াওদবা, হৈনীংবা কোংদোকপা অহুগুম্বা মিংয়েংবু ভরতনচিংবনা 'দৃপ্তা' হায়না কৌই ॥৬১১

ভয়ান্বিতা—(অকিব) মিংফম কোম মমুং অসি হেক চোংথোক্কদবগুম তৌবা, মিংনহানা ইথক থকপা, মিং অনিমক ঈরাও লাওথোক্লা য়েংবা মিংয়েংবু ' ভয়ান্বিতাদৃষ্টি' হায়না কৌই ॥৬১২

জুগুপ্‌সিতা—(তুক্কচবা হঙ্গোইবা)

মঙান চাউদবা, মিংনহা মকা কোংদবা, মিংফম খুইজিন-পীকশিলবা অমদি উরুরিবা পোৎ অহু য়েংবদা লাঙ্‌তক্লবা মতৌ কোংদোকপা মিং অদুবু 'জুগুপ্‌সিতাদৃষ্টি' কৌই ॥৬১৩

বিস্মিতা—(অঙকপা)

মিংফম অনিমক লাওনা পাঙ্‌থোকপা, মিংনহানা মথক কাথিবা, মিং-মমুং লেঙদবা মিংয়েং অদুবু 'বিস্মিতা' হায়না কৌই ॥৬১৪

---

(১) মুদ্গিরন্তীব ? (২) ভরতাদয়ঃ ? (৩) দৃষ্টির্ভয়ান্বিতা ? (৪) পুর ?
(৫) বিস্মিতা ?

ইত্যষ্টৌ(১) দৃয়(২)স্থায়ীভাবজা লক্ষিতা ক্রমাৎ।
এতা এবোল্বণা(৩)সত্যো জায়ন্তে রস-দৃষ্টয়ঃ ॥৬১৫

তাঃ যথা—

(৪)কান্তা হাস্যা চ করুণা রৌদ্রী(৫)বীর(৬)ভয়ানকা।
বীভৎসাচাদ্ভুতে(৭)চাষ্টৌ বিজ্ঞেয়া রসদৃষ্টয়ঃ ॥৬১৬
কন্দর্পবর্দ্ধনী(৮ দৃগ্ধ মাপিত্তীব(৯)নির্ম্মলা।
সভ্রূক্ষেপ-কটাক্ষা যা দৃষ্টি (१?) কান্তেচিতাং(১০)বিদুঃ ॥৬১৭
ইতি কান্তা।

আকুঞ্চিতা পুটা তীব্রমধ্যমন্ত্রক্রমেণ যা।
ভ্রান্তান্তর্নীত-তারা চ দৃষ্টির্হাস্যেতি সোচ্যতে ॥৬১৮
ইতি হাস্যা।

---

অসুম্না মথং মনাউ নাইনা হায়গ্রবা স্থায়িভাবজা দৃষ্টি ৮ অসিনা উল্বণ (উৎকট) ওইরক্লবদি মতৌবুনা 'রসদৃষ্টি' হায়না খঙ্নরকই ॥৬১৫

মতৌদি—কান্তা, হাস্যা, করুণা রৌদ্রী, বীরা, ভযানকা, বীভৎসা অমসুং অদ্ভুতা নিপান অসিনি ॥৬১৬

কান্তা পীশূম খোয়বী মি য়েং তরু তরুবী, মিৎচিনস্থ হায়ফেৎ য়েংবী, কাম পোকহনবী অমদি মিৎযেং অতুনা উরিবা পোৎপু হেক থকচিনলিবা মানবী অদুবু 'কান্তা' কৌই ॥৬১৭

হাস্যা—তপ্পা হৌরক্কুনা ময়ায় ওইনা মথংদা খুজিল্লা মিৎকম অনিনা অসুম খুজিল্লকপা অমদি মিৎনহানা হাইফেৎ মন্নুংচন্না মথোঙ্ খঙ্দনা কোয়রৈ লৈবদুবু হাস্যা-দৃষ্টি কৌই ॥৬১৮

---

(১) ইত্যষ্টৌ ? (২) দৃষ্টয়ঃ ? (৩) এবোল্বণাঃ ? (৪) শান্তা ?
(৫) রৌদ্রী ? (৬) বীরা ? (৭) বীভৎসাচাদ্ভুতা ? (৮) বৰ্দ্ধিনী ?
(৯) দৃগ্ধমাপিবত্তীব ? (১০) কান্তোচিতাং ?

পতিতোর্দ্ধপুটা সাস্রা শোকমন্থর-তারকা।
নাসাগ্রানুগতা দৃষ্টি(ঃ ?) করুণা করুণে রসে ॥৬১৯
ইতি করুণা।
স্তব্ধতারোত্তয়পুটা শোণা ভ্রূকুটিভীষণা।
উগ্রাতিধূসরা দৃষ্টির্যা সা রোদ্রীতি ১)কথ্যতে ॥৬২০
ইতি রোদ্রী(২)।
অচঞ্চলা বিকশিতা গম্ভীরা সমতারকা।
তেজঃ শোভাবিশেষাত্তু সপ্তভেদান্ বিবৃনতী(৩) ॥
দীপ্তা সঙ্কুচিতাপাঙ্গা বীরদৃষ্টি(৪)রুদাহৃতা ॥৬২১
ইতি বীরা।
স্তব্ধোত্তয়পুটাত্যন্তবলমান-কণীলকা(৫)।
ঈষৎ কুঞ্চিত পক্ষ্মাগ্রাদ্ভুতা দৃষ্টিরুদীর্য্যতে ॥৬২২
ইত্যদ্ভুতা।

---

করুণা—মিৎকী-পা তুথহুনা পিনা ইচোৎ-চোংপা, নুংঙাইতবনা মবম ওইহুনা মিৎনহাসু মফম লেঙ্খিদ্রবা অহুগা মিৎয়েংনা নাতোন মতোন্দা থম্বা অদূবু 'করুণাদৃষ্টি' হায়না কৌই ॥৬১৯

রৌদ্রী—মিৎথক-মিৎখা অনিমক ইথক থকচানবা, মিৎনহা মফম লেঙ্দবা, ঈ-গুম্না ভাঙ্শিনবা. পীশূম শুকপদা অকিবা ফংবা, মিৎ-য়েংদা অকিবা পোকপা, হ্নাউথাংনবা অহুগুম্বা মিৎয়েং অদূবু 'রৌদ্রী-দৃষ্টি' কৌই ॥৬২০

বীবা—অতপ্পা, মপূংফাবা, অশূকপা, মিৎনহা অনিমক চপমান্নবা লৈবা, মতিক মযাই অমদি মশাগী নীংথিজবনা মরম ওইহুনা মখল য়ান্না থোকপা, ময়াইকাবা অহুগা মিৎমৈদি খুইজিনবা অদূবু 'বীবা' কৌই ॥৬২১

অদ্ভুতা—মিৎকম অনিমক লেঙ্দনা লৈবা অহুগা মিৎকী পা সু হাইফেৎ খুইজিনবা—হায়বদি মিৎ-না চপয়ুংবা মতৌবু 'অদ্ভুত-দৃষ্টি' কৌই ॥৬২২

---

(১) রৌদ্রীতি ? (২) রৌদ্রী ? (৩) বিবৃণ্বতী ? (৪) বীরা দৃষ্টি ? (৫) কণীনিকা ?

(১)স্তব্ধোদ্ধৃতপুটাত্যন্তচঞ্চলোদ্বৃত্ত তারকা।
দৃশ্যাৎপলায়মানেব ভীত্যা দৃষ্টি ভয়ানকা(২ ॥৬২৩
ইতি ভয়ানকা।
বীভৎসা প্রান্তমীলল্লোল-পক্ষ্মা তরল-তারকা।
দৃশ্যোদ্বেগাদিপাঙ্গৌ চ নিকুঞ্চিত(৩)পুটৌস্রিতা ॥৬২৪
ইতি বিভৎসা।
শৃঙ্গার-প্রমুখেষ্বেতা রসেষু স্থায়িদৃষ্টয়ঃ।
জায়ন্তে ব্যভিচারিণ্যো লক্ষন্তে(৪)দৃষ্টয়োঽধুনা ॥৬২৫
তাশ্চ—
মলিনা শঙ্কিতা গ্লানা জিহ্মা শূন্যাবিষাদিনী।
লজ্জতা(৫)মুকুলা শ্রান্তা ভিতপ্তাকুঞ্চিতা তথা ॥৬২৬
আকেকরা বিকোসার্দ্ধ(৬)মুকুলা(৭)চ বিতাকিকা(৮)।
বিভ্রান্তা বিপ্লুতা ত্রস্তা ললিতা মদিরেতি চ ॥৬২৭

---

ভযানকা—মথক্তা ওনখত্তূনা যেংলগা মিৎ অনিমক লাওনা পাঙ্‌ত্থনা লৈরবদি অহ্নগা মিৎনহানা য়াম্না তথক তথক্লবদি অমস্থুং মথক্তদা ওনখৎলবদি অমদি কিবদগী উরুরিবা পোৎ অহুদগী চেন্থোক-নিঙ্‌বা লাপথোকনিঙ্‌বা মতৌ তৌরবদি মদূবু 'ভযানকাদৃষ্টি' হায়না কৌই ॥৬২৩

বীভৎসা—মিৎপান খুজিনবা, তক্বিংবা মতৌ তৌবা, মিৎনহাস্থু ইথক থকনা, উৎিবা পোং অদূবু য়েংলুবদগী লাঙ্‌তক্লবনা মিংযেং খোয়বা অমস্থুং মিৎপান মনুংদা মিৎনহা চঙ্‌শিনবা অসিগুম্বা মিৎয়েং অসিবু বীভৎসা কৌই ॥৬২৪

ব্যভিচারিণী দৃষ্টি—শৃঙ্গারনচিংবা রস-তকি স্থায়ি দৃষ্টিনা ব্যভিচারিণী দৃষ্টি ওল্লকই ॥৬২৫ মখোযগী মখলদি—

মলিনা, শঙ্কিতা, গ্লানা, জিহ্ম, শূন্যা, বিষাদিনী, লজ্জিতা, মুকুলা, শ্রান্তা, অভিতপ্তা, কুঞ্চিতা, আকেকরা, বিকাশার্দ্ধ, সুকুলা, বিতর্কিকা, বিভ্রান্তা, ত্রস্তা, বিপ্লুতা, ললিতা অমস্থুং মদিরা ॥৬২৫-২৭

---

(১) স্তব্ধোদ্ধৃত্ত? (২) দৃষ্টির্ভয়ানকা? (৩) পুটোচ্ছ্রিতা? (৪) লক্ষ্যন্তে? (৫) লজ্জিতা? (৬ বিকাশার্দ্ধ? (৭) সুকুলা? (৮) বিতর্কিকা?

বিংশতি ব্যভিচারিণ্যো(১)দৃষ্টয়(ঃ ?)কথিতা ইমাঃ।
দৃশ্যাদপন্থতে(২ তারে কিঞ্চিন্মুকুলিতৌ পটৌ(৩) ॥৬২৮
দধত্যপাঙ্গৌ(৪)বিচ্ছায়ে।(৫)পক্ষ্মাগ্রস্পন্দকুলং(৬)তথা।
দৃষ্টিঃ স্যান্মলিন স্ত্রীণাং বিকৃতে সা প্রযুজ্যতে ॥৬২৯
প্রাগুক্তকালেঽপ্যসংলাপঃ প্রিয়েণ বিকৃতং মতং ॥৬৩০
ইতি মলিনা।
মুহুশ্চলা স্থিরা পার্শ্ব(৭)লোকনী বহিরুন্মুখী।
মুহুবলোকিনী শীঘ্রবিবৃত্তা(৮)চ বিলোকনাৎ ॥
শঙ্কায়াং শঙ্কিতা দৃষ্টিব্যক্তা(৯)নিঃশঙ্কসূরিণা ॥৬৩১
ইতি শঙ্কিতা।
বিশ্লথভ্রূ-পক্ষ্মপুটা মলিনা মন্দচারিণী।
অন্তর্নিবিষ্টতারা যা দৃষ্টি মানেতি(১০)সোচ্যতে।
এষা গ্লানাবপস্মারে নিযুক্তা ভরতাদিভিঃ ॥৬৩২
ইতি গ্লানা।

মলিনা—উরিবা পোৎ অতুদগী মিৎনহা অসি থৈদোরকপা, মিৎফম অনিমক শূকথবা, মিৎপান অনিমক্কী মঙান মশা চেন্দবা অতুগা পা-মতোন্দগী পি মরীক মরীক শিম্থরকপা অতুগুম্বা মিথয়েং অদুবু 'মলিনা' হায়না কৌই। মসি নুপীনা মপুরোইববু শাউবা নত্রগা ওইনবা মতমদা (মকা ফোংদনা মপুক মুংশিবা মতাংদা) শীজিন্নে ॥৬২৮-৩০

শঙ্কিতা—ভাইহাক লৈতনা ইথক থকচাননা হকচাংগী নাক-অনিমক্তা কোয়য়েং য়েংবী, মপান্দা মায় ওন্থোকপী, মুন্না মুন্না য়েংবী অতুমদি ওইরগা হেক উরুবগা অমুক হেক্তমক য়েংবা তোকপী অতুগুম্বী মিংয়েং অদুবু 'শঙ্কিতা' দৃষ্টি হায়না কৌই ॥৬৩১

গ্লানা—পীশূম অমদি মিৎফম অনিমক হীকথবী, ইমক মকশিনবী অতুগা মিৎয়েং তপ্পী অমসুং মিৎনহা অনিমক মনুং চঙ্‌শিনবী অতুগুম্বী মিৎয়েং অদুবু 'গ্লানা' হায়না কৌই। মসি শারৈ হৌবা উংপদা শীজিন্নে ॥৬৩২

(১) বিংশতির্ব্যভিচারিণ্যো ? (২) দৃশ্যাদপস্থতে ? (৩) পুটৌ ? (৪)দধত্যা-পাঙ্গৌ ? (৫) বিচ্ছায়ৌ ? (৬) পক্ষ্মাগ্র-স্পন্দনং ? (৭) স্থিরপার্শ্বা ? (৮) শীঘ্রনিবৃত্তা ? (৯) দৃষ্টিরুক্তা—পাঠঃ (১০) গ্লানেতি ?

ইতরেষাং লক্ষণং বাহুল্যভয়ান্নোক্তং।
ইতি ষট্‌ত্রিংশদ্দৃষ্টয়ঃ(১)।
অথ তারাভ্রূকুটীমুখাদয়ঃ(২)সন্তি বিস্তরভয়ান্নোক্তাঃ(ঃ)
ইতি উপাঙ্গানি।

অথ নৃত্যাঙ্গানি(৩)—

স্থানকানি তথা চারী করণং মণ্ডলং তথা।
অঙ্গহারাশ্চ(৪)ভরতে(৫)নৃত্যাঙ্গ পঞ্চধোদিতং ॥৬৩৩

এতেষু নৃত্যাঙ্গেষু এবৈককমপ্যনেকপ্রকারং(৬)ভবতীতি
লক্ষণং চ বাহুল্য ভয়া নোক্তং(৭)
ইতি নাট্যনির্ণয়ঃ ।?

---

চাউমনগদবদগী অতোপ্পগী লক্ষণদি হায়দ্রে।
মিৎয়েং ৩৬ কী মরম হায়রিবসিনি।

অসিগী মথংদা মিৎনহা, পীশূম অমদি চীন অসিনচিংবগীসু য়াম্না লৈরি অদূবু মথোয় অহূগী রাদি চাউমনগদবদগী হায়দ্রে।
উপাঙ্গগী মরমদি হায়রবসিনি।

নৃত্যাঙ্গ—

নৃত্যাঙ্গ মথল মঙালি মচুদি- স্থানক, চারী, করণ, মণ্ডল অমসুং অঙ্গহার ॥৬৩৩

অসিগুম্বা নৃত্যাঙ্গশিং অসিগীসু অমমমগী অমুক মথল মথা যাম্না লৈরবনা মথোয় খুদীংমক্কী লক্ষণ-নচিংবদি চাউমনগনি থন্দুনা হায়দ্রে।
নাট্য-নির্ণয়গী মরমদি অসিনি।

---

(১) ষট্‌ত্রিংশৎ দৃষ্টয়ঃ ? (২) তারাভ্রূকুটীমুখাদয়ঃ—পাঠ (৩) নৃত্যাঙ্গানি ? (৪) অঙ্গহারশ্চ ? (৫) ভব তে ? স্বামিজীনা মত অসি উৎলম্মী। (৬) এবৈককমপ্যনেকপ্রকারং ? (৭) নোক্তং ?

# শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ

অত্র ভাষাদি নিয়মমাহ—

প্রকৃতিঃ সংস্কৃতং(০)তত্রভবেৎ (প্রাকৃতমুচ্যতে)।
তদ্ভবং তৎসমঞ্চেতি দেশী দেশ্যক কেচন ॥৬৩৪

সঙ্গীতদামোদরে—

তদ্ভবস্তৎসমো দেশীত্যনেক(ঃ)প্রাকৃতঃ(১)।
দেববাণীতি বিখ্যাতং সংস্কৃতং ভুবনত্রয়ে ॥৬৩৫ ইতি

ততদ্ভবং তত্র সংস্কৃতে ভবং লক্ষণবশাদ্রূপান্তর প্রাপ্তং। যথা রুকুথ ঘর পেরস্তাদি। যথা বা—শৃঙ্গারো(২)সিঙ্গারো, চন্দ্রঃ চন্দো, ব্রহ্মণ ব্রহ্মণো, কনকং কনঙ্গং, বনং বণং, সিন্দুরং সেন্দুরং, সেফালিকা সেহালিয়ো(৩), স্বরতিঃ সুরহী, লক্ষ্মী লচ্ছীত্যাদি। ইতি তদ্ভবং।

---

শ্রীকৃষ্ণবু খুরমজৈ

হৃজীক ভাষাগী নিয়ম হায়রি—

সংস্কৃতনা থৈথরক্লূনা মশক ওল্লকপা অমদি সংস্কৃততি নত্তবা সংস্কৃত মানবা অহুগুম্বা শব্দবু প্রাকৃত কৌই। মসিগী মখল অনিনি মহুদি, তদ্ভব অমসুং তৎসম। কনাগুম্বনদি মসিবু 'দেশী' হায়নসু খঙ্নৈ।

সঙ্গীত দামোদরনা হায়—

তৎভব, তৎসম অমদি দেশী মখোয় অসিবু অরাম্বনা প্রাকৃত কৌনৈ। সংস্কৃত হায়বা লোন অসিদি মরোন অহুম্মক্তা দেববাণী-মক্তি হায়না শীংথানৈ ॥৬৩৪-৩৫

তদ্ভব—অশেংবা সংস্কৃত-না মশক ওন্থোকলকপা লোন নত্রগা রাহৈবু 'তদ্ভব' কৌই, মহুদি—রুকুথ, ঘর, পেরস্তনচিংবা। অমুকসু শৃঙ্গারনা শিঙ্গার, চন্দ্রনা চন্দ, ব্রহ্মণনা বম্ভণ কনক-না কনঙ্গ, বন-না বণ, সিন্দূরনা সেন্দুর, সেফালিকানা সেহালিআ (কা) স্বরতি-না সুরহী, লক্ষ্মীনা লচ্ছী (লছমী) অসিনচিংবা।

---

(০) তত্রভবে? (১) প্রাকৃত ক্রমঃ—পাঠ সংপাঃ (২) শৃঙ্গারঃ? (৩) সেহালিআ—পাঠ

তৎসমং সংস্কৃত সমং। যথা— তরল তরঙ্গ মন্দার হর
হীর (হার) কীর কেরল রমণী মণিপ্রভৃতয়ঃ শব্দাঃ।
ইতি তৎসমং।

দেশ্যং—লক্ষণৈরপ্রসিদ্ধং তত্তদ্দেশপ্রসিদ্ধং মহাকবিপ্রযুক্তং।
যথা—লড্ডুহ পেট্ট চোক্যাদি। যথা বা। গুজ্জরাতাদিদেশে।
অবন্দো(১)প্রেমবিছোলী(২)পঙ্‌ক্তিঃ কজ্জোট্টমুৎপলমিতি-
নিগদ্যতে।
যদাহ ভোজদেবঃ—
দেশে (দেশে) নরেন্দ্রাণাং জনানাঞ্চ স্বকে স্বকে।
ভক্ত্যা প্রবর্ত্ততে যস্মাত্তস্মাদ্দেশং(৩)নিগদ্যতে ॥৬৩৬
দামোদরে—
যস্মিন্দেশে(৪)যদারীতিঃ প্রাকৃতস্য নিবদ্ধ্যতে(৫)
তেনৈব ব্যহারেণ(৬)তদ্দেশীয়ং নিরুচ্যতে ॥৬৩৭
ইতি দেশ্যং।

---

তৎসম—মসিদি মতৌদা সংস্কৃতকা মান্নে। মতুদি—তরল তরঙ্গ মন্দার হর হীর হার কীর কেরল রমণী মণি অসিনচিংবা রাহৈ অসিনি।

দেশী—অককুবা লক্ষণ করিসু লৈতবা অতুমদি ওইরগা লৈবাক লৈবাক্কী অথোইবা কবিশিংনদি শীজিন্নবা অতুগুম্বা রাহৈশিং অদুবু 'দেশী-ভাবা' হায়না খঙনৈ মতুদি—লডহ, পেট, চোকা অসিনচিংবনি। অতুগা অমুকসু—গুজ্জরাতনচিংবা লৈবাক্তা চৎনবদি অদুন্ন প্রেম-বিছোলী, পঙ্‌ক্তি, কজ, উট্টম, উৎপল অসিনচিংবা।

ভোজদেবনা হায—

লৈবাক লৈবাক্কী মাগী মাগী ওইবা ভক্তি ব্যবহার লোয়নবা লৈবাক নিংথৌগী কাদা শীজিন্নবা অতুগুম্বা মশাগী মরোলশিং অদুবু দেশী হায়না কৌই।

দামোদরনা হায়—

লৈবাক লৈবাক্কী ওইবা মাগী মাগী য়েলহৌডেগী লোয়নজরকপা অতুগুম্বা লোন অতুনা পুন্দুনা লোনচৎ ব্যবহার পুন্নমক্কা শীজিন্নরিবা লোন অতুবু দেশী কৌই।

দেশীগী মশক্তি অসিনি।

---

(১) অবন্দোবা ছন্দোলী ? (২) প্রেমবিচ্ছোলী ? (৩) যস্মাত্তস্মাদ্দেশ্যং ?
(৪) যথারীতিঃ—পাঠ (৫) নিবধ্যতে ? (৬ ব্যবহারেণ ?

তচ্চ ভাষা বিভাষাপভ্রংশপৈশাচ ভেদতঃ।
চতুর্বিধং(১)তচ্চ ভাষা বিভাষা পঞ্চধা পৃথক্ ॥৬৩৮
অপভ্রংশস্ত্রয়স্ত্রিংশঃ পৈশাচ্যশ্চেতি ষোড়শঃ।
ভাষা ইতি শেষঃ।

মনু—

মহারাষ্ট্রী তথাবন্তি শৌরস্যেস্ত্বর্দ্ধমগধী(২)।
বাহ্লকা(৩)মাগধী প্রাচেত্যষ্টৌ(৪)তা দাক্ষিণাত্যয়া ॥৬৩৯
শকারাভীর-চাণ্ডাল-শবর-দ্রাবিড়ো ব্রজা(ঃ)(৫)।
হীনা বনেচরাণাঞ্চ বিভাষা নাটকাশ্রয়াঃ ॥৬৪০
ব্রাচড়ো নাটবৈদর্ভাবুপনাগরনাগরৌ।
ববিবাবত্য(৬)পাঞ্চাল-টাক্কমালব-কৈকয়াঃ ॥৬৪১

মসিবু মখল মরি অমুক থোকলি মহুদি—ভাষা, বিভাষা, অপভ্রংশ, অমসুং পৈশাচ। মসিগী মনুংদা ভাষা, বিভাষাগীদি মঙা মঙা অমুক থোকলি। অপভ্রংশ অমসুং পৈশাচগীদনা অহুম অহুমনি, অহুনা পুন্না দেশী মখল তরাতরুকনি ॥৬৩৮
ভাষা তাকপা লোইরে।

অহুগা অমুকসু—

ভাষা মখল নিপাননি মহুদি, মহারাষ্ট্রী, অবন্তী, শৌরসেনী অর্দ্ধ-মাগধী, বাহ্লীকী, মাগধী, প্রাচ্যা অমসুং দক্ষিণাত্য। (নাট্যশাস্ত্রদদি মহারাষ্ট্রী য়াওদবনা মখল তরেংনি হায় ৮ম্ অঃ লাঃ ২৪৭) ॥৬৩৯
শকার, আভীর, চণ্ডাল, শবর, দ্রাবিড়, ঔড্র, লোলশিং অসিদি বনদা লৈবা অমদি অতোনবা মীওইশিংনা নাট্যদা লোন্নবা অহুগুম্বা বিভাষা মকনি ॥৬৪০

অপভ্রংশ—

অপভ্রংশ মখল কুনতরেংনি মহুদি—ব্রাচড়, নাট, বৈদর্ভ, উপনাগর, নাগর, বার্বরাবতী, পঞ্চাল, টক্ক, মালব কৈকয়, গৌড়, ঔড্র, দৈব, পাশ্চাত্য, পাণ্ড্য, কৌন্তল, সিংহলা, কলিঙ্গ, প্রাচ্য, কর্ণাট, কাঞ্চী,

(১) চতুর্ব্বিধং ? (২) শৌরসেন্যর্দ্ধমাগধী ? (৩) বাহ্লীকী ? ৪) প্রাচ্যো-ত্যষ্টৌ ? (৫) দ্রাবিড়োড্রজাঃ ? (৬) বার্বরাবত্য ?

গৌড়োড্র-দৈব-পাশ্চাত্য-পাণ্ড্য-কৌন্তল-সিংহলা(১)।
কালিঙ্গ্য-প্রাচ্য কার্ণাট-কাঞ্চ্য-দ্রাবিড়(২)গৌর্জরাঃ ॥৬৪২
আভীরো মধ্যদেশীয়ঃ সূক্ষ্ম ভেদ(৩)ব্যবস্থিতাঃ।
সপ্তবিংশত্যপভ্রংশা(৪)বৈতালাদি প্রভেদতঃ ॥৬৪৩
কাঞ্চীদেশীয় পাণ্ড্যেচ পঞ্চোলং(৫)গৌড়মাগধং(৬)
ব্রাচড়ং দাক্ষিণাত্যঞ্চ শৌরাসেনক(৭)কৈকয়ং ॥৬৪৪
শাবরং দ্রাবিড়ঞ্চৈব একাদশ পিশাচজাঃ ইতি বদন্তি।
তৎ কথমুচ্যতে মিলিত্বা ষোড়শেতি। অত্রাহ(৮)
মহারষ্ট্রী(৯ শৌরসেনী প্রাচ্যাবন্তী চ মাগধী ইতি
পঞ্চবিধা ভাষানুক্তা ন পুনরষ্টধা। তেনৈব। শৌরসেন্যা
অদূরত্বে মাগধ্যে কার্দ্ধমাগধীত্যুক্তত্বাৎ। দাক্ষিণত্যায়াশ্চ
লক্ষণাকরণাৎ। কেষাঞ্চিন্মতে—শৌরসেনী(১০)
মাগধী চেতি পৃথগ্‌ভাষাদ্বয়ং ভবতি।

---

দ্রাবিড়, গুজ্জর আভীর, মধ্যদেশী, সুক্ষ্ম, অমসুং বৈতাল মখোয় অসিনি ॥৬৪১-৪৩

পৈশাচ—পৈশাচ মখল তরামাথোইনি মত্তুদি—কাঞ্চী, পাণ্ড্য, পাঞ্চাল, গৌড, মগধ, ব্রাচড, দক্ষিণাত্য, শৌরসেনী, কৈকয়, শাবর, দ্রাবিড়—মখোয় অসিনি।

অত্তুনদি পুল্লপ তিন্নরগা কমদৌনা মখল ১৬ তনি হাযখিবনো? মসিগী পাউখুমদা হায়রি মত্তুদি—মহারাষ্ট্রী, শৌরসেনী, প্রাচ্য, অবন্তী, অমসুং মাগধী অসুম্না মঙা খক্তনি হাযরগা নিপান গুইদি হায়দে মসি করিগীনো? মসিগী মরমদি শৌরসেনীগা নকশিন্না মাগধী, অর্দ্ধমাগধীগী মরম পনপ্রবনা অমদি দক্ষিণাত্যগী লক্ষণসু তৌপ্রবনা হায়বনি।

কনাগুম্বগী মত-তা শৌরসেনী অমদি মাগধী হায়বা লোন মখল অনিতনি হায়নবসু লৈ।

---

(১) সৈংহলাঃ? (২) গৌজ্জরাঃ? (৩ সুক্ষ্মদেশ—পাঠঃ (৪) সপ্তবিংশত্যপভ্রংশা? (৫) পাঞ্চালং? (৬) গৌড়মাগধং? (৭) শৌরসেনক? (৮) তত্রাহ? (৯) মহারাষ্ট্রী? (১০) শৌরমাগধী—পাঠঃ

শৌরসেন্যাং ধকারস্ত(১)হকারো ভবতি প্রায়ঃ।
চতুর্থীস্থানগা ষষ্ঠী তেন ভেদাস্ত ভাষয়া(২) ॥৬৪৫
সা ভবেন্মাগধী যত্র প্রথমান্তপদে ভবেৎ।
ঐকার এব সর্ব্বত্র ভেদোঽয়ং মুনিসম্মতঃ ॥ইতি ৬৪৬
বাহ্লীকাশ্চ রেফস্থ লত্বমাত্রেণ(৩ ভেদাবন্ত্যামেবান্ত-ভাবাদিতি ভাবঃ। রেফস্য লত্বমিতি লক্ষণমস্তেবেতি(৪) চেৎ। সংস্কৃতেঽপি কেষাঞ্চিদ্রলয়োরৈক্যস্মরণমিতি ন দোষাঃ। ইতি ভাষা।

শাকারী চৈব চাণ্ডালি(৫)সাবর্য্যাভীরিকা(৬)কা তথা।
টাককাতি(৭)যুক্তা পঞ্চৈব বিভাষা ন তু ষবিধা(৮) ॥৬৪৭

ঔড্রাস্ত ঔড্রদেশভাষানুগমিস্যাং(৯'(১০)শ্চাবর্ধ্যামেবান্তভাবাদিতি ভাবঃ। নন্তু কথং দ্রাবিড়ীমপাস্য টাক্কীতি প্রতিপাস্থতে, তেনাপি টাক্ক্যাং প্রতিপাস্থতে—

---

শৌরসেনী হায়বা লোন অসিদদি করিগুম্বা রাহৈদা 'ধ' কার য়াওরক্লবদি ,ধ' অদূবু 'হ' হায়না উচ্চারণ তৌগনি। অদুগা চতুর্থী বিভক্তিদা ষষ্ঠী বিভক্তি ওইগনি—অস্নুম্না মসিদি লোন অতৈদগীদি তোংঙাল্লি ॥৬৪৫

মাগধী হায়বা লোল অদুদদি প্রথমান্ত-পদ পুম্নমক্তা 'ঐ' কার তপকনি। মসি মুনিশিংনমু যারম্নবনি ॥৬৪৬

'র' বু 'ল' হাযনা উচ্চারণ তৌবনা বাহ্লীক ভাষাগী মতৌ ওইবনা মসিস্থ অবন্তী-ভাষাগী মনুং চল্লি। অস্নুম্না 'র' না 'ল' ওইবা মতৌ অসিদি মশানা ওইফম থোকপা লৈ। সংস্কৃত-তমু কনাগুম্বশিংনা 'র' 'ল' অনিমকপু অমত্তা ওইনা অদুম্মক লৌনবা য়াওবনা মসিদা থোইনা দোষ লৈতে।

ভাষা তাকপা লোইরে

---

(১) ধকারস্থ ? (২) ভেদোঽস্তভাষয়া ? (৩) লত্বমাত্রেণ—পাঠঃ (৪) লক্ষণ-মস্তেবেতি ? (৫) চাণ্ডালী ? (৬) শাবর্য্যাভীরিকা তথা ? (৭) টাক্কীতি ? (৮) ষড়্বিধা ? ? (৯, ভাষানুগামিস্যাং ? (১০) শাবর্য্যামেবান্তর্ভাবা ?

টক্কদেশীয় ভাষায়াং সৃজ্যতে দ্রাবিড়ী তথা।
তত্রৈবায়ং(১)বিশেষেঽস্তি দ্রাবিড়েনাদৃতা পরং ॥৬৪৮ ইতি
টাক্যামেব(২)দ্রাবিড্যা অন্তর্ভাবস্য উক্তত্বাৎ(৩,টাক্কী প্রতিপাদেন-
মেব শ্চায়ঃ(গ)। ইতি বিভ'ষা।
নাগর ব্রাচর(৪)শ্চোপনাগরশ্চে'ত তে ত্রয়ঃ। অপভ্রংশাঃ
পরে সূক্ষ্মভেদত্বায় পৃথগ্মতা(ঃ)। এষু ত্রিষন্তেষামন্তর্ভাবা-
মিতি(৫)। কিঞ্চ—
অসংযুক্তার্থয়োর্দীর্ঘহ্রস্বয়োর্বিপরিত্যতঃ(৬)।
উচ্চারভঙ্গো বর্ণানামপভ্রংশশ্চ উদাহৃতঃ ॥৬৪৯
ইত্যপভ্রংশভাষা।
কৈকেয়ং শৌরসেনঞ্চ পাঞ্চালমিতি চ ত্রিধা।
পৌশাচ্যো(৭)নাগরো যস্মাৎ তেনাপ্যন্যা ন লক্ষিতাঃ ॥৬৫০

---

ৰিভাষা—ৰিভাষা মখল মঙানি, তরূকতি নত্তে মহুদি—শাকারী. চণ্ডালী, শাবরী, আভিরী, টাক্কী (টক্ক?) অসিনি॥ ঔঢ্র ভাষাদি ঔঢ্রদেশগী লোল ওইৰনা মসি শাৰরীগী মন্নুং চন্না লৈখি, অতুনা তোপ্না লৌরোই॥ অহুদি কমদৌনা দ্রাবিড়ীবু হুন্দোক্লুনা টাক্কীবু লৌখৎলিবনো? মহুগী মরমদা খঙ্নবা টাক্কীগী মরম হায়রি -

টক্কদেশকী ভাষাদা দ্রাবিড় ভাষাসু য়াওবা উনবনা দ্রাবিড়নসু মসিবু থোইদোক্না লুনা তৌনবা মওঙ্ লৈ ॥৬৪৮

মওঙ্ অসুন্না টাক্কী ভাষাদা দ্রাবিড়ীসু মন্নুং চল্লি হায়বনা টাক্কীগী মরমদং তাকপা অসিনা অতুম্মক ওইরে॥

বিভাষা লোইরে

অপভ্রংশ—

অপভ্রংশ মখল অহুমনি মহুদি—নাগর, ব্রাচর অমসুং উপনাগর। মখোয় অহুম অসিগী থেন্নবা মশক য়াম্না কূপমনখিবদগী তোপ্না তোপ্না তাক্লে। মরমদি মখোয় অহুম্মক অমদা অমগী অকুপ্না মতৌ চঙ্নবা ঙাক্কনি।

---

(১) অত্রৈবায়ং বিশেষাঽস্তি—পাঠঃ (২) টাক্যামেব? (৩) জ্যায়ঃ? (৪) ব্রাচড়? (৫) ত্রিষন্তেষামন্তর্ভাবমিতি? (৬) হ্রস্বয়োর্বৈপরিত্যতঃ? (৭) পৈশাচ্যো?

তথা চ স এবাহ—অপরে লোকতঃ। অবধারণীয়া ইত্যর্থঃ।
সূক্ষ্ম ভেদাস্তেবাং ভেদকর্ত্তু(১)ন শক্যতে। যথা—
ইক্ষুক্ষীরঘৃতাদীনং(২)মাধুর্য্যাস্তান্তরং মহৎ।
তথাপি নৈতদাখ্যাতুং সরস্বত্যাপি শক্যতে ॥৬৫১ ইতি
অত্র সর্ব্বভাষোপয়োগিত্বান্মহারাষ্ট্রী ভাষা চেতি। যথাহ(৩)
পরমাচার্য্যে(৪)দণ্ডী—
(০)মহারাষ্ট্রাশ্রয়াং ভাষাং (প্রকৃষ্টং)প্রকৃতং(৫)বিদুঃ।
সাগরঃ সুক্তিরত্নানাং(৬)সেতুবন্ধাদি(৭)যন্ময়ামিতি ॥৬৫২

---

তিন্নদবা অর্থ অনিবু অমত্তা ওইনা লৌশিনবা, দীর্ঘ স্বরবু হ্রস্ব অহুগা হ্রস্বনা দীর্ঘ ওইনা লৌহুনা বর্ণগী খোম্ভোক কায়না উচ্চারণ তৌবা অহুগুম্বা মতো তৌববু অপভ্রংশ কৌই ॥৬৪৯

অপভ্রংশ লোইরে।

পিশাচ—পিশাচ মথল অহুম শুই মহুদি—কৈকেয়, শৌরসেনী অমসুং পাঞ্চাল।

পিশাচ হায়বসিমক অপভ্রংশগী মমুং চনবা নাগর হায়বহুগা মশক অমত্তা ওইথিবনা মসিগী লক্ষণ অমা তোপ্পা লৈত্রে। মহুমক হায়রি, মহুদি চৎনবী অতৈনা মরম ওইহুনা খণ্ড্নগদবা ওই। খেন্নবা শব্দক অহু কুপমনখিবনা মখোয়গী খেন্নবহু উৎপা ঙমদে। মহুদি—

চুহী-শঙ্গোম-ঘিনচিংবগী হাউবা মহাউ অহু মমু্দা য়াম্না খেন্নবা লৈরবশু মদূবু সরস্বতীমক্না খেন্নবা তাক্নুনা হায়বদি ঙমদে ॥৬৫১

মথংদা, লোন পুম্নমক চঙ্বা মরমদগী মহারাষ্ট্রী-ভাষাগী মরম অমুক হায়রক্নে—

পরমাচার্য্য দণ্ডীনা হায়রি—

মহারাষ্ট্রী ভাষাদা আশ্রয় তৌরিবা লোন অদূ অশেংবা প্রাকৃতনি। কোঙ্গ্রেঙ্ অমদি মণি-মুক্তাতগী মশক ওইবা অহুগুম্বা সমুদ্রদা শাবা খোংনচিংবসু অহুম্মক মহুগী মশক লোবা অহুগুম্বনি ॥৬৫২

---

(১) ভেদঃ কর্ত্তুং ? (২) ঘৃতাদীনাং ? (৩) যথাহি—পাঠঃ (৪) পরমাচার্য্যো ? (০) মহারাষ্ট্র্যাশ্রয়াং ? (৫) প্রাকৃতং ? (৬) শুক্তিরত্নানাং ? (৭) যন্ময়ং ইতি ?

অথাপভ্রংশ-প্রাকৃতয়োঃ সমাবেশঃ। যথা—মোরী রাণী(১) অবহংসে(২)রমহ। সম(৩)বাণী অপভ্রংশ এব রমতে— প্রাকৃতপক্ষে। ময়ূর-সম্বন্ধিনী (বাণী)অপগতহংসে বর্ষকালে(৪)রমতে। তত্র চ—

রেফস্থানে লকারোঽত্র লস্থানে নকারকঃ।*
দকারস্ত(৫)তকারোঽপি ভেদকঃ প্রাকৃতাদিভিঃ(ঃ)॥৬৫৩
তত্র। কারণব্যপদেশেন দেবাদীনামপ(৬)ক্বচিৎ।
যোজনীয়ং প্রাকৃতং তু(৭)নানারূপকরূপকে।
গঙ্গাসাগরয়োর্মধ্যে যে দেশাঃ(ঃ)সমবস্থিতাঃ।
হিমবদ্বিন্দসৌবীর(৮)পুক্কসাদি-সমাশ্রয়াঃ॥৬৫৪

---

হুজীক অপভ্রংশগা প্রাকৃতকা অনিগী য়ানশিন্নবা মশক অহু হায়রি মহুদি—মোৰী, বাণী, অবহংসে, রমই। মোরী, বাণী অসিনা অপভ্রংশগী মতৌনি, রমই হায়বা শব্দ অসিনা রমতে হায়বগী অর্থনি মসি প্রাকৃত পক্ষদা রমই হায়রুবতনি।

বাণী=ময়ূর সম্বন্ধিনী ওইবা হায়বদি রাহোংনা খোংবা হায়বনি। অবহংসে হায়বনা=অপগতহংসে হায়বদি কাংঙশিংগী মতম লোইখ্রবদা নোংজুথাদা হায়বনি। অহুগা বমই হাযবনা=রমতে হায়বদি পূক্লিং হুই, খোংই হায়বনি। অহুগা—প্রাকৃতকী মওঙ্ অমসু অমুক লৈরি মহুদি—রেফলাবু 'ল' ওইনা হাযবা, 'ল' বুনা 'ন' হায়বা অহুগা 'দ' বুনা 'ত' ওইনা হায়বা অসিনচিংবসু লৈ॥৬৫৩

অহুগা লীলানচিংবা উৎলকপদা লাই শারিবা নায়কশিং অহু-মরুসু তোঙান তোঙানবা মশক উংলকপদা তঙাইফরক্তবদি হায়রিবা প্রাকৃত-ভাষা অসিমক অহুম্মক শীজিন্নবসু য়াই।

---

(১) বাণী? (২) রমহ? (৩) মম—পাঠঃ (৪) বর্ষাকালে? (৫) দকারণ্য? (৬) দেবাদীনামপি? (৭) নানারূপকরূপকান্—পাঠঃ (৮ হিমবদ্বিন্ধ্য-সৌবীর?

*লাইন চিংলিবা রাহৈ অনি অসি অমদি লাল্লমাল্লে নিংই। মসি খুৎইদা শোয়বনি। মথাগী অসিদা "নকারকঃ" ওইগনি।

উকারবর্ণনান্তেষু অভাষাদের্মনীষিভিঃ।
ওকারবর্ণলক্ষ্যাপি বচঃ কাকসদেশজঃ(১) ॥৬৫৫

তত্র—

পৈশাচী তু পিশাচ রাক্ষসময়ৈর্নীটদিভিশ্চাধমৈঃ(২)॥
পাষণ্ডৈশ্চ বনোশ্চ(৩)বিবিধৈঃ পাপপ্রিয়ৈঃ(৪)(পুক্কসৈঃ) ॥৬৫৬
যে চাপ্যুত্তরদিঙ্‌নিবাসনিরতা নীচাঃ খসা বর্ব্বরা—
স্তৈরপ্যত্র বিশেষতো নিগদিতা ভাষাপি গন্তা সদা ॥৬৫৭

ইতি ভাষাদি নিরূপণং ॥

ইতি শ্রীঘনশ্যামদাসেন কৃতং যৎ সর্ব্বসম্মতং। তন্নিরালস্যমস্তার্থ নিরতং পরিচিন্তয় ॥০॥

ইতি শ্রীসংগীত-সার-সংগ্রহ সম্পূর্ণং।

---

গঙ্গা-সাগর অনিগী মরক্তা লৈবা লৈবাকশিং পূন্নমক অমদি হিমালয, বিন্ধ্য, সৌবীর অমসুং পুক্কস-নচিংবা লৈবাক্কী মীশিংদি মা-মাগী মরোন্দা 'উ' কার বর্ণ অসি য়াম্না শীজিন্নৈ অহুগা কীকস দেশকী মরোন্দনা 'ও' কার বর্ণ অসিনা নম্না শীজিন্নৈ ॥৬৫৪-৫৫

পৈশাচী ভাষাদি—পিশাচ, রাক্ষস, অতোনবা, নটশিং, পাষণ্ড, জঙ্গলগী মীওইশিং, পাপকী থবক্তমক তৌবা পুক্কসশিং, ভারতকী অরাংদা লৈবা অতোনবা খস, বর্ব্বর অসিনচিংবনা নাট্যদা শীজিন্ন-রকপদা লোনশিং অহু গন্তদা ঙাক ঙাঙ্‌গনি ॥৬৫৬-৫৭

ভাষানচিংবগী মরম তাকপা লোইরে।

অসিগুম্বা পূন্নমক্না য়ানরবা শ্রীঘনশ্যাম দাসনা ইবীরম্লবা সংগীত অসিবু অতনবা লৈতনা পূক্নীং চঙ্‌না নৈনগদবা ওইযে ॥

সংগীত-সার-সংগ্রহ লোইরে।

---

(১) কীকসদেশজঃ ? (২) রাক্ষসময়ৈর্নটাদিভিশ্চাধমৈঃ ? (৩) বনোক-সৈশ্চ ? (৪) পাপাশ্রিয়ৈঃ ?

# সম্পাদক অসিগী লাইরিক থরা

## অনুবাদ

১। মনু সংহিতা, ২। কাদম্বরী, ৩। শ্রীকান্ত ১ম পর্ব্ব, ৪। নারীর মূল্য, ৫। মেজদিদি, ৬। বিন্দুর ছেলে, ৭। কাশীনাথ, ৮। আরবকী ৱারী, ৯। অঙাংগী আরবকী ৱারী, ১০। হিতোপদেশকী ৱারী ১১। চাণক্য শ্লোক, ১২। রাধারাণী, ১৩। অঙাংগী রামায়ণ, ১৪। অঙাংগী মহাভারত, ১৫। বাগবন্নাকব, ১৬। সংগীত-সার-সংগ্রহ, ১৭। শ্রীকৃষ্ণরস-সংগীত-সংগ্রহ (শ্রীপরীক্ষিৎ শর্ম্মাগা অনুবাদ তৌমিন্নবা) ১৮। পিতৃ তর্পণ, ১৯। অভিনয় দর্পণ ২০। গৃহদাহ— (নমলি) ২১। রাগমালা (নমগদবা)

### লমাই ইবা

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | মৈতৈ জগোই | অহানবা | শারুক | | |
| ২। | ,, ,, | অনিশুবা | ,, | | |
| ৩। | ,, ,, | অহুম ,, | ,, | | |
| ৪। | ,, ,, | মরি ,, | ,, | | |
| ৫। | ,, ,, | মঙা ,, | ,, | | |
| ৬। | ,, ,, | তরুক ,, | ,, | | |
| ৭। | ,, ,, | তরেৎ ,, | ,, | | |
| ৮। | ,, ,, | নিপান ,, | ,, | (নমগদবা) | |
| ৯। | ,, ,, | মাপন ,, | ,, | ,, | |

১০। কবো লোই, ১১। লোইকুম লোইকা, ১২। লমজা অনি, ১৩। থম্বা থমন্নু অহানবা শরুক ১৪। থম্বা থমন্নু অনিশুবা শরুক—